# কচ্চবা

ঙসি, তেঙ্‌বাম্বা মপূগী লীলাদি কুম্লম্বা,
চীংঙু খোয়ুম্‌ নোংদম্মদি তায়োন্নৈ নহাক্তা।।
তেঙ্‌বাম্মালঙ্‌ ঝাংমদগী তক্তনা কৌখিবা
পূঙ্জা পূঙ্‌ফম্মা পূঙ্‌চেত্তা, মপূ মাগী শিন্থাদৈ।।
শিন্থোং শীল্লম্মা ঝাংলিঙৈ নৌনদি পিখম্মা,
চেংলৌসু মিতম্মহৌদা' কোরৌ নোংদোন্তম্না'
নোংদোন্নোংলেন্নৈচীন্তনা চরৈদি ফিখম্মা'
অশি লম্লেন্দি পাংখ্রবা, কৌজগে অথূম্বা
মিংলেন্দুদংদি পম্বৈগী ঙসিদং নচানা।।
পম্বৈ-ও চন্দ্রহাসগী খূৎম্না থম্বাল্দুদা
কুন্তী কর্ণ থোঞ্জরুবা নৌরিবা নচাগী
শৈদম্লক্লিবা শৈরেংসে কচ্চরে নসুংলাং।।
নচাগী খূদোল্সিদংদি লৌবীয়ুদা পম্বৈ!
লৈচীন্নৈরোম্থোঙ্‌লেন্দুদং তন্নদি হাংদুনা।।

ইম্ফাল্‌
২৭-৭-৭০

কচ্চরিবা নপাবী
সনাতোম্বা

## নিজবা

তানীং-তমাঙ্ ওন্নবা তাইবং মপোক্ চৎনরোন্ -
থক্সী-খাসী য়াংম্না লান ওসি ঐখোয় 'পুন্সিরোন্-
মী ওই মপোক্ খুন্নাইদা, হিংন-লান্থম্ পুন্সিগী
অক্না-অকুম্ নম্দাংদা তেম্না' পুন্সি মতেক্কী:
তান্ন-হিগী নমজেল্দা হোংবা কৌবা লৈরেবা
অচুম্বদি শক্লাইবা ঈংনা মেড়না খোয়থূম্বা-
নুংঙী ওইবা অপেম্বা, পুন্সি খোংচৎ অমখক্
ফংননবা পান্দম্দা নিগে ঐসু অসিখক্
মরোন্ অচুম্ শেম্লিবা তাইবং মপূই মকাদা;
হৌবা লোইবা নাইদবা নীংনবগী ঈপাক্তা
পেন্দবগী খোঞ্জেল্লক্-কুন্তী-কর্ণ শৈরেংনা
তেংবান্ মালঙ্ তাইবংদা সিনি ওম্থৈ নাইদনা
তোপ্-তোপ্পনা খোয়থূম্বা হিংন-লোঙ্খৎ মহাও'মা
শীবসনু লেপ্লমক্ মপোক্ লাংওন্ অসিমা-

সনাতোম্বা

# লৈখিদ্রবা গুরু, শ্রীনিংঙোম্বম্ ইবোবী সিংহগী ৱাহোল্



এসটি শর্ম্মা জি এম্না (সনাতোম্বা শর্ম্মা, গুরুময়ুম্) শৈরাংবা কুন্তী-কর্ণ মুম্না ময়েক মশোন চিংদনা পাজরে। নহা অচৈবসিগী ফনা নিংথিনা লোনগৈ চোঙ্লে শায়বসি মহাক্না শৈরাংলিবা কুন্তী-কর্ণ দা তাক্লি। মহাভারতকী ওইবা ৱারী মওংদা লীরি তাক্না অদুম থানা থানা মৈতৈগী অরি-অনৌ লোলগী মপা চানা চানা শৈদমলিবসে, পোল্লি। নোপ-নোপ্পনা উরিবা পাখং নহা অসিগী কোলোম্বু ঐগী থম্মোয়না স্বাগত তৌদবা ঙমদে। খোম্থাং ফনা শুরকই অথানবা খুৎমাবমক্তদা। মথাগী অসিনি শৈওং মতেক অমা অচৈবসিগী :-

"মহী ময়াঈ চেল্লবা অকী-অথুক্ শক্লাইবা
ঙিংচা য়াইতন্ কয়াবু লাক্না হাইনা পাজবা
কিবূন্-হাবি শান্নগুম্; য়াংলোই ইনাও য়াইমবা
য়োক্চুক্ শূবা ভীম্থৌবা পন্থৌ খঙ্গোন্ পাদম্না"

আশা তৌই-সাহিত্য লৈচলগী অনৌবা শক্লোননি, তুংগী আশাসু অচৈবসিদগী নিংথিনা তৌনিংঙাইহনি।

শ্রীনিংঙোম্বম্ ইবোবী সিংহ
তাং ৩।৮।৭০ ইং

*য়েংবিগদবা*
চৈথন্ মনুংগী ৱাহৈশিং অসি অইবনা হাপ্চবনি।

# শ্রী সনাতোম্বা শর্ম্মাগী কুন্তী-কর্ণ পারুবদা



'কবিতা করিনো?' গুরুময়ুম সনাতোম্বা শর্ম্মানা মতোমতা হংই। মশানা খুমজে '.....থম্মোয়দা থঙ্ লাউনা পাম্বা অমদি থম্মোয়গী লাইয়ুম্দা মতম্ কুইনা য়েৎকুনা লৈবশিং অদু ঐগোন দদি কবিতানি।' মহাক্না কলেজগী ছাত্র ওইরিঙৈ ইংরাজী সাহিত্য, ইংরাজী কবিশিং, মায়গৈ অসোমদা থিজিনবা মণিপুরগী পণ্ডিতশিংদগী মাগী মবুক্তা খুলহৌবা ভাব, মরন্নাইগী ওইদুনা লোলগী মতেংনা ফোংদোকপনি। মহাক কবিতাগী, মকওইনা মণিপুরী কাব্যগী, পরম-পরা অমদি খঙই হায়নিংই। যাম্না পাক্না পারুদ্রবসু, কুপ্না থিজিল্লুদ্রবসু, উগনবা খঙগনবা মীশক হায়বা অমা তোংঙান্না লৈ। সনাতোম্বগী নাকোংগী শক্তি, ফজববু খুনবা ঙম্বগী কোক্কী মগুন ব্রাংনা লৈ। ঙসি ঙসিমক ইরিবা লাইশ্রম সমবেন্দ্রগী শৈশক্কী ফজবা মহাক উই। সনাতোম্বদা লৈবা অচৌবা কবি অমা ওইবগী মগুন খক লোৎপা য়ারোই। অব্রাংবা ভাবতা কবি অমদি অচৌবা পণ্ডিত টি, এস, ইলিয়েৎকী *Great poets steal* 'হায়বা ব্রাখলদু মতাংসিদা ঐনা নিংশিংলকই। কবি অমগী মবন্নাই, মবুকথোক্কী ওইবা পোৎ হায়বসি কবি অদুগী অথুপ্পা কুপশিন্না উবা ঙম্বা খুৎশেমদা *(art of creation)* লৈ খল্লি। সনাতোম্বগী কলমদা চংখ্রবদি অরিবা ব্রাহৈ পূন্নমক অমুক নৌথোরকই, অনৌবা ব্রাহৈসু থাইনগী মথায় মমি হাপ্তুনা কাওঙমদ্রবা সুর অমা থোকহল্লকই। কুন্তীগী ফজবা ব্রাক্চীং গুলাবকা চাংদম্নদুনা অসুম্না শৈথাই, -

শীংঙেল্নসু-হেন্ফবোই, নূরানসু তাফরোই,
নূরা লৈরাং অনীমক্ থোইদীং মথায় চেন্নরোই
খল্লি ঐদি অসুম্মক্ 'মনা হেল্লি হায়জরোই॥

শৈরেংগী মথায়দি ব্রাহৈনি। ব্রাহৈ ময়াম খুৎশম্নদুনা খোংথাঙ কায়দনা ব্রাখলগী নাপদা য়াব্রানা পাউখোং চন্দুনা চোংবা থাবলনি। শৈরেংদি ব্রাহৈ ময়াম্না মফম চানা

লেংলগা মীগী মিংয়েং শুক্নত্তুনা লাইরেল মথেক পুবনি। সনাতোম্বদা ৱাহৈগী পোফম শিজিন্নবা হৈবগী মগুন মাগী কুন্তী-কর্ণ পাবদা থেংনৈ। কাশ্যপ্পগী মপারী কোরৌহনবগী মপাও তাবদা, কুন্তীগী পুক্নীং থম্মোয়বু মহাক্না অসুম্না শৈশকই,-

কোরৌহম্বে মপাউদা সূরসেন্গী লাংলেন্না
কিখিবনা মথম্মোয় মিহুন্ চেন্গুম্ চেন্গানা
কৈখা পোম্বা শজীগুম্ নীক্লীক্লবা খোন্‌ফম্না,

......................................
কোলোয় মপাউ মেল্লক্ই,................

অরোইবদা, ঐনা ৱাফম্ অমতংসু পননিংই। চহি নৌনা ঐ হাই স্কুলগী ওজা ওইখি, মতম অদুদা পিশক পিক্না সনাতোম্বগা থেংনখি। ঐনা অহল ওইবক্লবা মতমসিদা মহাক নোংমা ঐগী য়ুমদা ফুঙ্ ফাওরকখি। মাগী শক্তম লৈশিল্লম্লে; অদুবু মাগী মোমোন মীনোক্লবা মায়থোংদি লৈমল চল্লবা লৈরাংগী মরুমদা থুপ্পুনা অদুম্মক উবা ফংলি। ঐঙোন্দা মাগী কুন্তী-কর্ণ খুৎশিন্নখি। মমল য়াম্বা পোৎ অমা মাঙ্লুবদগী থাজদনা ফংবগুম সনাতোম্বা ঐগী থম্মোয়দা নকশিল্লকই। মাগী ৱাহৌদোক্তা ইরিবা ' মৈততা মৈতৈতগী ওইবা সতী কুন্তী অমদি দাতা কর্ণ অমা যেল্হৌঙৈদা থোক্খিবগুম্না ইজরুবা ঐগী কুন্তী-কর্ণ নি।' অচুম্বনি। লাইবিক্সি হৌবদগী লোইবা ফাওবা পাবদা মনিপুবগী থাইনগী লৈঙাকলোল, ফমথোল, ৱাখললোল, সাহিত্য, প্রমাণ-পাম্বে পূন্নমক নিংথিজবী নুজাগী ঙক্তা সিবা লিকফাংদা মনি-মুক্তাগুম্ মফম্ চানা চানা থাম্বা থেংনৈ। লোল অমসুং মফোংদোক্তা মশক নাইবা কবিগী খুৎথা সনাতোম্বদা তাইবং মপুনা মরাং কাইনা পিবিরকপগুম উই। মাগী মেনুসক্রিপ্ত পারিঙৈদা ঐনা চেদা খোৎহৌবা পবেং খরা মখাদা মবী-মখোং শম্নদনা পীবি-

থারুবসু ৱার্তাথি থারুদ্রসু ৱামাঙ্বা

☆

লফু লেম্রা মউনা নূরাই ফৈবাক্ মিহৌরি

☆

মাই খুম্সি পাবী মাঙ্ হোয়-হায়সি হায়ঙম্দা

☆

......... বোরা উচি লাল্হৌবা

যুম্লেমগী মকাদা করি ওইবা হৌনবা

☆

শরী কোঙ্গোই হূক্খিদা

☆

মুৎলম্দাইগী মৈরানা মখে ফংনা ঙাম্বগুম্

☆

মাগী য়েংকী খুদোঙ্গী অসিদগী হেন্দুনা
পার্থৈ য়াইবি-চুপ্প-তেন্ লৌরো সিসু ঐহাক্না
লোইরে লোইরে তাইবংপান্, মালেম্ লৈমায়থক্নিগী
মচা কৌবা মখেনা মমা ওইবী কয়াগী
নুংগী ঈরী-ঈখায়দা, লোইদাম্ লাংবন্ থাজগী
খোইরেন্হীগুম্ থুম্জবা, খাববসু নোংমাংখা
হেন্দবদো মসিদৈ ওইরনিদো হূগুম্ খা
চারোন্ শূবোন্ শূথাঙ্ফাও তূক্কচনপ্পনিদা
কুন্তী ঐগী ঐহাক্থক্ কল্লক্ইদা পাম্মুইদা।।

অসিনচিংবা-

উবিপোক
ফেব্রুবারী তাং ২৭।২।১৯৯৯ ইং

শ্রী কাংজম পদ্মকুমার সিংহ

# ঐগী কোলোম্দগী



"কবিতা করিনো?" ঐ খঙ্দে, লম্ অসিদা ঐ অঙাঙ্নি। কবিতাগী মতাঙ্দা পণ্ডিতশিংগী ৱাহয়োক্, ৱাখল্লোল্ কয়া পারে, তারে, কবিতাগী মরম্দা- খক্ লৌশিন্বদি ঙম্মুদে ঐগী কোক্ মচাসে। অদুবু পূক্নীংদদি ফাওই, কবিতা-পাবদসু, তাবদসু, ঙাংবদসু, খন্বদসু অৱাবগীনি খঙ্দে, নুংঙাইবগীনি খঙ্দে, নুংশিবগীনি খঙ্দে, ওইনীংবা অমা ওইজসনু থম্মোয়দা থঙ্ লাউনা পাম্বা অমদি থম্মোয়গী লাইয়ুম্দা মতম্ কুইনা য়েক্নুনা লৈবশিং অদু ঐঙোন্দদি কবিতানি, শৈরেংনি। মসিনি ঐগী কবিতা! ঐখোয় মৈতৈগীসু মমাংঙৈদগী হৌনা করিসু লৈতবী লুকোক্পী নুপী মচা অমবু নুংশিদুনা লঙ্নবদফাওবা কবিতানা হেক্তমক্ মাঙ্ওইনরম্মী। য়েংসি- "লুকোক্পী লুকোক্পী চাং চাং মালি ধুলি ঝম্ ঝম্!" কয়াদা ফজখ্রবনো! করি হায়রিবনো খঙ্দে। অদুবু পূক্নীংদদি হায়ফম্ খঙ্দনা নুংঙাইবা অমা পোক্ই। হন্ন হন্না হায়নীংঙী, পানীংঙী, তানীংঙী, খঙ্নীংঙী, চোক্থবা পোক্তে। অদুদি ঐনা অসূক্ য়াম্না ৱাকোয় শূরুরিবসি করিগীনো? ঐ কবিতাবু নুংশিজে- পানীংঙী, তানীংঙী-চাক্কা তোত্তুনা চাবমক্ হাউগনি হায়বদু য়ৌই-অমদি মসিগা লোয়ননা কবিতা ইনিংবগী ঈহৌসু খক্ পোক্তবদি নত্তে, পোক্ই। তশেংনমক্ হায়রবদা করি কবিগুম্বদা কবিতাগী ঈথক্-ঈহৌ লাক্পা মতম্দদি অহীঙ্ ফনমক্ ওইদুনসু অমদি মীকপ্ থোক্লক্পগী তাঞ্জাদা ওইরবসু ঐ কবিতা ই, মতম্ পূম্নমক্তা ই-ঐগী মোন্, মখাদা শাগোম্নদুনতা লৈরবা কোলোম্ অমদি চেগী মতেঙ্না মৈসু থাব্দনা মা-মা দুনা। করিগী? পল্লেপ্ফম্ খঙ্দ্রবা পূক্নীংবু নুংঙাইজনবা, পোখাজনবা। মরম্ অসিদগীনি ঐনা ঐগী কুন্তী-কর্ণ থোক্খিবা।

হৌখিবা তাং ১০।১০।৬৯ ইংদা মণিপুর কোলেজগী ছাত্র অমা ওইনা কোলেজ অসিগী লাইব্রেরীদগী "সতী মরি" শক্খঙ্নবা হৌখি। নুমিৎ অসিদগী হৌনা ঐগী থম্মোয়দা সতী কুন্তী অমদি দাতা কর্ণ, মমা মচা অনীগী প্রেম্গী ঈখায় অদু ঈথক্

ঈপোম্‌গা লোয়ননা চেন্নিল্লকখি। লাইরিক্‌ অদুদা ওজা ইবোবীগী খোঙ্জেল্দা, কর্ণনা মমা মশক্‌ খঙ্‌দ্রিঙৈদা, মমাদা হায়খিবা ৱাহৈ,-"মঙা পোকপী! করিগী মফম অসিদা লাকপগে? অসূক কুইবা অসিদা ইমা নঙদি, ৱারে নংলে হায়না তায়, নোংমতসু কর্ণ ঐগী ইফমদা লেপ্লদে। নঙগী করি ৱাংলবগে সতী! কর্ণগী মফমদগী কান্নগদবা লৈবশিং অদু হায়বীয়ুনে ইমা।" কয়াদা পুক্লীং তুংজুংনীংঙাই ওইরবা, থম্মোয় কায়রবা! কাউবা ঙম্‌খিদে, তশেংনমক্‌ লাইরিক্‌ অদু পান পানা ঐগী থম্মোয়না কপ্‌চখি। মরু ওইনা মসিদগীনি ঐগী কুন্তী-কর্ণ গী অনৌবা ঈনোং অমা হাপ্‌থ্রিবা। তৌবসু লাইরিক্‌ অসিমক্তা লম্‌জীংখিবনি। ৱারীগী লীক্লম্‌ য়াংপদা নত্তে, ৱাহৈ-ৱাতা ফাওবা য়াওনা পূরিবা ঐগী কুন্তী-কর্ণ নি নৌনা হৈদম্লক্লিবা। মচা ওইবশিংনা মমা ওইবীশিংদগী তাল্লিবা খোল্লাং ঈরী ঈখায়দা নত্তে, ঈ-তোং ফাওবা য়াওনা চুপ্পুনা হিংনরিবনি। অদুবু করিসু খঙ্‌দ্রিবা ঐগী কুন্তী-কর্ণ দি ইকায় খুম্ননীংঙাইগী মশক্‌ ওইরবা মীয়াম্‌গী ওজা অসিগী থৱায় ফাওবা য়াওনা চুপ্পুনা ঙসি ময়াম্‌গী মাঙ্‌দা পুথোক্‌পা ঙম্‌জরিবনি হায়বদা থোইনা হায়মন্না থোক্কনি নীংদে।

অদুগা মরূ ওইবা ঐগী পান্দম্‌ অমনা মৈতৈ সাহিত্যগী পূক্কেবু হেন্‌গৎহন্নীংলুবনা, য়ারিবমখৈ মৈতৈ লোল্‌দা ওন্থোক্‌পদা মরিং-মরাংগদবা মিংনচিংবা খরা নত্তনা অতোপ্পা লোল্‌য়ান্‌ চঙ্‌হন্দনবা হোৎনজবগা লোযন লোয়ননা মৈতৈতা মৈতৈতগী ওইবা সতী কুন্তী অমদি দাতা কর্ণ অমা য়েল্‌হৌঙৈদা থোক্‌খিবগুম্না ইজরুবা ঐগী কুন্তী- কর্ণ নি। অদুনা অরীবা যুগকী ৱাহৈনা, থৌদোক্লা, প্রমান্না, ইরোল্দা য়াল্লিবা সংস্কৃত বাংলানচিংবগী ৱাহৈশিংগী মহুৎ ইরোল্লা শিন্না ঙস্না হায়না চাং-য়েংদুনা ইজরুবনি। অদুবু করিগুম্বদা মীরোল্‌গী ৱাহৈশিং য়াওখিবা থোক্লবদি অপাবশিংনা ঙাক্‌পীগনি লোয়ননা মথঙ্‌গী খুৎনম্‌দা শেম্‌দোক্‌চনবা হোৎনজগে।

অবোইবা ওইনা খুৎই ওইনা লৈরিঙৈদা গুরু শক্লবা ওজা ইবোবীদা লাইরিক্‌ অসি পুজরুবদা ওজানা ঐহাক্‌পু ঙম্‌খৈ লৈতনা পেন্নীখি, লোয়ননা ওজাগী খুৎমক্লা মতাঙ্‌ মতাঙ্‌গী ৱাহৈ ৱাতানচিংবা কয়া অমসু শেম্নীরক্‌ই, তাক্‌পীরক্‌ই, অমদি ঙম্‌খৈ লৈত্রবা ওজাগী থৌজাল্‌গা লোয়ননা থাগৎ ৱারোল্‌ফাওবা ইদুনা পীবীরক্‌পগীদমক্তসু পুন্সিসিদা ওজাগী মফম্‌দা শিংঙল্লরোইদবা লম্মল্‌ অমা তোক্সিঞ্জরবনি।

মংজিল্‌ মমাঙ্‌,<br>
কোংবা লম্বী<br>
তাং ৫-৮-৭০ ইং

গুরুময়ুম্‌ সনাতোম্বা শর্ম্মা

# লাইরিক্ ওইরক্পগী মতাঙ্দা
# ওজা অনীদগী অহূম্

লায়ব-মচা, মীবক্ মীচম্ব্বী ওইনা হৌবক্পনা অসূকুইবা চহী কুম্ল্লাগী মতম্ অসি মযাম্গী মাঙ্দা অনম্বা লাইবিক্ ওইনা পুথোক্পা ঙম্দদুনা লাক্পনি। মসিমক্লা নুংশিজববা ঐগী গুরু, ওজা ইবোবীসু অনম্বা লাইবিক্ ওইনা উবা ফংহন্খিদবগীদমক্ থম্মোয অসে চাক্কুনা লেল্লবনি।

অনীশুবদা, লৈখিদ্রবা ওজা, পদ্মশ্রী অশাংবম্ মীনকেতন্ সিংহগী মতাঙ্দা ব্রাহে খবদংগা পল্লমদ্রবদি মীয়াম্গী ওজা অসিগী মফম্দসু পঙ্লবা ঐহাক্লা চাউববা ইবাল অমা লঙ্জহৌবা তাবে। অদুনা ওজাগী মতাঙ্দসু খবদং পন্ফম্ থোক্ই। খুৎই ওইনা ওজা ইবোবীনা যেংবীববা মতুংদা ওজা মীনকেতন্দসু যেংহঞ্জকই। মদুদা ওজা অসিনসু যাম্না থবায যাওনা পাবীবগা লোযননা ওজানা তাক্পীবক্খি,-"ইপা, ইচাগী লাইবাক্ন পাবদা য়াম্না পেল্লি। অদুবু পবেং পবেং লোইবক্পগী ব্রাহেশিং অসি পবেং অনা অনীতা ওইববসু না-পু তাবা মান্নহল্লু- ইপা অমুক্তা যেংখিনি।" হাযদুনা ওজাদুনা তাকপীবর্ম্বান। অসূম্না মতীক্ লৈবা গুরু অদুগী থৌজাল্ ফংলবা মতুংদা ফনা যাম্না তক্কক্শুবা তাংকক্ লোইবম্দাই ফাওবা ইবল্লবনি। অদুবু পাঙ্থোক্চাম্বা হাযগদ্রা হিংদবদি য়াদর্বাননা তিংন-লান্ফম্ কযাদা মাযোক্লবিঙৈদা গুরু অসিসু লৈখিদ্রে। বোংওদা ওজা লৈখিদবগী পাউ তাবদা ইদোম্ থম্মোয কপ্চখি, লোযননা ওজাগী ব্রাবোল্ লৌহৌবা ঙম্খিদে, অদুবু থৌজাল্দি পীবীবম্মী।

অবোইবা ওইনা পুন্সি তংখাই লাল্লক্লবা মতুংদা নোংমা নিংথম্গী অয়ূক্ অমদা ঐগী হাযস্কুল্ পুন্সিগী ওজা, শ্রী কাংজম্ পদ্মকুমাব সিংহগী মফম্দা খুৎই লাইবিক্ অসি যেংহঞ্জকই। মৈদা হন্ন হন্না চঙ্লবা সনানা হেন্ন হেন্না ফূদোঙ্বগুম্ মমল্ নাইদ্রবা ওজাগী থৌজাল্গী পাউতাক্ কযা অমসু ইনৌ-নৌনা ফংজবদগী লাইবিক্ ওইনা পুথোক্পা ঙম্জবনি। ঐগী নুংশিজববা ওজানা হেন্ন নৌবা থৌনা হাপ্পীবক্পা অমদি মমল্ যাম্লবা

ঋাবোল্ কয়া অমা করিসু খঙ্জদ্রিবা, পঙ্লবা, মীমান্নবা ঙম্জদ্রিবা ঐঙোন্দা পীবীরক্পগীদমক্তসু ওজাবু ঐনা মতম্ পূম্নমক্তা থস্মোয়নুংদা লাচ্চরি, খুরুম্জবি।

অমুক্কসু অরোইবদা, বোনি কম্প্যুটবগী প্রোপ্রাইটব অমদি মসিদা লৈবিবিবা ইচীল্-ইনাওশিংদসু খুৎইদগী অনম্বা লাইরিক্ ওন্বদা তেংবাঙ্বীবগীদমক্ থোইদোক্লা অইবগী মায়কৈদগী তৌবিমল্ খঙ্বা উচ্চবি।

মংজিল্ মমাঙ্ কোংবা লম্বী

তাং ৮-৫-২০০০ ইং

অইবা

# নোঙবা

ঙসি ঈনুং লৈকোন্‌গী তাইবং লীলা ফম্বাক্তা,
পিখম্লবা পুন্সিনা পিরোইনবা থম্মোয়দা
হীঃ হীঃ মায়থোঙ্ য়াকা তম্ লেন্‌গে মোমোন্ মীনোক্লা।।

সিনি হায়ফম্ খঙ্‌দনা লাইজ্ঞ ঈপাক্ ঈয়ায়গী
কঙাওনর-হিদোম্‌গুম্, নোংলৈ নুংশিং মরক্কী
তাইবং মীপোক্ অসিদা খাঙ্‌গে নঙ্‌গী থৌজান্না।।

হিনাও শাবা য়াউদবা ঝাক্‌য়ে হিরেন্ পান্দম্‌গুম্
মপূ মাগী শিঙ্খাদা কোয়না পাইবা চেক্লাগুম্
লাইজ-কোংগোন্ পুন্সিনা শক্কে নতীক্ নচানা।।

ইমা হায়না কৌগেকো লৌশিং মৈরা পায়রিবী
মহৈ লন্‌গী মবেম্মা, মহৈ য়েন্‌বী লাইরেম্বী
কুবিয়ুকো নচাবু মপোক্ লাংওন্ হন্দক্কী।।

ইমাই খূয়া থম্বাল্‌গী থম্বাল্-লৈরীক্ অহেম্বা
থৌজাল্ লৈরীক্ অমত্তং চীক্লা মঙাল্ নাইরবা
লৈরীক্কুগী মতেঙ্‌না ঙম্‌গে ইবা নচাগী।।

কুন্তী-কর্ণ শৈরেংসে ইজবদা অথুম্বা;
কুন্তী-কর্ণ অনীগী য়াম্বা মপাউ নুংওম্বা
ফংহম্বীয়ু অপেম্বা পুন্সিসিদা নচাগী।।

মমা-মচা অনীগী নুংগী ঈরী-ঈখায়দো
লম্‌য়ৌননা ঙক্লবা, মালেম্ শাৎনা ফাওবদো
থারুবদা ওন্নবা; য়াউখি খিবিক্ ঙাক্‌পীয়ু।।

য়েন্নীং থাগী থাজিন্দা, হৈথোই-শিংথোইদরবী
লৈরাংবীনা লেংজবা লৈকোক্-লৈমৈ ওন্নবী
পরেংগুম্না থোক্লসু লৈনম্‌তদি হাপ্পীয়ু।।

মতেক্ ওইবা খরদং লাঙ্‌জরুবা শৈদম্‌খোল্
শৈহেক্ শৈফম্ শৈদিন্না খোল্লে খোল্‌হেক্ পুন্না খোন্
ঙম্‌গে শক্‌পা নচাসু হন্ন হন্না কুবিয়ু।।

নোঙরিবা

**গুরুময়ুম্ সনাতোম্বা শর্ম্মা**

# কুন্তী কর্ণ

(১)

কুন্ত ভোজ নিংথৌরেন্, ভোজ শাগে য়াইফবা,
মতীক্ মাগী মঙন্ উৎ মশেক্ মঙাল্ নাইজবা
মহী ময়াঙ্গ কল্লবা হীয়াঙ্গ নুঙ্ঙ্যাঙ্গ থাল্লবা,
লায়িংথৌগী লৃহূপ্কুম্ তম্ফায়াইদি য়াইবোইবা;
চীংঙু খোয়ুম্ খিবিক্তি মায়গে-ঙাক্পা লাইয়াম্না
মাগী মাগী মফম্লাং অকী-অথুক্ য়াউদনা
লাইগী নিংথৌ সোরারেন্ সনা শঙ্লেন্ ঙান্দুনা
চোইনৌ ফম্বাল্ লাংলিবা গুরু ফান্খোঙ্ অকোয়বা
শীংনাইদনা ঙাম্বগুম্; কুন্ত নিংথৌ পুন্সিবা
থাক্লোন্ চাম্মে তাঙ্বন্দা কংলা ফম্বাল্ লাংদুনা
লাল্লোই লান্কোক্ অপূম্বা, লৈপাক্ খ্বায়দি চঙ্দুনা
ঋাংপা কৌবা লৈতনা ফম্নাই ফানাই অঙম্বা
মহোয়দুগী মপান্না কোরৌ নোংজা অপূম্বা
ফম্দৌ হুম্ফুমরীগী ঋায়েন্ শাজৈ পায়দুনা,
য়োংলৈ-মেল্লৈ নাইদনা ঈংনা তপ্না লৈঙাক্লা
লোল্লবসু নিংথৌরেন্, থম্মোয় লৈকা ফন্দুনা
সজীবৃগী গুলাবকুম্ মোমোন্ মীনোক্ মিতম্না
হীঃ হীঃ মায়থোঙ্ য়াকা-তম্ হরাও মথোই কাদুনা
লেঞ্জখিদে মহাক্থক্ লৈপাক্ মীয়াম্ মমাঙ্দা,
কোরৌ নোংজা অমফাও ঋাংলেন্ মীৎকৃপ্ অমত্তা।।
ঈয়ায়কাদা ওংজবী লাইজ থম্বাল্ থম্নাদা
নোংদোন্ লাইজ লোক্লুবা ঈরা মাবু ঙাক্পদা

## কুন্তী-কর্ণ

লাইজ ঈমায় ঈখোন্না অৱা হুইজোঙ্ লংবদা,
শীংঙেল্ থম্বাল্ থম্লানা লৈরাং থম্বাল্ লোয়ননা
মালঙ্ চৈথেঙ্ চৈরোয়না হাইনা হুম্না খাঙ্দুনা
থম্না থম্বাল্ অনীমক্ অনী-মায়া খাঙ্ লুরুক্লা
মতম্ কৌবা নাইদনা লাইজ ঈ শাক্ ঈতম্না
থম্মোয় থম্মোয় ঈহৌনা নুংনৌননা নুংশিনা
নুংহীক্লনা কপ্পগুম্ ঈরী ঈখায়-পীদুনা;
তাংজ মায়থোঙ্ লৈদা-ওন্ লোয়শঙ্ শঙ্লেন্ খাক্তনা
মতম্ পূম্বা নিংথৌরেন্ সনা মায়থোঙ্ লাংজনা
লেল্লক্ইদো কুন্তদো, তালোয় মাগী খোয়দাবী
লূপ্লৈল্লেমা অথোইবী হক্চাঙ্ তংখায় পুরিবী
নূরা মাগা লোয়ননা; মহাক্তীনি হায়দুনা
মপূই তাইবং লৈকোন্দা, নিংথেম্ মৈরা পায়দুনা
থৱাশ্মৈরা পান্দম্গুম্ শাগৈ থাওমৈ চম্নবা
সনা লীক্থাঙ্ অহেম্বা, মপূই লীক্সন্ খুন্নবা
সনা খুৎনা হুঞ্জবা সনা-হৈরূ অহেম্বা
শাত্তবদৈ মহাক্থক্ পারী-মমোম্ য়াইফবা,
অমত্তফাও মসুংলাং।। অদুমক্পু নিংথৌদো,
বসু মচন্ ইবেম্মা যদু শাগৈ তম্ফাদো
কৃষ্ণগীনা মনেম্তোন্ সূরসেন্গী মমোম্দো
কুন্ত নিংথৌ মমোম্ শক্ থৱাশ্মৈরা ওইবীদো
'থক্তা য়েন্কাপ্ লোন্দবী 'খাদা মনাও ফুয়দবী
অয়ূক্ কোরৌ ঙম্জবী, ঈনুং থঙ্লেন্ হেঞ্জবী,
কুম্বি-কালেন্ নাইদনা নোংদোন্ ঈপাল্ লাংজবী
লৈরাং তোম্শাৎনজবী শীংঙেল্ তোম্থিন্নজবী;
খোয়জীখাগী মোম্নুগুম্ মীচাবোক্লি খন্দনা
য়োক্চরেদো নিংথৌরেন্, নাওকোঞ্জরে লৈমনা।।

## কুন্তী-কর্ণ

দেব-বসু অনীবু তাইবং মপূ হরিনা,
থাদোক্তুনা মহাক্ থক্ হরাও মোমোন্ মীনোক্না
মথুরাগী লম্লেন্দৈ নন্দ মবান্ তম্দুনা
মীরম্ লম্লেন্ গোকুন্দা মৱা-মপাউ চেংলৌনা
শুম্বগুম্না যোক্চবা, লৈমা নিংথৌ অনীদো,
নূবাই মায়থোঙ্ থাজনা হন্ন-হন্না শুম্মিদো
লুনা চান্না মযোক্চৈ নূরাই মৱা-মপাউনা।।
অসিতবু নত্তেদো, - মঙা পোক্পী শক্তুনা
চাক্হেঞ্জবী ইবেম্মা, লৈমা কুন্তী হায়দুনা
মালেম্ শাৎনা ফাওখিদো, মালঙ্ নোংলম্ তূজবা
কোবৌ মাগী মঙাল্গুম্ মুৎনাই-শিনাইদরবা।।
কবিগুম্বা নোংদকা থাগে লাক্কে নীংলুবা
নূবাই চেংলৌ অদুবু, লৈবোই অতৈ মান্নবা
নীংজকবা মহাক্তুম্ লৈচীল্ পোমায় ত্তেন্দম্বা
নোংদোন্ নোংথক্ তিল্লাংবা ওইনা তোক্নি অরেম্বা।।
নূবা মাগী মতীক্পু ইচীন্ ইবৈ লক্ষোম্বা
কাঙ্লুরেদো করম্নো ৱাখল্ লংজিন্ অহেম্বা;
লৈতোন্ শব্দ পান্দবা 'দুগী মতৌ তম্দুনা;
অদুনদি কম্দৌনি, ৱারেদকো ওম্থোক্না !
থারুরসু ৱাতাথি থারুদ্রসু ৱামাঙ্বা
অদুমক্পু থোক্লসু তম্গে অসুম্ অওইবা,
নীংনবদি কনাগী পূক্নীংগীনা লৈকোন্দা,
য়েন্নীং থাইদি অয়ূক্তা ৱাক্চীংগীনা মাইক্লেদা,
উল্লেন্ মাসু নংনসু ঈংনা চীক্না মেঙ্লবা
অয়ূক্ য়েন্দা কোরৌগী মশেক্লক্তা হেঞ্জবা,
মালঙ্ মাগী ফৌরোই ইন্ হাইনা হুম্বা শাথেক্না
খোঙ্লৈ চাবী নুজাগুম্ চিংন-ঈথক্ লাংদনা

## কুন্তী-কর্ণ

মপূই কোলোয় শক্লিবী, তোম্‌শাৎ-পোম্‌শাৎনজবী
শীংঙেল্ লৈশক্ উরসু খোয়রুম্ মোমোন্ মনোক্‌পী
নুজাই চেংলৌ মমাম্বী, লৈশক্ লৈপা লৈতাম্‌বী
ৱাক্‌চীং গুলাব লৈনুংশি কোলোয় মাগী নুংশিবী;
শীংঙেল্ লৈরাং অদুগা নূরা লৈরাং কুন্তীগা
পারুববু থোক্লসু করিগুম্বা নোংদ-গা
শীংঙেল্‌নসু হেন্‌ফরোই, নূরানসু তাফরোই,
নূরা লৈরাং অনীমক্ থোইদীং মখায় চেন্নরোই
খল্লি ঐদি অসুম্মক্ 'মনা হেল্লি হায়জরোই।।

'সূন্না'সুম্মা লেল্লক্‌পা, নূরা লৈরাং কুন্তীদো
শুক্কাৎয়াইবু পুবগুম্ পাইমা খৈনা শুম্মিদো
অউবদি কনাগী নীংনবদি পুক্লীংদো।।
ভোজ লৈকোন্ খোয়দাবা, চীরোন্ হৈবা খ্বাংজেঙ্‌বা,
খোইমুশিংদা ওইবগুম্ কোরৌ নোংজা অপূম্বা,
ঈনুং সোরা তৈবদা।। মমা ওইবী কনানা
মচা মমৌ ওইনীংঙী, পারী ওইবা কয়ানা
মমোম্ ওইবী খিবিক্লু মচেমক্লুম্ খঙেদো,
মচম্মক্লুম্ নীংজেদো, অওইবনি লান্দেদো।।
লৌনম্‌চাউবা খ্বাংজেঙ্‌বা, য়াহৌ ঙম্বা লৈপাম্বা
খোইমু ওইবা খিবিক্কী শামান্ লেংমান্নজবা,
পাখঙ্ ওইবা কয়াদি মানা মানা পাম্‌জবা
থম্মোয় নুংবু নুংওম্বী পাইমা খৈনা খোয়দাবী
মথঙ্‌লেন্‌গী মিৎলৈদা মাই কৌবা হায়দবী
মশামক্কী তালোয়গুম্, উমং-ৱামং য়ায়রেক্‌পী
চেক্লাগুম্না চীল্লোক্লা পোম্বিগুম্না চীন্দীন্না
থম্মোয়নুংগী ছৈরোন্না নাপ্ল চীক্লা পাউমেন্না,

## কুন্তী-কর্ণ

কাইদ কাইদা চীল্লোক্পা পাম্জৈ’দুসু অদুম্মক্,
লৈপাক্ মীয়াম্ চীষ্খাংনি হায়রি ’পুম্বা অসিমক্।।

সোম্দা অমুক্ কম্দৌরি, -খোল্লাং মায়োক্লরিবী
অমত্তা পোক্পী থাদোইগুম্ তাইবং লৌশিং তাদ্রিবী
নূরা লৈরাং কুন্তীদি লৈমা নিংথৌ মশাইকোন্
পান্খৎলক্পা থাজগুম্ কোনুং মনুং হূপ্না কোন্
অয়ূক্ কোরৌ ঙাম্থোইবা ঈনুং থাজ পুন্না খোন্;
লেল্লক্পনি থাদোইদো চীক্লা মদোম্ মথন্তা।।
থোইদোক্লসু মমোম্গী থৌরম্ থৌদা খূদিংদা
মমোম্ মিৎলৈ তুংইন্না লৈপাক্ মীয়াম্ মমাঙ্দা
লুনা চান্না নাওকোঞ্জে লৈমা নিংথৌ অনীনা,
হেন্খিবনা মতীক্লা লাংলেন্ লৈরাং কুন্তীনা।।

শাহৌ ফবী লাংবন্গী নীংথি- তৌদ্রি মচাগুম্
মরেপ্ মঙাল্ অনীসু তান্ন-হিগী মতাগুম্
নোংম নোং-মৈ তান্ননা নূরা মানা লেল্লক্পা,
তরাহুম্দোই লাংফম্গী লাংহৈ কুন্না কুম্দম্বা
কোরৌ নোংজা অমদি, লোইদাম্ মেরা থাজঙৈ;
ঈনুংবনা নাতৈ কাং সোরা চীংমায় শন্দ্রিঙৈ;
লাইনীং লাইশোন্ লম্বোইবী কয়া অমা অদুনা
মাগী মাগী ’বুংঙোদা শীংঙেল্ পরেং লাঙ্দুনা
লৈরাং লৈহুন্ তম্লবা, য়াওন্ মশীং তান্নবৈ
মতৌগুম্না নূরাসু অয়ূক্ য়েন্দা অঙৈন্দ
কোরৌ খূদিং মান্নদা’ খোল্লেন্ মীকপ্ শেত্তুনা,
নোংজুথাগী গুলাবকুম্ থম্মোয় খেঞ্জোঙ্ লাংদুনা
মকা লাম্না নোক্চখি, থাজ মায়থোঙ্ তম্জনা।।

## কুন্তী-কর্ণ

নূরাই চেংলৌ নীংথিবী মোমোন্ মীনোক্ মিতম্না
থোইরেন্ য়েন্নীং থাজদা থম্মোয় লৈকা ফল্লন্বা
অতৈ অমৈ নৎলমদ্রে, -লাইনীং পুরেন্ অথোইবা
দুর্ব্বাসাদি শাউগন্বা, শাউগন্বনা মখোঙ্বী
মশাই মখোঙ্ অদুফাও নুজা শাগে ওংজবী
ৰাখল্ থেম্বী মোম্নুগুম্ করি লৈবা য়েংদনা;
মাঙ্ন-য়াৰা ময়াথঙ্ অদুতগী মপান্না
খাম্বি মৈৰায়নদুনা উৎলোয়নবা ঙম্খ্রবা;
য়াৰা মপাউ অহক্পা লাইৰোয়রবা লাইনীংবা
ভোজ কোনুং য়ৌরক্ই, ঙরাং অদো থীন্দনা॥
ৰাংলেন্দুদা ইবেম্মা, নূরাই থৰায় মিরেন্না
লাইতোংলবী মাইবীগুম্ হাম্চৎনবা য়াউদনা
হাম্ফোইনবা লৈতনা পূক্চেল্ অনী লোঙ্দনা,
মাগী খূয়া-থম্বাল্বু শেংজমন্গী মপান্না
পেম্বীদুনা দুর্ব্বাসা, নূরা লৈরাং শক্হেম্বী
ফাইরেন্ থাগী লৈচীল্গুম্ মচু তাল্লে ওন্গম্বী
নহাই ৰাখল্ অমবু মদোম্ মথন্ কাউবদৈ
অঙাও-ৰাখল্ মাঙ্ওইনা, মাগী মচিং লাক্পদৈ
অরু-অথেন্ চাংলেপ্পা' তুংগী, ফীরেপ্ পাদম্না'
লাইৰাই মতীক্ তাক্লম্মী,- "থাজ কোরৌ শক্চবী,
ভোজ লৈকোন্ হেঞ্জবী তারো কুন্তী শকহেম্বী!
লাইৰাসিগী মতীক্তি অঙক্পনি অকীবা
লাইবা অসি শোন্দুনা নূরাই পাইমা খোয়দাবা
থম্মোয়নুংগী চীংঙু'মা খোয়ু'ম্মবু ওইরসু
কৌরুবদা শোয়দনা মফম্ মতম্ নাইদ্রসু
নফম্দবু থীল্লোইনে য়ৌরক্পনা হান্নিদো॥"
'সূম্বা য়াৰা চীন্গোইরম্ দুর্ব্বাসাদো লেঙ্খিদো॥

## কুন্তী-কর্ণ

নূরা মাসু অদুদৈ লাইবাই হীরী কোন্দুনা
লৈরক্পনি য়েন্দাদো থম্মোয় খেঙোঙ্ লাংদুনা।।
থোইনা হেন্না ৱাবদি, লাইনীং পুরেন্ দুর্ব্বানা,
করি নত্ত ৱাংলেন্দা মফম্ মতম্ নাইদনা
শীজিন্নবু শান্নবু হায়না খান্না তাক্লম্বা
লাইহৎলোন্গী মতীক্তু, কোরৌ নোংজা য়াইফবা
ৱাংলেন্দুদা নূরানা য়েংনীংবগী ময়াঈদা
পূক্লীং কিশি থূপ্চান্না, নীংদু মত্তা ফবিদা
কোরী পুল্লাং ফৈবন্না’ নীংথিজবী খোঙ্থাঙ্দা;
“লাইজ ঈপাল্ লোক্চগে ইমু ময়োন্ শৎচগে
কোবৌ নোংজা অদুগী নূরাই নীংবা থুংজগে
অসি ৱাখল্ তৌদুনা * অশ্ব ঈচেল্ তম্লক্লে
তাক্লরুবা নাইদনা কুন্তী মদোম্ য়ৌরক্লে।।

নূরা ওইবী মহাক্না অশ্বে খোঙনুং তম্দুনা
খোঙ্কাপ্ নৌরা যাল্লক্পৈ ৱাংলেন্ পূঙ্গোই অদুনা
মরোন্ অমা হেল্লিবা কয়াই মতীক্ ফজরে,
মহৌশাদি লাইরেম্বী মফম্ খূদিং নীংথিরে;
কোবৌ নোংজা অদুদি অশ্বে হিদেন্ অদুগী
মায়গৈ শুংদাই তরামক্ নুংওল্লবা থম্মোয়গী
থম্মোয় পাউখোং চন্নখ্রে, থৱায় পাম্বা পান্দবা
’সিনি হায়বা খাক্তনা মাঙেম্সিদা লৈরিবা।।
নোংপোক্ হারম্ পাংবদা সোরা চীংগী চীংয়াঙ্দা
কোরৌ নহা অঙাম্বা, মঙাল্গীদি য়েন্দায়দা
মশেক্ মখল্ তরেৎপু লোইশিম্বদি হৈজদা
ৱানা ৱানা খোম্জিম্বা মতৌ অদু উবদা;
কোরৌহম্বা পাম্থোইবৈ ঈংনা মেঙ্বা মশেক্না

* অশ্ব কৌবা তুরেন্গী ঈচেল্

## কুন্তী-কর্ণ

মঙাল্গীদি য়েন্দায়দে খোইরুম্ মোমোন্ চন্দুনা
ঙম্না লোইনা চেম্ঘোরক্, মচু মখল্ কয়াগী
মখল্ মথেল্ লৈচীল্শিং চিখ্হৈদে মতাগী
লাম্ঘোরক্নে ব্রাজনা।। ঈনুং-ঈরা নংদুনা
ঈনুং চুপ্পা কপ্পক্পী হৈপাল্ লৈপাল্ খিবিক্পা
পিরাং ঈরা শিম্বা অদুত্তবু য়েংদুনা
তম্ফায়াইগী পিরাংগুম্ ওইনরিঙে ব্রাংলেন্দা;
চরৈ ফীজী লাংদুনা ঈনুং ঈরা ঈখোম্জে
নূরা মালেম্লেমগী ঈংনা হেম্বী চেংলৌদে।।
অসিগুম্বা ব্রাংলেলে, লোইদাম্ থব্রান্ থাজদা
সুক্পা মম্বা মাম্লেগী ঈচীক্হম্বা তাংলৌদা,
হীয়াঙ্গ নুঙ্য়াঙ্গ শাগোম্বী ঈনুং লৈমৈ মতারোই
হেক্পা মথোই কাজবী থৌয়াম্ পুবী পাখোল্লোই
'শীংনাইদবী তম্দম্না হৈপাল্দসু লৈপাল্দা,
উরম্ ব্রারম্ য়েংদনা উপাল্দসু ব্রাপাল্দা
'শীংনাইদনা ঙান্গুম্বা পামেন্ শাগে খিবিক্তো,
মেঙ্না ঈচীক্ হুম্লবা য়েম্নীং থাগী অয়ুক্তো
মালেম্লে-মৈ চরৈদি ঈনুং-পিরাং ঈরানা
'নৌবা চরৈ ওইনরে।। ঈরা মানা হেম্বনা
তম্ফা চোইনা কেম্নরে, হাইনোক্ মোমোন্ মীনোক্পা
নৌনা মালেম্ হরাওরে।। অউবদি কনানা
হায়রোইদৌবা কনানো? শোল্লোইদৌবা কৈদনো?
ব্রাংলেন্ মীৎকুপ্ অদুদা অমুক্সু করম্লো,-
'শংবা উনা মরক্কী পামেন্ উরোং কোল্লম্বা
চেক্পা লাবা অমোম্'মা ঈনুং চুপ্পা লেল্লুবা;
য়াওন্ মশীং শুরবোই চেক্পা মীকপ্ শেংলেদো,
নূরা মালেম্লেমগী তম্ফা থিম্বা চরৈদো

## কুন্তী-কর্ণ

য়েংগে হায়না পাইগ্রক্পা ৱাংলেন্ অদুমক্তদা
নুঙয়াঙ্গী কোংগোন্ থিল্লবা লাইজ-তম্ফা য়াইৱোইবা
খীক্লেল্-লাইজ খীক্লক্লে, ঈনুং মিশেন্ খাঙ্লুবা
মহোয় মহোয় মশাদে।। কাইদাদুদা মায়থক্পা
খোইমুশিংদি খেক্চবা নুংঙন্ মপাউ পুজবা
খোইগী শাগে খিবিক্লা কোইনা হুম্মা পাইদুনা,
মাগী মাগী মশানৌ শানৌ লৈরাংশিংদুনা,
নুঙ্হী-লাইজ-তম্ফাদো নাপ্পা থন্না লাঙ্দুনা
শম্জীলক্তা ঙান্নবা অসি ৱাখল্ তৌদুনা
শাখপ্ তোয়না খপ্পুনা মহৈ মহৈ চেম্বদা
কোক্কায়-লুকাই থোক্লবা মহোয়দবু নত্তেদা,-
থঙ্লেন্ খোইমু কয়াগী ৱাখল্ লায়াৎ অমদা
পাম্মু-নুংশি শেংনবৈ থম্মোয়নুংগী শৈরোল্না
ৱাখল্ লাইমন্ চেল্লবী লৈরাং মচেম্ কয়ানা
কোরৌ মৈশা লাংলবী শিংগারৈদি লৈরাংগুম্
নৌনা পুন্সি কেম্নরি ঈয়ায় কাগী কোংগোন্গুম্
য়াইৱোইদনা য়াইৱোইবা ৱাংলেন্ মীৎকূপ্ অমগী
তম্ফায়াইগী তম্ফানা খোয়দা খূদোল্ লাঙ্বগী।।

মহৌশাগী খূৎশেম্দো কোরৌ নোংজা অদুদা
খোইমু লৈরাং চেক্লানা লোইবা নত্তে তাখোদা,-
হৈনৌকোন্সু অমুক্তং, থোইরেন্ য়েন্নীং থাজনা
খোয়দাজবা চেক্লা'চা, চেক্লা'মুবী কোকিল্না
তূম্মা তূম্মা কায়দনা কাইদ-কাইদ চীল্লোক্লা
হৈনৌ মপাল্ খৌবূম্ থন্ মখৌ পোঙ্না উম্দুনা,
হৈনৌকোন্গী ময়ায়দা উফে'মদা ফম্দুনা
ঙসাইদগী মহোয়দি খোইমু লৈরাং অনীগী

পম্বা কৌবা নাইদবা মতৌ লাংওন্ মহোয়গী
কৃষ্ণতৈবু য়েংদুনা কয়া নুংঙাই লেল্লম্বা !
লৈরাং খোইমুই মতৌদা "পানাই পুনাইদরবা
তাইবং মঙলান্ পুন্সিনি" 'সুম্বা ৱাখল্ ঈরোঙ্দা
মঙাশুবা খোম্থাংগী ছৈশক্তুদি য়ৌঙম্দা
থোইরেন্ থাজ য়েন্নীংথা কোলোয় মাগী শক্তিবা
য়াৱা মপাউ তাবদা উপাল্ ৱাপাল্ অপূম্বা,
অশ্ব ঈচেল্ খোঙ্বান্গী হৈনৌ মপাল্ খাক্তনা
নুংওন্ ঈরা শিন্থুরি নৌনা ঈনোৎ কাদুনা।।
অশ্বে ঈচেল্ অদুসু 'নৌবা শাথেক্ হাপ্তুনা
তোরৈ হন্গৎ চেন্দুনা ঈথক্ ঈরাও ঈরোয়না
চেক্লাই য়াৱা তারম্মী ।। চেক্লা'মুবী মখৈনা
হৈনৌ মসা খূদিংদা তূম্মা তূম্মা কায়দনা
নূংওন্ মপাউ কয়াবু নাপ্লা চীক্লা পাউমেন্না
হৌজ-কাইদ চীল্লোক্লা মপূই কোলোয় শক্তুনা
লৈবা ৱাংলেন্ থোক্পনা নূরাই থম্মোয় লৈকাসু
নুংওন্ ঈরা শিন্থুরে, নুংওল্লেদো কুন্তীসু।।
তরঙ্ মালঙ্ য়াহীপ্পা কাশ্যপ্পগী মপারী,
মশেক্ মঙাল্ কয়ানা নোংদোন্ নোংথক্ য়াংগোইরি।।
মায়গৈ লীশীঙ্ তরা খোন্ শান্নরিবা অঙাম্বা,
খল্লে মাবু নাৱাগুম্; অদুগুম্বা অঙাম্বা
কোরৌ নহা পাম্থোইবা পম্নীংলক্লে কুন্তীদো
নূরা মাগী তম্বাক্থক্।। করি থীম্বা লৈতেদো
নীংঙোল্ ওইবী মহাক্থক্; তুংগী ৱাখল্ তৌদেদো
অদুগীসু মথক্তা থোইরেন্ পূক্লীং লেপ্লবা
অমৈ কাদা য়োন্দ্রবা, দুর্ব্বাসাদি লম্বোইবা
মানা পীবা লাইহৎলোন্ লাইৱাদুগী মতীক্তো

# কুন্তী-কর্ণ

অদুতবু খঙনীংনা লৈজরম্বী নূরাদো,
নীংঙোল্ পাইমা থোইনা খৈ লাইৱাদুমক্ শোন্দুনা
হন্ন-হন্না কৌরেদো নূরা ওইবী মহাক্না;
কাশ্যপপ্নগী মপাবী কোরৌ নহা পাম্থোইবা
তাইবং খোন্না কোপ্লিবা কোলোয় মাগী খোয়থুম্বা।।
লাইনীং পুবেন্ অথোইবা দুর্ব্বাসাগী শোয়দ্রবা
লাইহৎ লোন্গী য়াবানি, অমাঙ্-অতা লৈত্রবা।।
থীন্দে কুইদে হেক্তমক্ নূরা মানা শোম্বদা
লাক্পনবু মহাপ্লি অশৈ ঈচেল্ খোঙ্বান্দা
নূরা মাগী মকা তম্ কোরৌহম্বা অঙাম্বা।।
ৱাংলেন্দুদা নূবাদো, কংফাল্ লৈরাং হেঞ্জবা
লৈকঙ্ থম্বাল্ লৈবাংনা কোবৌ মৈশা লাংবদা
শীংঙেল্ লৈচু মাঙ্বগুম্ তাইনবীবে চেংলৌদা
নূরা লৈরাং কুন্তীগী।। অমবোম্দা কোরৌনা,
নূবাই থম্মোয় লকানুং নোম্না হাইনা তনিক্না
লৈবাং লৈশাৎ তম্লিবা নুংগী চেংলৌ য়েংদনা
নীংঙোল্ মাগী শক্পাম্থোং চেংলৌদবু খোয়দানা
কোলোয় মপাউ মমেপ্লি ঙক্চান্ননা নুংশিনা,-
"নূরা কুন্তী করিনো! খোঙ্ফম্ খূদিং শোয়দনা
তাইবং খোঙ্ফম্ খূদিংদা চাক্হেন্দৌবী নূবানা
মপূ মাগী শিন্থাদৈ শীল্লম্ ঐগী পাঙ্বদা
মীৎকূপ্ অমৈ ৱাংলেন্ফাও করি থৌগী থৌরম্দা
শোইনাইফদে খন্দনা কৌবি ঐবু নহাক্না ?
করি পাম্বা ইফম্দৈ হায়য়ু তাসি নূরানা।।"
কোরৌহম্বে মপাউদা সূবসেন্গী লাংলেন্না
কিখিবনা মথম্মোয় মিহুন্ চেন্গুম্ চেন্গানা
কৈখা পোম্বা শজীগুম্ নীক্লীক্লবা খোন্ফম্না,

## কুন্তী-কর্ণ

খুবাঙ্ চাংজৌ তন্না চেপ্ মদু কাইদ লীশীঙ্নে
কোংয়াঙ্ চৈশূ তাবগুম্, চরৈ ফিজী ফিনানে
নুরাই ঙক্তা য়েংচনা মালেমৈন্নদা শাংজ্রাংনা
কোরৌ মাগী মকা তম্ তুজদুনা নুবানা
কোলোয় মপাউ মেল্লক্ই,- "অপঙ্বীনি ননাইদি,
করি খঙ্বা নত্তেদো লাইব্রাসিগী মরম্দি
থোইনা মতীক্ লৈরবা লাইনীং পুরেন্ অথোইবা,
দুর্বাসাদি লম্বোইবা মানা'ঙোন্দা পীবীবা
মাগী লাইব্রাই মতীক্পু অচুম্ চুম্দা খঙ্নবা
তোল্লবীনা চাংয়েংবা ঙাক্পীনিদো অঙাম্বা !
নফম্দগী ননাইনা ক'ম্বা ইতীক্ লৈদুনা
অপাম্ পোৎলম্ নিদৌবা অপাম্ রাখল্ লৈদুনা।।"
নুরাই য়াবা মপাউনে, মায়থোঙ্ থাজ থম্বাল্নে
থানিল্ থাজ শক্লেদো থোইনা হেন্না পেল্লেনে,
কোরৌ মাগী কাদনা থোইনা ঈরাঙ্ হৌইনে।।
নুংওম্বনা মথম্মোয় অপাম্ ঈথক্লদুনা
তন্না চীন্গোই পাউমৈন্নে মোমোন্ নোক্লা কোবৌনা,-
"ঙসি নুরাই রাফম্না, কোরৌ নোংজা অমত্তা
রাংলেন্ মীৎকুপ্ অমফাও তাইবং মপূই মকাদা
থৌরৈতনা থৌ থাবা য়াদ্র' ঐগী ইফম্দা
য়ারোই থিংবা কুন্তীনা শিচ্ছা ঐগী পাঙ্বদা
মতম্মুংনা কৈদৌনুং ঙল্লোই নুরা য়ারোইদা।।
নঙ্না ঐবু কৌবনা নুরা ওইবীই নগাইদা
কোরৌ নোংগী শিচ্ছাদি শোয়ফদনা পাংনিদা;
করিগুম্বা নীংঙোল্সু শীল্লম্ ঐগী পাঙ্বদা
নত্ত' রাখল্ মাঙ্ওইনা ঐবু শেরান্নরোইদা
অদুগীসু মথক্তা, লাইজ ঈরেন্ অরুম্বা

## কুন্তী-কর্ণ

ফৃম্‌দীলম্মু ওইসনু ঈয়ায়কাসু শক্লাইবা,
তিংখং তুশ্বৌ তুন্নক্কী শীঙ্‌ঙেল্ লৈরাং থম্বাল্‌না
লৈরাং লৈহী লোয়ননা লৈকা ফন্না ফৃগায়না
মোমোন্ হাইনোক্ মীনোক্লা ঈয়ায়কাদা ওঙ্‌লুবা;
শীঙ্‌ঙেল্ মাবু খোইমুনা কোরৌ নোংজা করম্বা
অপাম্ ঈথক্লদবা য়াওগ্রবগে করম্বা?
লৌশিং থাওমৈ লল্‌ব্রোইবা লম্বোইবসু তুবোইবা
চীঙ্‌ঙু খোয়ুম্ খাক্‌ফদে তাইবং মীখূৎ অপৃম্বা
লৈরাং মাগী কাদদি তায়োন্নদে কৈদৌনুং
অপাম্ ঈথৌ লাংবদা ব্রাংলেন্ মীৎকৃপ্ খেঞ্জোঙ্‌নুং।।
অসিমক্লা নূরাও নীংঙোল্ ওইবীই নফল্লাং
ঙসি কোরৌ নোংজাদা কোরৌ ঐগী ইসুংলাং
মাঙ্‌ফদ্রবা পারী'মা চূপ্‌থা হৈরাঙ্ হৈশক্লা'
নূবাই খোইজী লকানুং শাগৈ মৈরা ঙাইওইনা
তাউজীং হৈব্দ হুল্লম্‌গে।।" অসি ব্রাফম্ নম্‌দুনা
নূরা লৈরাং কুন্তীগী য়াব্রা মনাও তাদনা,
শারেন্নোংশা শানিংথৌ মাগী খুবাঙ্ অনীনা
লাংবন্ শজী মচাবু লাক্লা হাইনা পাদুনা
শাথোঙ্ খঙ্‌না শাথিংনা য়ারৌ শারাক্ তম্‌গুম্না
কোরৌ মনা নূরাগী খোইজী লকা তম্‌দুনা
হৈরাঙ্ হৈমি হৈতম্লা সনা হৈব্র অহেম্বা
পারী'মবু মিতম্‌খি, ব্রাংলেন্ মীৎকৃপ্ অথোইবা।।

সূরসেন্‌গী চূপ্‌থা হৈ, ভোজকোন্দা হেঞ্জবী
নীংঙোল্ ওইনা অদুম্মক্ তাইবং তায়োন্নরবী
নূরা লৈরাং কুন্তীদো কোরৌ মনা চিংবীবা
তৈনরবা লম্‌জীংদা, নোংখোঙ্ ফৃয়না চুরবা

## কুন্তী-কর্ণ

নোংলৈ নুংশিৎ নোংলক্কী তাউজীং হৈরাঙ্ হৈয়াম্না
নোপ্পা হাইনা খাঙ্লবী, মউ নোপ্পা পামেন্না
ওইবা পান্দম্ তন্না লাক্ নূরাই লূরেল্ লুরুক্লা'
তুসি কদায় তুঙমদা, তুরোই হায়সু য়াদনা
নূরাই খোঙ্ফম্ অনীদো তাক্লরুবা লৈতনা
অঙাম্বগী মকা তম্ নূরা লেপ্ত্রে হাইরেদো;
নুংহীক্লবা খোন্ফম্না কোলোয় মপাউ মেঞ্জেদো,-
"কোরৌ নঙ্দি খঙ্বীদে, মতৌ লাংওন্ করম্না
তাইবং তায়োন্নরবী নমু হক্চাঙ্ অসিনা,
কুন্ত ভোজ নিংথৌরেন্ মতীক্ মঙাল্ চাউজবা
পঙ্খৌ মাগী মরান্য়াই ইমায় অসি উৎকবা?
অসিগীসু মথক্তা লৈমা নিংথৌ অনীনা
লৈপাক্ মীয়াম্ মমাঙ্দা অতৈ অমা খন্দনা
লাইবক্ থীবি ইসুংলাং তাংজ মায়থোঙ্ ফিখুম্না'
তেংথা নাওই লেম্বদো মমোম্ শক্পী ঐহাক্লা
করম্ হায়না য়েংলোগে? মখোয়নী'গী তেংথানা
ঐবু করম্ তারোগে? লাঞ্জদ্রবী নূরানা
শিসি হায়র শিঙমদা হিংসি হায়সু হিংদগুম্
লোইদাম্ চেঙ্জেল্ লোইরবী মমুন্ ফবী হৈরাঙ্গুম্
তাউজীং থরাক্ য়ান্দুনা; খোইদা লেংবা তীঞ্চাক্লুম্
য়াংদৌ ফরঙ্ চোংদুনা চাক্লা, ব্বানা লেঞ্জবা
য়েংনি করম্ কোরৌ নঙ্, হায়য়ু তাসি অঙাম্বা!"
নূরাই থম্মোয় ফিরাক্ খায় মিৎলূ নাপোম্ অনীনা
তরং লাইজ ঈনোৎ হাপ্ 'সূম্বা কোলোয় পাউমেন্না
থৌদু নুঙ্মক্ ওইরুবা কোরৌ মাগী মথম্মোয়
খোচ্চবনা নূরাই কা নুংওল্লবা মথম্মোয়,
কুন্তী মাগী মফম্লাং-য়ারৌ লাংদা থুরবা

## কুন্তী-কর্ণ

মিপাই খোঙ্‌ফম্‌ লৌমাংনা মদোম্‌ তরক্‌ লেঞ্জবা
শজী'চাগী পান্দল্লাক্‌ থৌজাল্‌-লাইজ ঈহৌজে;
নূরা মাগী মকা তম্‌ য়াইফ-কোলোয় পাউমৈঞ্জে,-
"নূরা কুন্তী ইবেম্মা, ঙসি কোরৌ নোংজাদা
পৃক্লীং পাংশোই নীক্‌'মখৈ নূরাই অব্বা'উবদা
থম্মোয় মচেৎ তারেদো, কেন্দে হায়দা খাক্লেদা,
নুজাই খোইজী লকানুং ঈপাল্লোক্লা পোল্লিবা
হৈরাঙ্‌ হৈমি অদুদি সনা হৈরূ অহেব্বা
তাউজীং হৈরাঙ্‌ হৈশক্লা ব্বাংলেন্‌ মীৎকৃপ্‌ তরানা
লোইদাম্‌ থাজ তরা শক্‌ হৈরাঙ্‌ হৈপৃঙ্‌ ফাদুনা
হৈরাঙ্‌ হৈমি হৈতম্‌জৌ তাইবং মালঙ্‌ শাৎনবা॥"
'সুব্বা- য়াব্বা চীন্‌গোয়রম্‌ অঙান্‌ কোরৌ পাম্বোইবা
খোঙ্‌কাপ্‌ নৌরা তন্না য়ান্‌ মশাই মরান্‌ তম্‌খরে,
নীংঙোল্‌ ওইবী মহাক্লা চিংনা য়েংনা লৈহৌরে॥

কোরৌ মানা নাব্বাইবা ব্বাংলেন্‌ মীৎকৃপ্‌ তরাই তুং
শোয়ফদবা ময়াথং পাল্লরেদো অদুই তুং,
ফনেক্‌ খোইদোম্‌ শেৎলিবী নূরা লৈরাং কুন্তীদো
খঙ্‌হৌদেদা মম্বনি, নীক্‌ নীক্লবী থক্‌ইন্দো
থবাক্‌ লমঙান্‌ ঈথক্‌ হৌ ব্বাংগোন্‌ নাওয়েক্‌ নাওতম্না'
অশ্বৈ খোঙবান্‌ অদুদা শদৌ নাহে তম্‌দুনা
ওন্না থোইনা খাঙ্‌লক্‌ই॥ অদুদগী ঙক্লেদা,
ব্বাংলেন্‌ মীৎকৃপ্‌ অমৈ তুং য়েৎকী নাকোঙ্‌ থোঙ্‌জাওদা
পারী অমা শাৎলেদো নীংঙোল্‌ ওইবী মহাক্‌থক্‌
ফংজবদি মসুংলাং অঙাম্বৈসু মহাক্‌থক্‌॥
হায়নরিবা নাব্বাসে 'চম্বা অঙাং থোক্কেদো
কুন্তী মাগী নাপ্পদে নাওখাইরিঙৈ ব্বাংলেন্দো

## কুন্তী-কর্ণ

নাব্রা মানা মালেম্ য়ৌ মালেম্ অসি লেপ্‌ত্রে হাই
মালঙ্ নোংলম্ অনীসু খাঙ্‌ভী ফেৎ ফেৎ হাইনা হাই।।
কৌজেঙ্-কৌয়া খাক্তনা খোম্মান্নবা খোন্‌ফম্‌দা,
অথূক্লবা খোন্‌ফম্‌শিং নোংমৈ শীঙ্জঙ্ তাবদা
লাউনবগী পান্দম্ লাক্ "হীঃ কবিনো!" হায়দুনা
তাক্লরুবা নাইদনা থাদা মচা কোন্দুনা
লৈপক্লনা খাঙ্‌নখি ।। তরঙ্ মালঙ্ ঈপোম্‌দি
কোনুং ওইবা লাইরৈবাক্ সোয়ারেন্‌গী লল্লেন্দি
করম্ লেপ্লি য়েংসিদো- মহী ময়াঈ চেল্লবা
নাব্রাই মতীক্ খঙ্‌লবা চীঙ্‌ভু খোয়ুম্ অপূন্না,
মহোয় মশেন্ হয়াওনা মালেম্ তম্না য়েংধরক্
পারিজাত্তি লৈরাংলেন্ খুবাম্ চোন্না চাইথবক্
হেন্ন-মায়থোঙ্ য়াকা তম্ মোমোন্ মীনোক্ মিতম্না'
হয়াও জগোয় খুৎথেক্লা য়াইফ কোলোয় শক্তনা
অশ্ব খোঙ্‌নুং খোঙ্‌বান্ তম্ নীঙ্‌ঙাইদবী ব্রাংলেন্দো
অয়ূক্ কোয়ৌ মশেক্লক্ শীঙ্‌ঙেল্ লৈরাং নোংজুইদো।।
নাব্রাই মতীক্ খঙ্‌জবা পোম্বি চেক্লাই কাঙ্‌লূপ্না
মাগী মাগী খোম্থোক্তা পূক্নীং হূবা শৈহেক্লো
মপূই খূয়া খাদুদা শৈহেক্ শৈদম্‌জদুনা
নাব্রা মাগী মহাক্‌থক্ য়াইফ-পূন্সি নিরিদো।।
পামেন্ শাগৈ ওংজবী হৈপাল্ লৈপাল্ পূন্নদো
তাক্লরুবা নাইদনা তাইবং শেন্না মপূদা
"তাইবং মালঙ্ অসিদা মপূই শিঙ্খা পাঙ্‌বদা
পালেম্ ওইবীশিংবুদি ইচা-মীচা খায়বদা
নাব্রা মাগী মসুংলাং য়াইফ-কোলোয় শক্লবা
খোম্থোক্ মরীক্ অমফাও তাইবংসিদা লৈরিবা;
পামেন্ শরুক্ থুংবিদে" অসি ব্রাখল্ তৌবদৈ

## কুন্তী-কর্ণ

ওইনমখৈ ওইনরম্, পাম্বৈ অতৈ উদ্রদৈ
কান্নদরে ৱাখল্ তৌ লিরি হুন্না নামিবা
মালঙ্ ফৌরোই তুংইন্না হরাও জগোয় থেক্চবা
শীংথাদুনা লোইনাইদে থারুবনা মৱাংলি ॥
শীঙ্ঙেল্ লৈরাং পামেন্না লৈরাং লৈহুন্ মতম্লি,
নাৱা মাগী মসুংলাং লৈরাং লৈনম্ লোয়ননা;
তাউজীং হৈরাঙ্ হৈপাল্সু হৈরাঙ্ তাউজীং লোয়ননা
নোপ্পা নত্তে করিসু অদুই অদু মঙাইদো ॥
সোম্দা অমুক্ কম্দৌরি- পারীদুগী মতীক্তো
অঙক্পনি অঙক্পা, লাইগী নিংথৌ সোরারেন্
মহাক্তনা শূজবা থোইরেন্ শীঙজঙ্ খূৎশূরেন্
চঙ্বা লাক্পা ঙম্দ্রবা, মঙাল্ মশেক্ লীশীঙ্না
সিনি মায়কৈ লেপ্তুনা মিৎফম্ খূদিং মিৎথক্লা'
তম্ফা কোংগোন্ থিল্লবা, সনাতনা পূম্নোবা
অমাঙ্-অতা লৈত্রবা চোইনৌ লূরেল্ লূহূপ্পা
অনীশুবা কোরৌগুম্ থোইনা হেন্না হেঞ্জনা
লৱাই চাংদোন্ কোইরেঙ্খক্ নীক্লীক্লনা নীংথিরি;
শাগোন্নবা মহক্চাঙ্ ঙম্না লোইনা মশুরি
মতাফবা ঙক্শম্গী ঙাঙ্গোয় লীক্লাং পরেংনে
নাইন্ মাসু চিংখদে, ৱাম্ফক্সনা ফূরিংনে,
সনা ফীগে ফৈজোম্নে, খ্বাঙ্লাক্ খ্বাঙ্গোই খিবিক্লে
চীঙ্ঙু'মনা থোন্দৌবা খোয়ুম্'মনা কোন্নবা
চরৈ লৈতেং নম্থাঙ্শিং অমত্তবু তাদবা,
ঙক্ই ঙম্না চিংখদে; নাৱা মহাক্ অদুনা
তাইবং মালঙ্ ফাওবদা ওইবা মতৌ লাংওন্না
মিৎফম্ খূদিং শুম্বনি মালঙ্ নোংলম্ তেঙ্বাম্বা ॥
হায়রি' নাৱা অসিনি পীনহৈবা পাদাম্বা,

## কুন্তী-কর্ণ

* অঙ্গে পাথৌ বৈকর্ত্তন্ লাঞ্জিং পুরেন্ অথৌবা
অধিরথৈ মপারী রাধাগীনা ললয়োইবা
অসুম্ ওইবা মিংলেন্না মিংথৈ মাগী শারা শন্
তাইবং মালঙ্ ৱাংমা লান্ নোংদোন্ নোংথক্ তন্না শন্
কম্বা কেন্বা নাইদবী পারিজাৎকী লৈরাংগুম্
সোরারেন্গী লম্লেন্দা থোইনা হেন্না হেম্বগুম্;
ভারত লাঞ্জাও লান্ফমদা তায়োন্নবা লাল্লোংদা
হরি মাগী খুজীন্দে পার্থগীনা মথুত্তা
পাথৌ য়াহীপ্ তান্দুনা কোলোয় মাগী অথূম্বা,
তাইবং, মালঙ্, নোংলম্মা, খোন্ফম্'মদা শোন্দৌবা
পোলোই য়াহীপ্ তান্দৌবা; অৱাবদি তাখোবা,-
লৈমকোন্দা নাওকোল্লা নিংথৌকোন্দা চাউদৌবা
নাৱা ওইবা মহাক্না তাইবং মালঙ্ খোঙ্দাবা,
লৈমকোন্দি নিংথৌকোন্ য়োক্চবীও য়োক্চবা
চাম্মা চাম্মা খুজীং শক্ নাওকোন্নবা ঙাইরবা;
মহোয়দবু নত্তেদা লোইবা নত্তে থারুবা-
নিংথৌ মাইবা চিরাই তাঙ্ লৈপাক্ মাইবা খুরাই তোঙ্
অমাইবী ও শৈশক্পী লীশীঙ্ খুজীং ঙম্মা তোং'
মানা মানা হৈজবা শৈফম্ শৈদম্ শৈরেপ্পা,
নাৱা মাগী মসুংলাং ৱাংপা কৌবা নাইদনা
মঙাশুবা খোঙ্থাংও অনী মরী খাত্তনা
তরেৎশুবা খোন্ফম্ও লোইনা ঙম্মা শৈদিন্না
লাইরোল্ তীন্লোল্ কয়াগী ঈরাৎ থৌনি থৌবোল্না
চীঙ্ঙু মাগী মখুভম্, খোয়ূম্ মাগী মগাইদা
শৈইন্ খম্ইন্নদুনা য়াইফ-কোলোয় মরক্তা
তাইবং মালঙ্ ফাওদৌবা অদুগুম্বা পারীনা;
লৈঙোয় শেক্তা মথক্তা হঁঙা শৈনা শৈহৌনা

* অঙ্গ লৈপাক্কী

## কুন্তী-কর্ণ

অশ্ব-ঈচেল্ খোঙ্নুংদা ওন্না থোইনা খাঙ্দুনা
খোল্লাং ঈরী থিরিবা, কুন্তী করম্ য়েংগনি?
কুন্নং লৈচিঞ্জবিবী নীংঙোল্ ওইবী নহাক্কি
ব্রাখল্সিদা লম্মুক্কা করিগীদি লৌখস্তে!
পারী মাবু নহাক্কা নতস্বাক্তা পন্বীদে!
নূরাই খোল্লাং নাম্মফাও নপারীবু চূপ্হন্দে!
চীঙ্গু মাগী নোংদম্খোল্ নাব্রা মাগী মসুংলাং
কৈদি ব্রাংনা তম্দেনা নূরাগীসু নসুংলাং
পারী পোক্পা পম্বৌসু তাইবং মপান্ তাংলিবা
অঙান্ কোরৌহন্বনি, মুংনাই শিনাইদরবা;
পলেম্ ওইবী নহাক্সু ভোজ নিংথৌ পুন্সিবা
কুন্তভোজ মমোল্লোই য়াইফ থোইবী নহাক্কি,
হায়রুদুনা কৈদৌনি নহাক্তনা খঙ্বনি।।

অসূম্ অদুম্ ওইনমক্ থম্মোয় তাশোন্ ওইবদি
পীক্লা মতীক্ লৈরবা নাব্রা ওইবা মহাক্তি
লৈপাক্কীদি চংনরোল্ হৌনবীদি নাতৈনা,
কিশি পবৈ লাক্লা লাক্ অরেং খূদিং পুন্দুনা
পলেম্ ওইবী মহাক্কী মতস্বাক্তা কোন্দনা
মথালক্তা চাউদনা খোল্লাং লম্মল্ তোন্দনা
মাঙ্খিদৌরি করম্লো, পাম্মুইদকো ওম্বোক্লা!
"মীনোক্চাউবা তাইবংগী কল্লক্-মৈনা চাক্পসে-
মিহৌ-লাংনা কোয়রবা মীনোক্-মৈখূ মৈশাসে-
ওম্বোক্সু কল্লিদা! মৈশাসিগী মৈরক্তা,
থম্মোয় পিবাং ঈরা-হৌ, নীক্লীক্লবা খোঙ্ফম্দা
ঙসি মমা মচানা তাক্লরুবা লৈতনা
পোলোই পূঙ্ফম্ পীদৌরি; অদুই মহয় অদুনা

কুন্তভোজ নিংথৌরেন্ অশাও খাম্বি মৈবায়না
থম্মোয় মৈবূন্ চূরনি।।" অসুম্ ওইবা বাখল্দা
নীংঙোল্ ওইবী কুন্তীদো লাইজ ঈপাক্ ঈয়ায়দা
সূক্লা মম্বা থাশিগী তাংলৌ লৈনা থেঙ্বদা;
সিনি মায়গৈ খঙ্দনা নোংলৈ-নুংশিৎ মবক্তা
হিরাম্বগী হিরেন্গুম্ কঙাওননা লেম্বদা
নূরাই বাখল্ হিদোম্দো পূক্নীং বাখল্ তোর্ব্বান্দা
তন্না হন্না থাংলেদো, থোইনা মতা চারবী
বাংলেন্ অদু থোক্পদা ফেৎ ফেৎ হাইনা খাঙ্লম্বী
কুন্ত লৈরাং কুন্তীদো হন্না খোঙ্গুন্ তাদুনা।।
নীক্হাইনবা খোঙ্ফম্দা থম্মোয় খাম্বি মৈবাইনা,
খূবী চূপ্না খাঙ্লিবা পারী মাবু কোন্নবা
তনিক্ খূৎলাম্ তোয়রুবা অবাবনি অবাবা,
নুংগী মৈচাক্ কম্বনা অবেম্বনি অবেম্বা।।
'নৌবী বাংগোন্ শঙ্খুম্বী পলেম্ ওইবী কয়ানা
নোংদম্খোন্দি অকম্বা য়াম্জেম্ লাইবক্ থীবনা
পুন্সি মৈরা মুৎলম্দাই বাংলেন্ অদু থোক্পদা,
মথানুংগী পারীবু অদুম্মক্তি- মথাদা
খূবাম্ চেৎনা কোন্নিংবা, কোল্লুবদি ঙম্দবা
'দুগী পাংখক্ লাক্লুনা বাখল্-নোংলৈ অচৌবা
তন্না ঈথক্ হৌদুনা নূরাই ফিরাক্ খায়বদা
মথম্মোয়দো ছেৎ ছেৎ কায়, থম্মোয়নুংগী নাপ্পদা
লৈপাক্ মীয়াম্ মীনোক্লা করেম্নবা খোন্ফম্দা
অথূক্লবা খোঙ্খাংনা নোংখাক্ খোঞ্জেল্ অতম্মা
নূরা মদোম্ মতাজৈ নুংগা-পান্গা ওন্ননা।।
নূরাই মতৌ লাংওন্দা ঙসাই মখৈ নীল্লম্বা
চেক্লাই কাঙ্লূপ্ মখৈসু, হৈপাল্ লৈপাল্ অপূন্বা

ঙম্না মরূ লূক্লরে; চীঙ্ঙু খোয়ুম্ ঙম্নমক্
মালঙ্ নোংলম্ তাইবংপান্ য়োক্পা শেম্বা মপূমক্
সোরেরেন্গী লল্লেন্দা মায়থোঙ্ খেগুম্ লাংশিল্লে,
অতৈ লাইগী মখৈনা ৱাগী মচেৎ ঙাংদরে,
মাগী মাগী মশিঙ্খা ঙম্না থা-নি কাউনবে।।
সোম্দা, অশ্বে খোঙ্বান্দা নূরা লৈরাং কুন্তীদো
মপাবুঙ্গী মখোঞ্জেল্ মদোম্ মথন্ তাজৈদো,
মখা ক্রক্ ক্রক্ চীক্তুনা অকী-খোন্ফম্নরবা,-
"হায়য়ু কুন্তী কনানো নাৱাসিগী অপোক্পা!"
পলেম্ শক্পী মহাক্সু নীঙ্ঙম্দবা থম্মোয়না,-
"হায়য়ু ইমাই ইবেম্মা, নীংঙোল্ ওইবী নহাক্না
খ্বাইগী মীনোক্ কিদনা অসি য়ৌনা ঙম্লবা,
হায়রো থীল্লে কনানো নাৱা মাগী অপোক্পা!"
ৱাফম্সিদা নূবানা পারেপ্ পুরেপ্ পাদম্না,-
"পাবী মাগী পাম্বৈদি তাইবং মালঙ্ নোংলম্না
মীৎকূপ্ পূঙ্জা কাংদনা মাগী মপান্ তাংলিবা,
তাউদন্ নহা অঙাম্বা য়োইময়াই শিনাইদবা
কোরৌহন্বা পাম্ভোইবা নুমিৎ কৌবা লাইদুনি।।"
সূম্না য়াবা পাউখুম্নো তাইবং কনা থাজনি;
কুন্তী, অঙাঙ্ পম্খিদ্রে লৈরে, তারে অদুম্মক্,
থাউদম্মক্পু ঙম্জবী নূরাই খুৎস্না অনীমক্
চেৎঙ্খবগুম্ নীক্লক্লে থম্মোয় অহীক্লদুনা।।
তাইবং নাপ্ল-ৱাংমা লান্ পাশক্ পুশক্ পাদাক্লা
ৱাগী নাখৈ শেংদবী পলেম্ ওইবী কনানা
মথানুংদা কোঞ্জবা পারী মাগীদমক্তা
কয়াই মতীক্ ৱাজবা, অদু 'পূম্বা কুন্তীদা
হৈরে লোইনা ৱাত্তনা, ঈথক্ ঈরাও ঈওন্না।।

## কুন্তী-কর্ণ

অয়ূক্ কোয়বা য়ুরান্‌গুম্ নূরাই য়াইবি মঙানা
সমু হক্‌চাঙ্ পোল্লাংদৈ তরঙ্ মালঙ্ তম্‌দুনা
চেঙ্গোক্‌চবা নত্তনা উদ্রে নূরাই ব্রাখল্‌না ।।
অসি নৎত্রে হায়রগা, নূরা ওইবী মসুংলাং
কোরৌ ঈনা ঈপাল্লোক্ মোমনু-ই ঈনা ঈপাল্লাং
ফংজখিবা মহাক্‌থক্ হঁঙা শৈদম্নরিবা
সনা হৈরূ অহেম্বা পারী নাব্রা য়াইবোইবা,
নূরাই চূপ্‌থা হৈরাঙ্‌দো লাইজ ঈপাক্ ঈয়ায়দা
লাইজ কোংগোন্ পান্দম্লাক্ অশ্বে তোরৈ ঈবৈদা
চীম্বাঙ্‌ননা তাক্লোকো 'সূম্বা ব্রাখল্ ঈরোঙ্‌দা,
খোঙ্‌নুং-উয়ুং মতৌগুম্ নুংগা-পান্‌গা ওন্নরে
লৈথক্ লৈখা ওন্না খাঙ্ কুন্তী ঈবাক্লরক্লে ।।

কাইনথংদা নূরাদো সুন্দা পাইবা তাঙ্গোইনা
ব্রাতোন্ কাইদোঙ্ ফংবগুম্ নূরাই পূক্লীং হিরেন্না
ব্রাখল্ ঈপাক্ হিদেন্‌গী তোরৈ'মদা থূপ্তুনা
ব্রাখল্ পরৈ লাক্লক্লে, লাইজ ঈপাক্ হিরেন্দা
হিরোই য়াউদ' হিনাওনা নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা
সিনি মায়গৈ খঙ্‌দনা লূপ্নীং লূপ্‌মাং লূপ্‌ফেৎনা
হিদোম্ তরক্ তাউবগুম্ কোরৌ মীক্‌থাঙ্ অদুনা
ব্রাক্‌য়ৈ হিদোম্ পাংখক্ লাক্ অশ্ব ঈচেল্ ঈরোয়না
তোরৈ ঈরৈ শীঙ্‌নাংলক্ তাউহন্‌খ্রগে নীংদুনা
থীন্দে কুইদে কুন্তীদো খূৎফম্ অনী তনিক্লা
মপারীবু থাদা কোন্, নূরাই চীম্বান্ লকানা
খজাই লেংওন্ ওন্না চূপ্ লেপ্লে ঙসি কুন্তীনা ।।
ঈরোল্লুংদা পোম্জবী ঈপাল্লাংনা শাচ্চবী
থম্বাল্ লৈরাং লৈনুংশি, শীঙ্‌ঙেল্লক্তা হেঞ্জবী

## কুন্তী-কর্ণ

ঈনুং ঈবা নংলুবী শীঙ্ঙেল্ থম্বাল্ লৈকানা
অয়ূক্ কোরৌ মশেক্তা থঙ্লেন্ মায়কৈ ওন্দুনা
নোংদোন্ লাইজ তম্বগুম্ কুন্ত লৈরাং কুন্তীদো
কোরৌ মাবু চিংনা য়েং নৌনা ঈরা ঈহৌনা'
ঙম্দ্রে লৈবা নূরাদো।। মিৎম্না চেজেৎ উইশিন্না'
মাগী মাগী লায়িংথৌ ঈরাৎ চবান্ লাংবদা
চেঙ্, থোইদীং, লৈ হাপ্পগুম্ য়াইফ-পুল্লাংনুংদুদা
মথাই পারী চন্সিল্লে নূরাই কোরী পুল্লাংদা;
মথঙ্, ঈচেল্ তম্লক্লে ঝাজরবী খোঙ্থাঙ্দা।।
মীৎকূপ্ তরাই মমাঙ্দা নীংঙোল্লক্তা তিন্দুনা
শন্নাং কোইকক্লরম্বী নূরা মহাক্ অদুনা
ঝাংলেন্ মীৎকূপ্ তরাই তুং মিরেন্ মিতল্লাক্লম্বা
মমা ওইবীই শক্লোন্'মা কয়া লায়না ওনখ্রবা!
মিৎলূ নাপোম্ অনীদৈ মমা ওইবীই মৈচাক্লা
কদোম্দগী লাক্লিবা! নূরাই থম্মোয় থম্বাল্না
লৈকা চোইনা কেল্লিবা! ওন্না থোইনা খাঙ্দুনা
নূরাই খোঙ্ফম্ লৌমাংনা চীক্লা মদোম্ লেম্বনা
নোংদম্বগী নোংদন্না? নূবা মাগী শিম্থারা?
ঙ্কই লাইমা মগুক্ই সিবু তাইবং পোরন্না?
কোরীফৃদৈ পারীবু হন্ন-হন্না য়েংজরা'
কপ্লে থম্মোয় নুংহীক্লা নূরা লৈরাং কুন্তীদো,-
"ইমাই'বুংঙো নিংথৌবা, পারী নদোম্ চৎলোদো;
ইমাই থম্মোয় লকাদা খাম্বি-মৈবূন্ হৌরিবা
পারী কায়ন মৈশা লাং চাক্ল চাক্লা লেল্লিবা,
চীঙ্ভু খোয়ুম্ নোংদম্খোল্ য়াম্জেম্ লাইবক্ থীবনা
পারী নঙ্দি খঙ্দ্রেদো; নোংদম্ নোংফাইনবনা
ইমাই খোল্লাং নাম্মফাও নোংদম্ মরৌ চাউবনা

কুন্তী-কর্ণ

পারীই শরুক্ তন্নম্দ্রে, অসিমক্তি ওইদুনা
পারী নঙ্বু নিংথৌবা ইমাই মিৎলম্ ঋাংমদা
তৃবৃম্ অমা তত্তনা থোঙ্ঙামক্কী মায়োক্তা
পারী নতীক্ নয়াঈনা পঙ্খৌ পান্দম্ পাদম্না
মালঙ্-নোংলম্ অনীদা মুৎনাই শিনাইজদনা
কুপ্লোন্ কুপ্লেপ্ মিতম্জৌ।।" হায়ন হায়না কুন্তীদো
ঋা-না খোঙ্ফম্ ফৃক্চরা নূরাই খৃত্তে পুল্লাংদো
ঈচেল্ তঙ্গী অশ্বগী তোরৈ ঈরৈ অদুদা-
অদুঙৈদা লাংওন্'মা কংশৈ কৈশূম্ শঙ্লেন্দা,
নোংখোঙ্ ফৃয়না চুরবা সূক্লা মম্বা মাঙ্মেদা
চাক্লা ঈচীক্ হুল্লবা ঈনুং মমৈ ঋায়বদা
তাইবং মীপোক্ ওঙ্দুনা তাইবং মালঙ্ ফাওবদা
ঙাইর্জরিবা হরিদো হঁঙা শৈনা শৈদম্লাং
অদুগুম্না কৃষ্ণদো- পারী মাগী মসুংলাং
মথানুংদৈ বসুদা খৃৎফম্ নীক্লা শিন্নবা
অদুমক্কী পাঙ্খক্ লাক্ অশ্বলৈমা য়েংদুনা
পিরোই অহীক্লদুনা শিন্নরেদো থীন্দনা।।
পৃক্চেল্ তঙ্গী অশ্বসু নূরাই পীবৃক্ উদুনা
তোরৈ মাগী তুথূপ্তা পুল্লাং ঈফাই চন্দনা
পলেম্ মমাই মতৌগুম্ মথালক্তা কোন্দুনা
খারম্ পাংনা পুবিখ্রি।। অদু 'পৃম্বা কুন্তীসু
পোইরৈ মিৎয়েং ঋাংমা লান্ পিরোইনবী মিৎম্নাসু
তনিক্ তনিক্ য়েংজরম্ ঈয়ায়দগী মথক্তা
অশ্বে হিদেন্ তম্লক্লে তুরোইনবী খোঙ্থাঙ্দা
শদৌ-নাহে থোংমখৈ খোঙফম্ ঋানা ফৃক্তুনা
নুজা ওইবী মহাক্কী লৈজ-থৌনা অদুনা।।

## কুন্তী-কর্ণ

হিদেম্মক্পু য়োঁদুনা থম্মোয় খাম্বি মুৎত্রিবঁগে
অসূঙেগী ৱাংলেন্দি, নূরাই খোঙ্ফম্ ফৃক্লিঙৈ,
ৱাংলেন্ মরাং হৌরক্পা ঙক্ই লাইমা থৌদৌদা
নূরা মাগী য়েৎথংবা নাতোন্ লীক্লম্মক্তদা
পারী তম্ফা য়াইৱোইবা চঙ্না হেন্না নীংথিবা
সনা হৈরূ অমসু লীক্লাং চোইনা কেল্লক্পা
লীক্লু লীক্খোম্ পান্দম্লাক্ নূরা ওইবী মসুংলাং
নাওং মতা অদুদা থোইনা হেন্না পূক্লীং লাঙ্
মৈদা মৈ হাপ্লেদো; থোইরেন্ পূক্চেল্ লেপ্চবী
অশাও খাম্বি মৈহৌরে।। নৌনা মথোই কারবী
মচাই হাকম্মক্তদা মমিৎ ঈখেঙ্ হৌরবী
খোম্নৌবিবী কৈ অমোম্ 'দগী পাংখক্ লাক্লক্লে
নূবাই পাইমা লকানূং খাম্বি মৈচাক্ হেল্লক্লে,-
"চীঙ্ঙু মরৌ-লৈরবা, খোয়ুম্ শোইনাইনরবা
ওইগে মখে ওইয়ুকো, পাইমা লিংজেন্ খারবা,
ঙসি নীংঙোল্ ইগাইদা অথোই নাপন্ কাদুনা
নীংঙোল্ ওইবী ইসুংলাং য়াৱা খোন্নাইদদুনা,
শোয়ফদবা ইরম্চৎ মাঙ্হল্লগে তেম্শিংবা
মৈদা মৈ হাপ্লিবা হিংচাব-ও য়াইতম্বা
মীথীবোং-ও মিতম্বান্ চোংথোক্উনা ইমাঙ্দা?
উৎলো মতীক্ অথৌবা থীম্নু ৱাংলেন্ অসিদা
কুন্তী নতীক্ খঙ্দ্রিবোই চেন্গনুকো লৈখোদা!"
হায়ন হায়না ইবেম্মা, থম্মোয়-খাম্বি তন্না হৌ
মাঙ্হল্লগে মখা চীক্ তাক্হল্লগে ঈখেঙ্ হৌ
ৱাংলেন্ মীৎকুপ্ অদুগী পূংলূপ্ পূঙ্গোই অদুদা
খুৎন্না থম্বাল্ লৈকা চোন্ অশ্বে ঈপাক্ ঈয়ায়দা

লাইজ তন্না ঈখোন্নে।। নূরা লৈরাং কুন্তীদো
ঈখোম্নমক্ লোইদরি ঈনুং লৈমৈ থঙ্লেন্দো
থারিক্থাগী লোয়ুম্না থঙ্লেন্ থাজ মহাক্সু
মায়খোঙ্ খেগুম্ তন্ন লাং তুরোইনজৈ খোঙ্ফম্সু
খূবাংলক্কী শাদম্গুম্ নূরাই মাঙ্দা তাদুনা
অহীক্লবা মপাউখোল্ তন্না মেঙ্গৈ মিপাইনা,-
"ঐবু ঙাক্উ কুন্তীও! নোংদোন্ নোংথক্ ওঙ্জবা
তাইবং পুম্বি খোঙ্চৎকী অকা-অকূম্ পাদম্না,
মালঙ্ নোংলম্ তাইবংপান্ অহূম্ তূনা ঙাঞ্জবা
নোংদোন্ থাজ ঐহাক্কি অমৈ কাদা য়োন্দ্রিবা।।
লঙ্দ্রি ইরান্ করি নোং নূরা নঙ্গী নগাইদা,
কোরৌ মানা মল্লবা ঙসি থাশি কোরৌদা,
মতুং তাবা থাজদি অমুক্ হন্না ঙাল্লরোই
অকা-অকূম্ পাদম্না' তাইবং পথাপ্ উৎলরোই;
ঙসি কোবৌ নোংজাদি কোরৌ মানা মিরেন্ শক্
শোইনাইদ্রবা নোংদমখোল্ য়েক্শ্রবনি ঐহাক্থক্।।
অদুমক্না কোরৌগী য়াইফ-কোলোয় ঙম্না লাঙ্
নূরা নঙ্গী নগাইদা ওইখ্রবনি ইসুংলাং।।
অসিদসু নত্তনা, চাক্হেঞ্জবী নীংঙোল্গী
শোয়নাই শিনাইদরবা কোরৌ-মাঙ্ন-য়াব্বাগী
মহয় অদো ঐ-সুনি; থোইরেন্ পূম্মোনরবা।।
নীংঙোল্ খোয়জী লকাগী সনা লীক্থাঙ্ অহেন্বা
নাওপন্ হৈরূ চিখ্দে, ঐবু ঙাক্উ নীংঙোল্সু
ঐদি নঙ্বু ওচ্চরোই ঐগী পারী অসিসু
মাঙ্ফদবা হৈরূনি শোয়ফদবা লীক্লাংনি
নূরাই নতেঙ্ ফংদ্রসু ইদোম্ তরক্ য়োক্চনি।।"

## কুন্তী-কর্ণ

অসি হায়রা থাজদো মোমোন্ মীনোক্ মিতম্না
নীংঙোল্ লৈরাং কুন্তীগী য়াবা মনাও তাদনা
পারী নাবা মহাক্পু লোক্নৌ শানা কোন্খিদো,
'সূম্না পারী নাওকোল্লা' থাজ খোঙ্দোয় হুন্খিদো।।
থাজে পারী অদুসু ভারত লাঞ্জাও লান্ফম্দা
ইন্দু হায়না ফাওখিদো; মালঙ্ নোংলম্ তাইবংদা
শঙ্খা-চুদা হেম্বদা নত্তে, মপা লৈতেদো
মাগী মতীক্ ময়াঙ্গনা অউ'মিংফম্ শুম্মিদো
পাথৌ লীচৎ মচৎনা মায়োক্নবা লান্ফম্দা
কুরু লাম্বুঙ্ লম্য়ায়কা নোপ্খি মপা থিবদা
মঙাই মায়কৈ লেপ্তুনা য়েক্ল চাম্মৈ মায়োক্তা
চাম্মা চাম্মা লাম্বা য়া পাথৌ য়াহীপ্ তান্খিদো
লাঞ্জিং পুবেন্ ফম্থোল্ কা তাইবং শাৎনা ফাওখিদো।।

অসূম্ ওইবা ঝাংলেন্দা কোরৌ মাগী মসুংলাং
কুন্ত লৈবাং কুন্তীদো অবা-নুংঙাই খেঞ্জোঙ্লাং
সনা শঙ্গাঈ মরান্ তম্ খোঙ্কাপ্ নৌরা য়াম্লক্ই,
মিংম্না অনী নীংঙোল্গী লাইজ ঈনোৎ কারক্ই।।
কোরৌ ফিখুম্নবগুম্ কোরৌ খূদিং মাম্নদা'
মায়খোঙ্ লাংনা লাক্লিবী মমোম্ চেংলৌ উবদা
লৈমা নিংথৌ অনীনা মমোম্ লাংলেন্ কুন্তীদা
নূরাই য়াবা মপাউবু মিপাইজনা হংবদা
কাইনা-মৈশা লাংলবী মোম্নু ওইবী খিবিক্লা
থঙ্লেন্ মাগী মকাদৈ কায়নবগী খাম্বিনা
নৌনা মৈশা লাংবগী য়াবা মপাউ কয়াদো
পলেম্ পম্লৌ কাদদি অওইবদো ফোঙ্দেদো

## কুন্তী-কর্ণ

চরৈ থূপ্চোম্নবগুম্।। সূরসেন্গী মমোম্লোই,
নীংঙোল্ লৈরাং কুন্তীসু কেম্দোইরবী মথম্মোয়
কিশি পরৈ লাক্কুনা অশ্ব খোঙ্ফম্ থৌদোক্তো
থূপ্চোম্ননা থম্লগা হক্চাঙ্ ঈবে মহায়দো,
ওইদবনা অওই সা নূরা মপাউ মেঞ্জখি,
লৈমা নিংথৌ মসাইকোন্ সূম্মা সুন্মা লেঞ্জখি।।

**মতাঙ্ অসিদা কুন্তীনা কর্ণ পোক্খিবগী অহাম্বা তাংকক্ লোইরে।**

*****

# কুন্তী কর্ণ

(২)

কুন্ত লৈরাং কুন্তীদো, চন্দ্র শাগৈ হেঙ্গবা
অনীশুবা নিংথৌগুম্ থোইনা মতীক্ লৈরবা
লৈঙাক্লিবা পাণ্ডুদা অওং অউন্ তম্দুনা
চান্মা চান্মা খূজীং ওই ৱাংপা কৌবা নাইদনা
তরেৎ শেঙ্গা মায়ঙৌবী খূবাম্ খূবাম্ খোঙ্নেৎনা'
সনা হক্চাঙ্ শেন্নবী সমু নাইকোক্ লীশীঙ্না
লীশীঙ্ খূজীং লাঙ্দুনা, নিংথেম্ কাঙ্লোন্ পাদম্না'
হৌনবীগী নাতে কাঙ্ নুংশি খয়োম্লাক্লুনা
লীপুন্ পবৈ চিপক্লা পুন্সি তোল্লোই পান্নবা
য়াইফ-খেন্ফম্ খেন্দম্না' খরাই থক্ত লৈহাপ্লা
লৈরোং লাইদা কৎপগুম্ চীংঙু খোয়ুম্ মসুংলাং,
ওংবীরেদো নূরাদো পাণ্ডু নিংথৌ মসুংলাং
হস্তীনাগী লম্লেন্ তম্ অফ-নুংঙাই খোঙ্গোঙ্লাং
পলেম্ পম্থৌ শক্লবা লৈমা নিংথৌ পুন্না লাঙ্ ।।

ধৃতরাষ্ট্র ময়াম্বুং, চীংঙু নোংদম্ অকন্বা
য়াম্জেম্ লাইবক্ থীবনা, তাইবং মালঙ্ খোঙ্দাবা
ৱাংলেন্দগী মহাক্ থক্ সনা মিংলম্ হাঙ্লক্পা
মতাঙ্ অদু থোক্পনা; অওইবমক্ পাণ্ডুদো
তারম্দাইগী থাজনাক্ শজীক্ থাবা ওইরেদো
লৈপাক্ ঙাক্লোন্ চুম্লীবু খূৎফম্ চেৎনা পায়খিদো ।।
য়াদ' মতাঙ্ থোক্পনা ময়াম্বুংগী মিংলেন্দা

হৈনা-শিংনা লৈঙাক্খি, লৈপাক্ খ্বাইনা পেন্খিদা।।
অদুদগী নিংথৌরেন্ খরৈ মতুং তাবদা
মদ্র লম্লেন্ মবুংঙো শৈল্য নিংথৌ মমোল্লোই
চেংলৌ হেম্বী মাদ্রিবু লূম্লেন্ লৈমা তোম্বী ওই,
ব্রায়েন্ শাজে পায়ন পায় ফংখি নিংথৌ পাণ্ডুদো।।
কুন্তী মাদ্রি অনীসু চিংন-ঈথক্ লাংদেদো
মবুংঙোগী মিৎলৈদা লূম্লেন্, খম্বন্ নাইদেদো
লুম্লেন্ খম্বাং লোম্বনি।। 'সূম্না পাণ্ডু নিংথৌদো
লৈপাক্ ঙাক্লোন্ পোৎলুম্না অৱা-নুংঙাই য়াওন্না
মশাই থৌ-না থৌগাওনা লেল্লক্পনা অসূম্না
লৈপাক্ খুঙ্গাও লৈচাউরে, মরা তপ্না পান্খিদা,
পাণ্ডু নিংথৌ মাতবু কাউদে মতম্ 'পূম্বদা
ইচা, মীচা খাক্তবা মাগী ব্রায়েন্ পথাপ্তা।।

মতৌ লাংওন্ অসূম্না লৈপাক্ ব্রায়েন্ কাঙ্লোন্দা
লাংহৈ কুম্জা খরদং লৈঙাক্লবা তুংদুদা
নোং-মৈ কোরৌ অমদি, * কৈলাশগী চীংয়াঙ্দা
তারোঙ্ শূবা চীংঙুগুম্ মতীক্ মাগী মঙন্নে
শীংনাইদবা লাল্লোইনে লূম্লেন্ লৈমা অনীনে
মচা মনাই ঙম্না খোন্ লোইবি চীংজাও অহক্পা
হিমালয়গী নাপোম্দা হৱাও মথোই কারুবা,
য়ারৌ শজী শঙাই তান্, শারম্ খঙ্না শা-ফাঔে
শাথোঙ্ খঙ্না শাথিংঔে, ব্রাংলেন্ মরাঙ্ হৌরিঙৈ
পূংলূপ্ পূঙ্গোই অদুদা নোংদম্ মরৌ লৈরবা
তাইবং মিরেন্ হূক্তবা লাইনীং পুরেন্ ওক্তবা
লম্বোইবদি অমখক্; মোম্নু শজী উবদা
অপাম্ ঈথক্লুদুনা থম্মোয় মরাঙ্ হৌবদা

* কল্যাশ কৌবা চীংগী

## কুন্তী-কর্ণ

খাঙ্‌হৈবগী ব্রাংমা লান্ লাইনীং পরৈ থাদুনা;
শজী লাবা নীংথিবা মিরেন্ অমা মিতম্না
লীক্লু হৈরূ হৈখোম্‌গে, পাণ্ডু নিংথৌ য়াইফবা
খঙ্‌দবনা মরম্ ওই তেল্লাং তেন্দম্লরুবা
ব্রাংলেন্ মীৎকূপ্ অদুদা য়ারৌ শজী লাইনীংবা,
মাগী থম্মোয় লকাদা থূম্না য়ৈনা থাখিবা
তেল্লাং মাগী চৈনাখোল্ খাঙ্‌হৈবগী ব্রাংমা লান্
লাইজ ঈঙাং পাক্তেনা য়াব্রা নাতৈ কারল্ লান্,
শোক্‌খরবোই মথম্মোয়, অমাঙ্ অতোঙ্ ব্রাখল্ হোং
শজী লাবা লাইনীংবা শজী শক্লোন্ তন্না হোং
মাঙ্‌ন-য়াব্রা নতৈ কাঙ্ মাঙ্‌ওইনজৈ মহাক্‌থং
লীক্লাই পাণ্ডু নিংথৌরেন্ মহাক্নীসু মহাক্‌থং
তেল্লাংদুনা মবম্ ওই পাণ্ডু নিংথৌ য়োইহৈবা;
মশামক্কী তালোয় কা লীক্লু হৈরাঙ্ লীক্‌খোম্বা,
য়াখিদেদো মসুংলাং পুন্সি মাগী অরেম্বা।।
লাইজনুংগী থাজদো ঈনুংবুংগী লেপ্লেনা
ফংদবগুম্ করি নোং লেন্‌খি পাণ্ডু নিংথৌনা;
অদুগীসু মথক্তা, লাইবু নীংবা লম্বোইবা
মাগী মাঙ্‌ন-য়াব্রাবু থওইদবা থোক্লবা
অদুগুম্বা নোংদুগী ব্রাংলেন্ মীৎকূপ্ অথোইবা
মিবেন্ মাগা কোন্ননা পাণ্ডুই য়াইবি শৎনবা
য়াব্রা নাতৈ কাঙ্‌লম্না' য়াবৌ শজী লাইনীংবা
মাগী য়াইবি মিরেন্সু তরঙ্ মালঙ্ তিন্‌খিদো।।
'সূম্বা ব্রারম্ লৈবনা লীক্লাই পাণ্ডু নিংথৌদো
মশামক্কী ঈদগী সনা হৈরূ অহেম্বা
হৈরূ মাসু লীম্লন্ শক্ শাগৈ মৈরা কোয়নবা
লীক্লাই লীক্লু লীক্‌খোম্‌দে।। সূম্না সুম্মা নিংথৌদো

পাম্বে অতে উদ্র'দা কাইনথঙ্দা লেপ্লেদো;
মৈনা ব্রাই তাংনা সম্না লীক্লাই পাণ্ডু নিংথৌনা
দুর্ব্বাসাগী লাইহৎলোন্ পথাপ্ পরিঙ্ কায়দনা
শান্নহন্খি কুন্তীবু।। মদুতগী মপান্না
মতীক্ ময়াঙ্গ ব্রাত্তবা লাইগী নিংথৌ সোরারেন্
তাইবং খোন্না কিনবা অচুম্বদা থোংঙারেন্,
কন্বা থৌবা নুংশিৎনে, লাইদি অহূম্ নীংলূবা
যুধিষ্টীর * ভীমার্জ্জুন্ পারী অহূম্ অহেম্বা,
লূপ্লেন্ লৈমা কুন্তীনা শাচ্চখিদো মহাক্থক্।।
মনাও লূপ্লেন্ লোন্নবী মাদ্রিগীসু মহাক্থক্
শান্নবীদো অমুক্তং নিংথৌ য়াথঙ্ ঙাইওইনা
লাইহৎলোন্দু কুন্তীনা।। মদুগীসু মপান্না
লৌশিং চাউবী মাদ্রিদি, ব্রাৎপা কৌবা নাইদবা
শক্তা-চুদা হেঞ্জবা লৌশিং লৈবা শক্হেম্বা
অশ্বনিদি কুমার লাইদি ফাইবোক্ অনীখক্
নীংলুবগী মসুংলাং পারী ফাইবোক্ অনীখক্,
নকুল্ মাদি শক্হেম্বা, সহদেব লৌশিংবা
পারী ওইনা শাত্তুনা লৈপাক্ মীয়াম্ অপূম্বা
পেল্হন্খিদো মাদ্রিসু।। সূম্না সুম্মা লেল্লক্পা
খ-রৈ মতুং তাবদা পাণ্ডু নিংথৌ য়াইফবা
কংলা ফম্বাল্ পাম্দরে ময়াম্বুঙ্দা শিন্নগ্রে;
মাগী লাম্মী তেংগোল্দো হস্তীনাদা হল্হন্গ্রে।।
সোম্দা পাণ্ডু নিংথৌদি লৈম'নীগা লোয়ননা,
মথ্বায়দগী হেল্লবা পারী মঙা পুদুনা
শত শৃঙ্গ কৌবা লম্ চীংদোন্ চান্মা ফাংবদা
লম্বোইবদি তুবোইবা লাইনীংবগী মরান্দা;
অচুম্বমক্ শক্লাইবা মশাই শিম্বা পাণ্ডুনা

* ওজাগী খুৎফম্ কাউঙমদবদগী অপুন্-ব্রাহেসিমক্ হাপ্চবনি, ব্রারৌবিরোই।

## কুন্তী-কর্ণ

য়াইফ-পুন্সি তান্দুনা ৱাবা মশক্ খঙ্দনা,
লাইনীং পুরেন্ অথোইবা মহোয়দুগা লোয়ননা
লেন্খি পাণ্ডু নিংথৌদো পারী, তালোয়, কোন্দুনা।।

মীওক্-মীচান্ লূদবী নাকেন্থাদি শক্থীবী;
মালঙ্ অরাক্ অতন্বী ফুৱাউনবী লিন্দাউবী
মপূই শাথেক্ লেপ্পদা চন্নদসু য়াদবী;
থারুরসু ৱামাঙ্বা শক্লা থৌগাই ওইরিবী
মালঙ্ হেন্থাই কাজবী পুক্ফত্তবী থাজদো
মকুম্-মথা ওইবদা তাক্লরুবা নাইদেদো;
মালেম্লেমা তুংওইনা মপাম্ খোঙ্দোয় হুন্খিদো।।
অদুই মতুং তাবসু মপূই পুঙ্লোল্ লেপ্তেদো-
য়েন্নীং থাদি শক্হেন্বী থোইরেন্ লৈমা থাজদো
মপূই য়াথং ঙাক্লুনা পুঙ্লোন্ চানা তান্থাইদো,
খোঙ্লৈ মাগী শুনবা শাথেক্ মাগী নীংথিবী
ঙম্না লোইনা তিন্দুনা, খোঞ্জেল্ ফবী নুংশিবী
মফম্ খূদিং চেন্দুনা মালেম্ থৌগল্ তৌরক্লে,
মচা-মনাই খিবিক্সু লোইনা ঙম্না য়াউরক্লে।।
উপাল্-ৱাপাল্ অপূম্বা হৈপাল্-লৈপাল্ লোয়ননা
মচু মখল্ কয়াগী নানৌ ফীজোল্ হোংদুনা
'মগা 'মগা তান্নবা হরাও মথোই মকানৈ।।
পোন্বি চেক্লাই কাঙ্লূপ্সু কাইদ কাইদ চীল্লোক্লে
নোপ্পা নত্তে করিসু কোলোয় মপাউ মমৈন্নে
মপূই মতীক্ অহেন্বা শক্ই ঙম্না শৈথানৈ।।
য়েন্নীং থাদি থারাক্খায় অসূঙৈগী মতম্দা
নোং-মৈ কোরৌ অমগী কাওরেল্-কোঞ্জন্ ৱাংলেন্দা
পূক্লীং য়েন্নীং থাজনা থোইনা ঈরাঙ্ হাপ্পবী

## কুন্তী-কর্ণ

শৈল্য নিংথৌ মমোম্লোই লুম্লেন্ তালোয় অতোম্বী,
মদ্র লৈরাং মাদ্রিদো কুন্তীগীনা লোন্নবী
লোয়নদুনা পাণ্ডুদো কৈল্যাশগী চীংয়াঙ্থক্
লাম্লেমগী মপূনা শানৌ মাগী মহাক্থক্
খুজেঙ্ খুজেঙ্ পালোইনা ঋাংলেন্ মরাঙ্ হৌরিগৈ
নুংনৌনবা মথম্মোয় নুংওন্ ঈরা খীক্লিগৈ
থম্মোয় মাগী তন্না ফা, হিমালয়গী নাপোম্দা
তালোয় মাগী খুজেঙ্ পায় থম্মোয় খেঞ্জোঙ্ লাংবদা
নুংহিক্লেদো পাণ্ডুদো, ফাঙম্দ্রেদো য়েংলেদো-
মহাক্নক্কী মতালোয় মায়থোঙ্ থাজ মাম্বীদো
নৌহৌননা মিতারে, মথঙ্ মথঙ্ য়েংলোদো,-
মিৎচি খোইখোই কাবল্লাক্ য়েংলুবদি লৈমগী
নুংশি তেন্গা থোংলিবী অউবগী পূক্লীংগী
মিৎম্না থম্বাল্ লৈকালি।। ফল্লপ্ কোল্লপ্ তাজবী
নূবাই পিশুম্ পাগোইনা নুংওন্ ঈরা মচাইবী;
থোইদীং মপাল্ ঙমজবী ফল্লপ্ ফল্লপ্ পুম্নুম্বী
নাতোন্ নাক্চি অনীনী খ্মাং লৈরীক্ নীংথিবী
মাগী মপা তাঙ্ডীদো ফলুং-ঈরা নংলবী
লাইজ থম্বাল্ শীংনাবি থোইনা হেন্না নীংথিরি।।
লফু লেম্রা মউনা নবাই ফৈবাক্ মিহৌরি,
পুম্নুম্নবী খূৎচাসু লৈহাও লৈরেন্ পাংখক্লি,
থম্বৌ মতা ঙমজবী খ্রীযাঈ নুঙয়াঈ পাম্বোম্লি।।
নূবাই চীম্বান্ তঙাংবী মেউবগী পূক্লীংদা
কনা উনি মতাগুম্ খোইরুম্ মোমোন্ চম্বদা
য়াতোন্ হাইফেৎ উং হাবা, লোইদাম্ লাংবন্ থাজগৈ
তাউজীং কফোই মরানা ইকায়নীংঙাই মওইজে।।
নোম্ নোম্ চৎপী ঋাহোংগুম্ চুংদি ফীরান্ চাবীনি,

কুন্তী-কর্ণ

তোংগানবা পাম্বনা তোংগাননা মওনি;
ফুন্নেনবী পাম্বেসু তাদে নূরা মহাক্না।।
নূরাই খোঙ্থাঙ্ নীংথিবী য়ুম্লেমদি কয়ানা
লীক্লা কাম্বা কৈদৌনি? নীংদু য়ৈবী শন্নাংনা
শীংঙেল্ লৈরাং লোয়ননা শীংঙেল্ শন্নেপ্ তম্দুনা
চেঙ্ঙী-শম্বাল্ লাংবগী হৈনম্ লৈনম্ চূরবী
নূরাই শন্নেন্ মক্তনি তাংজ লিন্না তাংজবী
শীংঙেল্ লৈনম্ কোক্লিবী লৈরাং লৈরীক্ পক্লিবী
তাংজ মানা কৈদৌনি তাংজদনা তাংজ শক্।।
নূরাই খৌরি অদুসু তেনবাই ঙুক তোংদম্ শক্
লাইজ্ ঈখৌ লাংবদা লাইজ ঈরী মউইনে,
শারেন্ নোংশা শাহৌগী নূরাই লেংজুম্ অনীনে,
শামু-নাতোন্ খুবোম্নে, লৈম্নে ঙাতেন্ খুনীংনে,
তেক্লপ্ তাবী নীংদুনে, ফন্নপ্ তাবী নূরাগী
থক্ইন্ 'নীনা হেম্বনে, ব়াৎপা লৈতে মাদ্রিগী
অথাবনা মবাৎলি, ঙম্দে থাবা কনানা।।
হায়রি'পুম্বা অসিদৈ পূম্নমক্তে থোইবনা
হকচাঙ্ ঈথক্ ঈপোম্বু হাইনা হুম্না উৎলিবা
চরৈ নম্থাঙ্ অদুনি, হেন্না মকা লাম্জবা।।
অদুগীসু মথক্তা নুংঙন্ ঈরা খীক্লবা,
কোরৌ নোংজা অদুগী তারম্দাইগী কোরৌগী
মঙাল্ মশেক্ কয়ানা লীক্লাই পাণ্ডু নিংথৌগী
হূরে পূক্লীং খূদক্তা নৌরে থম্মোয় মহাক্কী
হায়নরুবা নাইদবা ব়াংলেন্ মতাঙ্ অদুদা
তপ্থদরে পাণ্ডুদো, অপাম্ মৈনা চাক্পদা
শক্কী ঈখৌ লাংলক্লে।। য়ারৌ-শজী লাইনীংবা,
মাঙ্গন-য়াব়া ময়াথং, মাঙ্বা তাবা নাইদ্রবা

তায়োন্নরে নিংথৌবেন্ থোইবেন্ পূম্মোনরবা,-
"ঙসি কৌবা নোংজাদা শানৌ'বেম্মা নুংশিবী,
লূপ্লেন্ লৈমা অতোম্বী, পাইমা খৈনা খোয়দাবী;
নঙ্গী শক্তী ময়াঙ্গীনা নুংশি ঈথক্ কারক্পৈ
ঈখৌ লাংবা পূক্লীংসে, ঙসি লৈমা নকাদে
নঙ্গী নুংশি লাইজনা ঈখৌ লাংবা কোক্হল্লু।।"
অসুম্ ওইবা য়াবানা কোলোয় মাগী পাউমেল্লু;
য়ারৌ শজী মকাদা শারেম্নোংশা পান্দম্লাক্
ঈখৌলাংবা পাণ্ডুদো তালোয় মাগী খুজেঙ্ লাক্
থোইনা ময়াঙ্গী কারেদো।। থৌদৌ অদু উবদা
মাদ্রি-ই থম্মোয় নীক্চখি, খোঙ্থাঙ্ চুম্না থাঙ্ঙম্দা
মথম্মোয়দো কাহৎলে চাক্তে হায়দা মঙাইদা।।
চেংলৌ হেম্বী চেংলৌদো ৱাংলেন্ মীৎকূপ্ অমদা
ফাইবেন্ থাগী লৈচীল্গুম্ মচু তাপ্লে ওল্লেদা
য়েংহৈদরে নূবাই কা, থম্মোয় মৈবা তম্না লাং,-
"করিগুম্বা নূরানা থঙ্লেন্ মাগী মসুং লাং
উন্না কূপ্পা শরূগী থৱায় পোল্লাং নূরাগী
লাছোক্কুবা থোক্কবা, ঈখৌলাংবা মহাক্কী
মথম্মোয়না পেন্নবা ৱাংলেন্ অদু লাক্পদা,
য়াবৌ শজী লাইনীংবৈ ময়াথংদো থঙ্লেন্দা
শোইনাইফরোই পাল্লনি; নোংদম্ মবৌ চাউবনা
পাম্মু মাগী মিবেন্দি য়াইবি চেল্লাক্ চেন্ফোইনা
অমং য়াইথোঙ্ কূম্ননি খন্নুং শান্না তম্দুনা।।"
খন্না সূম্না মাদ্রিদো নূরাই কোলোয় অহীক্পা
পাউমেল্লিদো পাম্মুই কা,-"থঙ্লেন্ মাঞ্জ পাম্মুবা
শাবী'বুংঙো নুংশিবা, মীচাবোক্তি লোয়ূম্বা
থঙ্লেন্ পাইমা হাবিনু; ননাও ওইবী ইসুংলাং

নোংফাইখিনি নোংদম্বা নুংশি ঈথক্ খেঞ্জোঙ্লাং।।
মিৎ, পাম্বোম্না চোংলিবা, ব্রাংলেন্ মীৎকূপ্ থাগোন্নে
ঙরাং ঈনুং চুপ্পসু খোন্নেন্ মঙ্না মঙ্গ্রেম্নৈ,
অকী-শক্তম্ লাঙ্দুনা মীৎকূপ্'মত্তা য়াতাবা
ফংজখিদে নসুংলাং, মাঞ্জ নঙ্বু পাম্মুবা;
পুন্সি চেঙ্জেল্ লোইদুনা য়াম্জেম্ মৈরা মুৎত্রিগৈ
নখোঙ্ থম্বাল্ লকাবু য়াল্লক্ঙৈগী য়াল্লক্ঙৈ
খাঙ্জদুনা লৈরিবী ননাইনুবী নুজাগী
য়োন্দুনতা লাক্লবা উন্না কূপ্পা শরূগী
থব্রায় পোল্লাং মসুংলাং অপাম্ ঈথক্লদুনা
অদুগুম্বা য়াবাবু পূক্লীং খূঙ্জ্রী থাদুনা
চীন্‌গোয় পাউমেন্নবীনু।। অদুঙৈগী ব্রাংলে'ম্মা
কাউরবরা থঙ্লেন্দি, শজীলাবা মিরে'ম্মা
মোম্‌নু শজী লোয়নঙৈ, তালোয় মাগী মহাক্‌থঙ্
য়ারৌ শজী লাইনীংবৈ মাঙ্‌ন-য়াব্রা ময়াথং
নীংশিংদবা তৌবিনু থওইদবা তাগনি।।
নতীক্ নঙ্গী নঙন্ উৎ লৌশিং থোইবা নহাক্লি
মাঙ্লম্‌চৎকী থৌদোক্‌শিং কাউজদবী ননাওনি
করি লৈতে খম্বীনু, নুপীজানি খন্দুনা।।"
চীংঙু মাগী নোংদম্‌খোল্ নমু তাইবং লাংওন্না
কক্পা ঙম্বা নোংদম্লি খল্লি কনা অসূম্না?
ঙসি, পাণ্ডু নিংথৌদো অশিবগী লাইদুনা
য়োচ্ছূক্ ছূক্লেন্ শক্লাইবা চেৎনা পায়না ঙাইদুনা
মীৎকূপ্ নাহুম্ শেন্দুনা পূঙ্জা পূঙ্ফম্ পারক্পা
ব্রাংলেন্ মতাঙ্ চারবোই, পাণ্ডু নিংথৌ লৌশিংবা
য়াইবি মাগী লোক্লবা, মিবেন্ মাসু শৎনবা।।
মাগী মতম্ লাক্পদা ঙইখো হায়বা য়াদেদো

থোইরেন্ পাণ্ডু পূন্নবা লৌশিং মৈরা মুৎলেদো
নুংগা পান্গা ওন্নরে, তায়োন্নরে লৌশিংবা॥
খোল্লেন্ মাগী মঙ্লাঞ্চান্ কাউবা কৌবা নাইদ্রবা
য়ারৌ শজী লাইনীংবৈ মাঙ্গন-য়াবা ময়াথং
খূদক্তুদা কাউখরে পাল্লরেদো মহাক্থঙ্॥
নুংশি-ঈবৌ কোক্লবা লৈমা মাবু ঙন্নুবা
ওচ্ছোক্ইদা ওচ্ছোক্ই, অৱাবনি অৱাবা,
অপাম্-নুংশি মৈচাক্লা ঈহৌরবা মথম্মোয়
নুংশি-ঈপাল্ লোক্লা লোক্ নূরাই কাদি মতালোয়
ৱাংলেন্ মীৎকূপ্ অদুদা মপূই য়াইবি মিরেম্না
পাণ্ডুই নমু হক্চাঙ্দো শেন্নবদি লোইদুনা;
খোয়ুম্ শিচ্ছা ফৌরোই য়েং তাক্লরুবা নাইদনা
থোংঙারেন্গী মকা-তম্ খোঙ্কাপ্ নৌরা য়াল্লক্পা
ৱাংলেন্দুদা পাণ্ডুগী সমু হক্চাঙ্ হক্থোইবা
শক্লোন্ মাগী তম্না হোং, মপান্ মরা ফূক্লবা
তলা পামেন্ চাউথোইবা পামেন্ মাদি লৈমায় খোন্
খেন্নদরে পাণ্ডুদো হাইহৎলেদো নোংদম্ খোল্॥
"য়ারৌ-শজী লাইনীংবা মাগী মাঙ্গন-য়াবাদো
পাল্লরেদো ঙসি নোং, শোয়দ্রে ঐদি মাঙ্লেদো!"
'সূম্বা য়াবা চীন্গোয়রম্ পূক্লীং মাগী অপাম্বা
য়াবা নাতে কাঙ্হৌদা'- ওচ্ছোক্ইদা নোংদম্বা!
চাক্লা ৱানা মথম্মোয় পোলোই য়াহীপ্ তান্খিদা
মতীক্ লৈবা নিংথৌদো॥ মতৌ অদু উবদা,
মউ নোপ্পা পামেন্না নোংলৈ নুংশিং মরক্তা
মালঙ্ চৈথেঙ্ ফংবদা হৌজ থেংখাং কয়াদা
লৈমায় য়াহীপ্ তম্বগুম্ হাইহৎ হাইহৎ তুরক্লে,
নূরা মাদ্রিই মথম্মোয় অনী থোক্লা চিংখাইরে
থঙ্লেন্ মাগী নিংথৌ কোন্ নোংখোংবগুম্ কপ্লক্লে॥

## কুন্তী-কর্ণ

ঈনুং মমৈ চায়র্ফাও মাদ্রি পাণ্ডু অনীদো
লাক্লবদা মরান্ য়াই, পারী মঙা লোয়নৈদো
লৃম্লেন্ তালোয় অহৰী পৃক্চেল্ লেম্বী কুন্তীদো
মাদ্রি পাণ্ডুই মকা তম্ য়ৌরক্লেদো থীন্দেদো।।
থবায়-মিরেন্ য়াওদ্রবা হস্তীনাগী পাণ্ডুগী
সমু হক্চাঙ্ অদুনা হিমালয়দি চীংজাওগী
মফম্ মতা ফরবা, লোক্লুং খুদেং শারবা
লৌইবি নাপোম্ অমদা পোলোই য়াহীপ্ তম্লম্বা,
অমরোম্দা অমনা শন্নাং চোইজাইনজবী
লৃম্লেন্ তালোয় খোয়দাবী খোয়নৌ হায়সু য়াদবী
লৈমতোম্বী মাদ্রিনা শাবী কায়না মৈচাক্লা
থঙ্লেন্ শেংনা খাম্বি ৰাই থম্মোয় মাসু নুংনৌনা
চায়রুং'নীদি ইপোম্ পোম্, মিৎম্না থম্বাল্ অনীনা
পিরাং ঈরা ঈনোৎ হাপ্, ঈকঙ্দবী তুরেন্না
লাইজ তন্না শিম্থ্গুম্ ঈনুং মমৈ অদুদা
মশাবীবু চিংনা য়েং অহীক্লবা খোন্ফম্দা
মিজরবা মপাউখোল্ "থঙ্লেন্! থঙ্লেন্!" কৌদুনা
খজাই লেংওন্ ওন্না চূপ্ পেম্বা কৌবা নাইদনা
থঙ্লেন্ নিংথৌ পাণ্ডুগী থবায় মিরেন্ য়াউদ্রবা
সমু হক্চাঙ্ অদুবু নৃরা মানা কোল্লম্বা
মতৌ লাংওন্ অদুদি - অদুগৌদা লাংওন্'মা -
অশ্বপতীই মমোম্লোই চাক্হেঞ্জবী নৃরা'মা
কোলোয় মাগী সাবীত্রী নৃরা মহাক্ অদুনা
থোংঙারেন্গী মকাদৈ অকী-অথুক্ য়াউদনা
থঙ্লেন্ মাগী সত্যবান্, মথ্বায়দগী হেঞ্জবা
য়াইবি মাগী নিবগুম্ কপ্না কোম্না লৈরম্বা
উরুবদা কুন্তীদো লাইজ ঈপাক্ ঈরেনে কা

## কুন্তী-কর্ণ

চীম্বাঙ্নবা কোংগোন্গুম্ ৱাবা পন্দোন্ লোম্না কা
ৱাখল্ লংজিন্ পুন্'মখৈ ঙাইহাক্ পূঙ্গোই অমদি
লৈরে, তারে কুন্তীদো।। সিগী মতুং তাবদি
তরঙ্-মালঙ্ ঈয়ায় কা নোংলৈ-নুংশিৎ ঈপোন্নাং
পামেন্ উনা অকঙ্বা মিরাং পোমায় মসুংলাং
ৱাংলেন্ মীৎকৃপ্ অমত্তুং মিরাং কাইদোঙ্ ফংবগুম্,
নূরাই ৱাখল্ উনাদো পামেন্ নাকঙ্ পান্দম্গুম্
ঙাইহাক্ পূঙ্গোই ৱাংলেন্দো মিৎম্রা থম্বাল্ লৈকা খায়
চীংনুং লাইজ ঈফূৎ থোক্ থীংঙেল্ লাইজ ঈনম্ খায়
পিরেন্ নোংহৌ কোন্নবী লূপ্লেন্ তালোয় লোন্নবী
মনাও চিংনা য়েংদুনা, থম্মোয় মাগী কেন্নবী
য়াবা মপাউ কাঙ্লকই,- "ইনাও'বেম্মা, করিনো !
নঙ্না ঙসি তৌরিসে, করি মতৌ কৌবনো?
অদুঙৈগী মতম্দা নঙ্গী ঐগী নোংদম্বা,
শাবী মাঞ্জ পাম্মুবা থঙ্লেন্ নিংথৌ লোয়ুম্বা
নঙ্গী ঐগী ইকা তম্ তম্খি' য়াবা অকীবা
শাবী নিংথৌ মহাক্থক্, য়ারৌ-শজী লাইনীংবা
মাঙ্ন-য়াবা ময়াথং কাউরুরব্রা ইনাওদি?
য়াবা মাবু ঙাক্লবা নফম্দতা মেম্বদি
'সিবু থোক্না' ওইরেকো, নঙ্দি ঐদি মাঙ্লেদো।।"
লাইনীং পরৈ থারম্বী লাম্বোইবীগুম্ নূরাদো
মচেম্ য়াবা তাবদা মপান্ লৌশিং ফংদুনা
নূরা মিৎলূ অনীদি নৌনা ঈরা ঈনোৎনা
লূপ্লেন্ তোম্বী মাদ্রিদো মচেম্ কুন্তী মকা তম্
থুক্লপ্ কিরণ্ পাউমৈঞ্জে তেংথা খোল্লোই ঈওন্ তম্,-
"ইচেবেম্মা, ৱাফম্দো, অওইবনি ঙাক্লিদো;
ননাও খোম্লেন্ মঙ্লান্ফাও মীৎকৃপ্'মত্তা কাউদেদো,

# কুন্তী-কর্ণ

ননাও মাদ্রি শোইনাইদে, নুপী ইবা লৌরল্লা
'সূম্না থোক্লি নীংদেদো থঙ্‌লেন্ মানা য়ারল্লা;
পঙ্‌জরবী ননাওসু ইচেম্‌তবু ঙাইবনি,
ঙসি কৌবা নোংসিদি ঐগী নীংবা থুংলনি
থঙ্‌লেন্ য়াইবি তুংইন্না মাঙ্গ মকা তল্লনি,
খম্নুং শাবা লম্লেন্দা শাবী ঙাক্লৌ ওইবনি।।"
হায়ন হায়না নূরাদো, মথায়দগী হেঞ্জবা
নকুল্ মাদি শক্‌হেম্বা, সহদেব লৌশিংবা
পারী নাবা অনীবু মথানুংদা কোঞ্জরা
খজাই লেংওন্ ওন্না চূপ্ খূজেঙ্'নীদি পায়জবা
মচেম্ লৈমা চিংনা য়েং মিৎলূ ঈনোৎ ঈহৌবা
য়াবা মনাও তারক্‌ই,- "ইচেবেম্মা, ননাওদা,
লাইবক্ থীবী ইসুংলাং পীবীখিবা নঙ্‌নদা
থম্মোয় লৈরাং অনীসে নঙ্‌গী চূপ্‌থা হৈরাঙ্‌নি
নশামক্কী ঈরেন্দা ঈপাল্লাংনা শাৎপনি
ঙাঙ্গোয় পরেং তম্ফাগী চোইফদবা লীক্লাংনি
খম্বীদুনা ইচেম্না চিংন-ঈথক্ লাংদনা
খোয়জীখাগী তাউজীংগুম্ পলেম্ শেৎনৈ খঙ্‌হন্দা
পারী অহূম্ কোম্ননা ঐগী নঙ্‌গী নাইহন্দা
মঙা পোক্‌পী শক্তুনা নাওকোল্লক্‌উ ইচেম্না।।"
হায়না 'সূম্না মাদ্রিদো থঙ্‌লেন্ নিংথৌ কোন্দুনা
থোংঙারেন্‌গী মকা তম্ শাবী খূজেঙ্ পাল্লোইনা
অশি-লম্লেন্ পাংখিদো মতীক্ মানা হেম্বনা।।

শত শৃঙ্গে লাইনীংকোন্ শঙ্‌লেন্ শঙ্‌তূপ্ খূদিংগী
লম্বোইবদি খিবিক্লা লৈমা নিংথৌ অনীগী
মিরেন্ পাবোৎ লোল্লবা সনা হক্‌চাঙ্ অনীদো

## কুন্তী-কর্ণ

কাইরেন্ কাইজাও 'থক্তা হাপ্ চোংসু পেসু খাল্লিদো।।
সুম্না সুম্মা মীয়াম্না লৈমা নিংথৌ পুখিদো,
হস্তীনাদি তল্লিবা য়াংদৌ লম্দাং পুম্বদো
খাবা ৱাক্চীং উল্লেন্গুম্ মীনা ফীডৌ কুম্নীদো,
সিগী মতুং তাবনা সনা কোনুং য়ৌরেদো।।

ঙসি পাণ্ডু মাদ্রিগী মতৌ লাংওন্ অদুদা,
কোনুং তাবা খিবিক্তি ৱাবা পন্দোন্ লোম্খিদা
অৱাবনি য়েংহৈদ্রে, তাহৈখিদ্রে মীকপ্খোল্
লোইরে লোইরে তাইবংপান।। লৈপাক্ মীয়াম্ পুন্না খোন্
নোংখোং খোঙেল্ পান্দম্ লাক্ কপ্না-ঈথক্ ঈরাওনা
মালেম্ লৈমা নীক্খিদো।। সিগী মতুং তাবনা
নিংথৌ মাইবা চিরাইতাঙ্ লৈপাক্ মাইবা খূবায় তোঙ্
অমাইবও অমাইবী লীশীঙ্ খুজীং ঙম্না তোং;
সনা ঈগী হৌনবী ঈরাং চবান্ লাংদুনা
লাইরোল্ তীল্লোল্ চিখদা য়াইফ-কোলোয় কোলোয়না,
লৈমা নিংথৌ অনীগী সমু হক্চাঙ্ অনীদো
তাবা থোইবা নাইদনা কূরেন্ পাবোং লোল্লেদো;
খাম্বি মৈরম্ মৈৱাইনা তবঙ্-মালঙ্ তিন্খিদো।।
কোবৌ নোংজা'দুদগী লাইবক্ চাউবী কুন্তীদো
ৱাক্চীং লৈকোন্ লৈরাংগুম্ পারী মঙা কোন্দুনা
মঙা পোক্পী শক্তুনা মীওক্-মীচান্ নীংথিনা,
ইচা-মীচা খাক্তনা লাংহে কুম্জা কুল্লোইনা
ৱাবে কৌবা হায়দনা পারী পাণ্ডব মঙাদো
তূবূম্ অমা তত্তনা চাউননবা য়োক্খিদো।।

মতাঙ্ অসিদা পাণ্ডব মঙা থনম্লুনা পাণ্ডু মাদ্রি অনীনা লোংপাখিবগী অনীওবা তাংকক্ লোইরে। ******

# কুন্তী কর্ণ

(৩)

দুর্য্যোধন্নচিংলবা ধৃতরাষ্ট্রে পারীশিং
ঙম্নমক্লা চাম্মনি, মহোয়দুগী মরৌশিং
লোইনা ঙম্না মফত্তে।। মহোয়দুগা লোয়ননা
পারী পাণ্ডব মঙাসু পলেম্ মমাই য়াথংনা
ভরদ্বাজে পারীনা থোইনা মতীক্ চাবদৈ,
চংবি লায়ায় লাতেঙ্কোৎ অদুগুম্বা লাথূপ্তে
তাইবং মীপোক্ মিতম্বা, দ্রোনাচার্য্য গুরুদৈ
শাথেং লাঙ্গেং খাক্তনা লীশূ তেন্কাপ্ তম্লক্পা
লোইরদুনা ঙসিদি লাংবন্ তৌদ্রি চাগুম্বা
অঙাঙ্ চাম্মা মঙাদো, মাগী মাগী হৈজবা
মহৈ মখৈ উস্তৌরি- লীকাপ্ লাল্লোং অপূম্বা
লৈপাক্ খ্বাইগী মমাঙ্দা।। হস্তীনাগী কাঙ্জৈবুঙ্
নুমিত্তুগী শক্তম্দো ওইরে তম্না নিংথেম্মুঙ্
কাঙ্জৈবুঙ্সু নিংথেম্মুঙ্, নিংথেম্মুঙ্সু হরাওবুঙ্
কায়দে হায়বা অমত্তা ঙম্না ইমান্ মমান্নৈ ।।
অসূম্ অদুম্ ওইনমক্ খঙ্দবনা মহায়নৈ-
"অনীশুবা কোংনুংনি হস্তীনাদি লম্লেন্গী"
অওইবমক্ নীংথিদা, কাঙ্জৈবুঙ্দো নোংদুগী
হস্তীনাগী কোনুংমক্ শিঙ্নজবা ঙম্দেদো।।
হস্তীনাগী খূৎহৈবা শীংনাইদনা নেক্‌ইদো
লীশীঙ্ খূজীং অদুনা লৈমা নিংথৌ ফম্নবা,

অঙম্-অথৌ থেন্নবা য়েক্লা খোংনা হৎলবা
শঙ্লেন্ কয়া শাখিদো; লৈপাক্কীসু নোপ্চদে
শঙ্তুপ্ কয়া কয়ানি 'দুবু কনা থাঙম্দে।।
শঙ্য়াম্দুগী ময়োল্দা, থম্বাল্ লৈগী লৈয়োন্না
লৈরিক্ লৈনা মরক্তা ঙাম্বা পান্দম্ লাক্লুনা
য়োংকী কোম্ফে কয়ানা ইম্বা লাক্পা চত্তনা
লীপক্লুনা কোয়শিল্লি'মনা 'মবু লোন্ননা।।
থম্চেৎ মমায় শারবা পূক্লীং হূনা পেন্নফম্
চাংয়েং-চগো অরাওবা য়েক্ল-মরূ হুন্নফম্
চাম্মা মঙা অনীগী চাংয়েং কুন্ধে উংনফম্
হেন্খিবনা মফম্দু অউ-মিংফম্ পেন্নরে।।
অরাপ্পদে মীয়াম্সু হূম্নি মমাঙ্ তিল্লরে
চীক্ল-চায়না ঙম্দরে মীনা ফীঙৌ ফৌনরে
মপুই লোয়শঙ্ হঞ্জবা চেঙ্গৈরাক্পা অঙম্বা
মপুই সনা য়াথং ইন্, লৈপাক্ মীয়াম্ অপুম্বা
খ্বাই তরা চাক্খাঙ্লে।। কুন্ধে য়েংবা লাক্চবা
লৈপাক্ মীয়াম্ পুম্বদো মতৌ অদু উরুবা
মশাই চয়োম্ থোক্লদ্রে, ওইরে ঙম্না নিংথৌরেন্।।
দোল্লাই লাল্লোই খিবিক্সু মাগী মাগী শূৎশূরেন্
শূদুম্ চেৎনা পায়দুনা মায়গৈ শীন্না পন্ঙাক্লে;
অঙক্প'মা ওইখরে, মীৎকূপ্ নাহুম্ চোইদরে।।
মীয়াম্দুবু পান্নবা দোল্লাইপাবে কাঙ্লুপ্না
অমুক্তোইবা ঙক্পনি, লম্খোম্বদি কনানা
মকোক্ খজিক্ কাঙ্লক্পা করিগুম্বা থোক্লবা
দোল্লাইপাবে চৈদূপ্না ছৎ-তা হেক্তা তেম্থোক্পা
চেক্ মোক্ কনা লাউনদে উন্মুক্ চীক্ই নীল্লম্বা।।
খরৈ মতুং তাবদা, তোংগানবী মায়থক্পী

# কুন্তী-কর্ণ

মহোয়দুগী মরক্তে খচ্চবদা লম্য়ৌবী
ঈরাঙ্ মখোঙ্ পাঙবী তরামঙাই মৌনহা
মৌরি'শীংসু চন্দ্রিবী, অমখক্রে তহা-হা
মনীঙ্ অদু ফেৎ ফেৎ হাই হাইনা হুম্না শথেক্লা'
কাংঙে খোঙ্থাঙ্ তম্জনা নোম্হৌ নোম্হৌ থোরক্লা'
মপোক্ঙেগী উদ্রিবা শক্খঙ্বসু নত্তবা
দোল্লাইপাবা অমখক্ পংতক্-সুদক্ চঙ্খোম্বা,
'দুবু হেক্তা মহাক্লা নম্গৌ হেক্তা কৌশিন্নে;
অতৈ'মগী নত্তেদো মাঙ্ ফম্নবা মহোৎনৈ,-
"হাইমা তাবীদ্রবরাও! ঐখোয় তাইঙো নত্তরাও?
খিৎ পোঙ্বী লাক্পীনুদা, করিনোনে খঙ্দ্রব্রাও?
নিংথৌ খম্বা হায়সিদি থায়নৈ মরূপ্ কাউরেনে,
উনদবা কুইরেদা, নুংশিদুনা কৌবনে,
পানা খূদপ্'সিমতা, নচন্ খূৎনা তপ্পনে।।"
হায়ন হায়না মৌ-নহা ফীরৈদগী মতপ্তো
ময়ুম্দগী তপ্পক্পা লৌথোক্ইদো থীন্দেদো;
তন্লান্ হেক্তা লাম্থোক্ই।। উরুবদা মতৌদো
নহা ওইবা অঙন্বা নিফুমঙাই পাখঙ্দো
নংহৌররোই মতাগুম্ তন্লৌ লৌই পান-দো
বাখল্ লংজিন্ তন্না থি, ফংবা কৌবা লৈতেদো-
"কদোম্দগী মৌ-নহা! কদায়দগী তাইঙোনো!"
চোক্শিল্লেদো অঙন্বা, খল্লক্লেদো করম্নো,-
"লৈপাক্ মীয়াম্ তিম্বদা মিৎলি-কাসে নাবদা
ইচন্ চেংলৌ খঙ্লুদ্রে, উনদবা কুইরেদা
করম্ করম্ পাম্লিবা! খূৎলায় চাংয়েং য়েংখিসি
অঙম্ অথৌ মনাক্কী শঙ্লেন্সিদা লেঙ্শিন্সি
সিদা অসুম্ য়েংলদি থোক্লোই মফম্ নুংঙাইবা।।"

## কুন্তী-কর্ণ

হায়না হায়না নুজাদো দোল্লাইপাবা অওম্বা
মাগী খূদুং ইন্‌হল্লা' শঙ্লেন্'মদা পুশিন্‌খি,
নুংশি ঈপাল্ লোক্‌ুনা বারী শীংবুন্ লীনখি।।
দোল্লাইপাবা, মৌনহা অনীদুগী মতৌনা
কাইদা অমা ওইখিবা, সোম্‌দা পাখং কয়ানা,-
"পাখঙ্ দোল্লাইপাবা নঙ্, অসুক্কুইনা পাখঙ্ শক্
লেল্লক্‌পগী লেল্লক্‌পা লেল্লো পাখঙ্ শক্লা শক্
খূদোং মৈনীং ফাঞ্জনু নঙৌ মৈরূ নপ্লিদো!"
'সূম্না কয়া লঙ্নবা দোল্লাইপাবা তাদেদো
মথম্মোয়দো নুংওল্লক্ হন্নমক্তা য়েংদেদো
অখঙ্-অউ কয়ানা খূবাক্ খূনা য়েংনৈদো।।
সিনা মীচম্ মীয়াম্‌গী নুংঙাইরবা কূম্মোনি।।
অমরোম্‌দা কম্‌দৌরি,- য়েংসি হন্না খোয়রাঙ্নি;
পাবী চাম্মে অপোক্‌পা তাইবং মিংলম্ কক্‌খ্রবা
ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌরেন্ মঙাল্লক্তা মেঙ্লবা
অয়ূক্ কোরৌ মশেক্কী লাইজ লৈরাং খিবিক্কা
লৈ-না শুনা লৈতেংবা, লাইজ ঈপাক্ ঈয়ায়-কা
শীংঙেল্ থম্বাল্ লৈনুংশি লৈরাং নাইতোম্ শাচ্চবা,
খোইমুশিংনা ইম্বগুম্ অঙম্-অথৌ অপূম্বা
য়েথাং ওইথাং লৈতেংলা' সনাতনা পূম্মোবা
থাক্লোন্ চাম্মে তাঙ্বন্দা মচাই কূম্মে য়েংনবা
বিদুরগী মতেঙ্ লৌ লেঙ্খৎখরে নিংথৌরেন্;
লূপ্লেন্ তালোয় খোয়দাবী চিংখদেদো লৈমরেন্
কোলোয় মাগী গন্ধারী চাক্‌হেঞ্জবী শক্‌হেম্বী,
তাইবং মিংথোঙ্ হাং-নসু মিংখূম্ চরৈ থাদবী
থঙ্লেন্ নিংথৌ তেঙ্বাঙ্দা মালেম্ শাৎনা ফাওজবী।।
য়াইফ পোৎলম্ খিবিক্লে, খূদৈ শেল্‌ও কাওশেল্-ও

## কুন্তী-কর্ণ

সনা ঈগী হৌনবী লেন্না-পোৎলেন্ পোৎলম্-ও
পোৎলম্ অমা ৱাত্তনা নিংথৌ শেন্বা কয়ানা
লোইনা ঙম্না শেন্নরে।। লূন্নেন্ লৈমা মখৈনা
মাগী মাগী শঙ্লেন্নুং তম্‌সিন্‌খরে মফম্নাং।।
ভোজ লৈরাং লাংলেন্সু শঙ্লেন্ মাগী মসুংলাং
থঙ্লেন্ থাজ য়াউদ্রবী ঈয়ায় কাগী থারিক্‌থা
নূরা মাগা পাংখক্ ওই নুংওন্ চেংলৌ তন্না থা
মায়থোঙ্ লাংনা ফন্লেদো, মথ্বায়দগী হেঞ্জবা
পারী পাণ্ডব মঙাগী চাংয়েং কৃষ্ণে য়েংনবা।।
লৈপাক্ নিংথৌ চোল্লবা মতাং অদু থোক্‌পদা
মীয়াম্ মীনীল্ মীরাওখোল্ অমুক্তোইবা ঙক্লেদা,-
চাউর' শঙ্লেন্ অমদে কোরৌ মায়থোঙ্ শিঙ্নবা
মকোক্ পোক্লেন্ য়োম্লবা, কোইসু পচ্ছোৎ ওল্লবা
ভরদ্বাজে মপারী মপারীবু পুদুনা
চাম্মা মঙা লোয়ননা চাংয়েং কোর তম্‌দুনা
মীরক্ খায়না চঙ্লক্‌পা ৱাংলেন্ অদুমক্তদা
ৱাংলেন্ মরাঙ্ হৌরক্লে, ঙক্‌ই লাইমা মতৌদা।।
তান্‌য়ৈ শঙ্গী তান্‌য়ৈবা তান্‌গী তাম্থা তম্লক্লে-
কংলাই পূঙ্জাও ধ্রং ধ্রং ধ্রঙ্!! অমেৎপনা মেৎলক্লে,
অখিঙ্বৈসু তন্‌খিঙ্ খিঙ্ হেম্লী চীল্তাই শৈদিন্‌খোল্
ৱাক্তে শম্না মফৈ'মা শুবে মখল্ ঙম্না খোন্
পেবে পোনা-ই খোঞ্জেন্না লী-শূ তেন্-শূ গুরুগী
য়াইফ-কোলোয় কোলোয়না' নুংঙাই খেঞ্জোঙ্ লাংবগী
ঈখোল্‌তনা ঈথক্ হৌ কাঙ্জৈবুঙ্দু নীক্লেদো।।
সিনি মায়কৈ খঙ্দনা লৈপাক্ মীয়াম্ মীনীল্‌দো
তাইখং থৱায় নীক্লখি, মালেম্ শীন্না মশাৎখি
খঙ্দবগী কাঙ্লুপ্না- "হীঃ করিনো!" হায়নখি।।

## কুন্তী-কর্ণ

দ্রোনাচার্য্য শক্লাইবা চান্মা মঙা লোয়ননা
খূবাং চাংজৌ তরা চেপ্ মায়থোঙ্ লৈদা লূক্লুনা
লৈপাক মীয়াম্ খুকম্জে, ওক্ই তন্না মীয়াম্সু
উৎনরক্লে শুনবা চান্মা মঙাই মতীক্সু
চিংন-ঈথক্ লাংদনা তান্‌য়ৈবগী তাম্থাদা
তাক্লরুবা নাইদনা মানা মানা হৈবদা,
চায়েংবুংদু ঈথক্ হৌ গুরু মাগী য়াথংদা।।

চান্মা মঙা মরক্তে খ্বাইগী কোক্লেন্ ওইরবা
অমৈ কাদা য়োন্দ্রবা অচূম্বমক্ শক্লাইবা
যুধিষ্ঠীর অথৌবা পারী পাথৌ অদুনা
মতীক্ মাগী উৎলক্লে খ্বাইগী মকোক্ চিংদুনা
লৈপাক্ খ্বাইদি থাগৎনৈ খীঙ্বদদা লীবীদ,
তান্‌য়ৈবগী খোঞ্জেল্লক্।। ' দুগী মতুং তাবদা
লোইবি লোকুং অমদা পান্বা কৈবেন্ অনীনা
অবাং কৌব্র লোক্লায়দা নোংখাক্ খোঞ্জেল্ অরাক্লা
ঙংনবনা কৈদৌনি? ঈনুং শোইবা চাক্তাবা
মচুম্ তাবা শামুদি, শামান্ লেংমান্নজবা
লাঙ্গোই য়াতোম্পোক্শিংনা নাতোন্ ফৈনা পুরিঙৈ,
লাইপক্ লৈঙাং তৈদুনা অমোম্ হাকন্নরিঙৈ;
য়াথিন্নবা মতাগুম্ পাণ্ডব কৌবব অনীগী
থোইরেন্ য়োচ্ছূক্ শূজবা দুর্য্যোধন্ ভীম্ অনীগী
হম্বা কৌবা লৈত্রবা য়োচ্ছূক্ লাল্লোং উরুবা
থম্মোয় তুজুং হরাওনৈ মপেন্নরি অপূম্বা।।
পারাক্তনা পাদাম্বা, পাদম্দনা পাজুম্বা
পাথৌ নহা নকুল্সু খোঙ্ফম্ অমা নোগুবা,
পাম্বা কৈবেন্ মউন্না চরৈ খ্বাঙ্জেৎ লাংনবা

## কুন্তী-কর্ণ

চোঙ্‌লম্ চোঙ্‌ফাইনবা লাই তাংজ লিন্না খাওম্বা,
লাইন্নেমগী মবুংঙো তারোঙ্ তিমেন্ খুৎশূবা;
মোংফম্ শাংবা য়াতাবা চীংঙু মক্‌পু শীঙ্‌নবা
তিমেন্ তাগী চায়নরোল্; মাদ্রিই হৈরাঙ্ অতোম্বা
মঙাগীসু অতোম্বা সহদেব লৌশিংবা
মাগী থাঙ্‌লোন্ অদুনা থাঙ্‌লেন্ তূবুম্নদুনা
নোংথাংলৈমা শীংনৈদো, অঙাঙ্ মাগী মতীক্লা
শাগী লান্‌গী মবেম্মে থাঙ্‌লোন্ মানা কৈদৌনি?
পাণ্ডব মঙাই মতীক্তো 'সূম্না লোইনা উৎপনি
মাগী মাগী মহৈশিং তান্‌য়ৈবগী তাম্বাদা
তাম্বা চানা তাম্বারম্ তান্নে মতীক্ উৎপদা॥
দ্রোনাচার্য্য গুরুনা, অশ্বত্থমা মপারী
মচাদগী হেন্নবু লুনা হেন্না মথোইহিরি
হায়না খন্না থল্লক্‌পা মচামকুম্ শেল্লক্‌পা
চাম্মা মঙাই মরক্তে খ্বাইদৈ হেন্না চাঞ্জবা
অহূম্‌শুবা পাণ্ডবনি অর্জ্জুন্ নহা পাদাম্বা॥
ইঙা-ইঙেল্ থাজদা ফূয়না হৌবা নোংগুম্বা
অমঙ্‌বদি নোংদুনা ইকায়নীংঙাই ওইজবা
মুনা পাম্বা চঙ্‌খোম্বা অদুগুম্বা কুচুদো;
পাম্বোম্ 'নীদি খূক্‌উ য়ৌ কৃষ্ণে পাথৌ পাম্বোম্‌দো
উরুবদা লৈপাক্লা মিৎফম্ হোংবা য়াদেদো॥
ঙসাই চষ্খি' মৌ-নহা পার্থ মাবু উবদা
মথম্মোয়দো ওম্‌চাক্লে, নূরাই থম্মোয় লকাদা
নুংশি লৈরীক্ চোংথ্রবোই, নুজাই নাতোন্ লীক্লম্‌দা
তূম্মিৎ অমা য়াউখিবা খঙ্‌হৌদরে শারোন্দা;
নুংশিৎ লীক্লম্ ঙাওরক্লে হৌনবীদি তৌরেদো-
অমুক্তদা লোইদরে অনী অহূম্ শুজৈদো,

তৃম্মিৎতুগা লোয়ননা লীক্লম্ থৎপা পোৎলম্দো
শক্খঙ্নগে মতাগুম্ নৌনা শক্খঙ্নরিবা
পাখঙ্ দোল্লাইপাবগী ধন্ ধন্ লাউনা নোয়রবা
থোৎ থোৎ লাউবা খজাইদা উফম্ চানা নপ্পুরে,
ওম্থোক্পগী মতৌনি ফিভম্ অমা শোয়রক্লে।।
কাইদাদুদা ঙসাইগী অঙাও পাখঙ্ অপূম্বা
মহোয় মতুং ওইরপ্পা লেপ্পা য়েংনা লৈরম্বা
অমখক্তি উরবোই, নোক্ই তন্না পাখঙ্দো
ময়াম্ অদু খঙ্হল্লি, অমুক্ হন্না লঙ্নৈদো,-
"খূড়া দোল্লাইপাব-ও চহী নীফু-ই মথক্সে
পাখঙ্ ওইরে ব্রাবনি ওইদ্রে থম্মোয় লকাসে
খাম্বি মৈবূন্ চুবনি, পোলোই খাম্বি মৈরীনা।।
নীংহাইরিবী ইচেম্দো 'দুগী মিৎলৈ ইন্দুনা
নথৌ নঙগী থারগা খূদোঙ্ মৈনীং ফাম্বদো
ভৌদা মৈরু নপুনা খজাইরোম্দা পায়রেদো!"
পাখঙ্ দোল্লাইপাবদো মথৌ মাগী মথারু
"নুপী মাঙ্দা চাং তারু কল্লক্ মাঙ্দা ইকায়রু"
শীন্খিবনা নোংদম্বা, লৈপাক্ মীয়াম্ মমাঙ্দা
মতীক্ উৎপা ঙম্খিদে নহাশিংদুই মফম্দা।।
ঙক্য়েৎ চরে অদুনা তৈথোক্ইদো খজাইদো
লুরক্লনা ফম্জখি।। দোল্লাইপাবে মতৌদো
নূরা মাদি খঙ্জদে; পার্থে শক্তম্ অদুনা
ঙাওরক্পগী ঙাওরক্পা হন্না মক্তা য়েংদনা
নূরাই পূক্লীং ঙাওজরি; হৌখি' থৌদোক্ অপূম্বা
নোংদম্বনা তম্লক্পা নুংশি মৈনা চাক্লবা
দোল্লাইপাবে লম্মল্নি খল্লবরা অসূম্না?
অসিদসু নত্তেদো-চীন্দা হয়িঙ্ চঙ্বনা

কুন্তী-কর্ণ

কয়া অমা লাউনৈদো, অসি 'পূম্বা পার্থনা
অয়ূক্ কোরৌ মঙাল্‌গুম্ হেন্‌খিবনা মতীক্লা
মাগী শক্লা শুম্বনি।। নুংঙাইনবা হায়দুনা
অদুক্ পঙ্‌হায় মহায়রে-ওইদবনা অওই সা
লৈতোন্ শরূ পান্দবে হৌনবনি হৌনসা।।
পার্থে শক্তি শক্তাক্তা ওম্ব্রোক্লসু থীদকো
অশৈবগী মপোক্সে- অসিমক্তা ওইরেকো!
হেঞ্জিন্ববু য়াউরসু থারগেদো ঙক্‌পনি-
চেংতক্ তাবা খ্বাঙ্‌দুদা সনা ফীগে ফৈজোম্নি
পাক্তক্ তাবা লাইবক্তা লন্মোন্ শম্লাং অম'নী
লয়না কোন্না তাবদি নীনী থাজ কৈদৌনি?
নীংথিজবা নাপ্পগী তম্ফায়াইগী নায়িন্না
নোংথাং জগোয় শীংনবা, মালেম্ লৈমায় তম্‌দুনা
চোংথদৌবে লাক্লরি - মহায়ননি উরুবা।।
ফল্লপ্ তাবা থবাক্কী সনা লীক্‌থাঙ্ অহেম্বা
হীয়াঈ নুঙ্‌য়াঈ থাম্লবা তম্ফায়াইগী লীক্লাংনা
ব্রাম্ফক্সনা ফৃবিৎথক্ তগুপ্ তরেং ঙাম্বনা,
অহীঙ্ মিশেন্ খাঙ্‌দুনা ঈনুং মমৈ খোম্‌জবা
চীথ্লে লৈ-মৈ মশাইকোন্ শীংনজবা লন্মোম্বা
থব্রান্ শাগৈ অম'নী লেপ্‌চবনা কৈদৌনি?
থারুবনা ব্রাৎপনি, কল্লক্লীংঙাই মক্তনি।।
নম্‌গী তেন্দোঙ্ ফাইবোক্লে খূৎকী লীরুঙ্ অদুনে
অনী-ই মতীক্ অদুনা নিংথেম্ শাগৈ নীক্লেনে;
কোক্‌থক্তগী ললূহূপ্লা সোরারেম্বু শীংনৈদো।।
দ্রোন্‌গী য়াথং ফংবদা অদুগুম্বা পার্থদো
মহৈ মাগী উৎলক্লে, অঙক্‌পগী তেল্লাংনি-
নোংগী তে'ম্মা কাপ্পদা খ্বাইমক্ হেক্তা ঙক্‌পনি,

অতিয়াসি পূন্মম্ মম্ নোংনা ঝম্ ঝম্ চুবনি ।।
অদুদগী অমুক্লা তেম্মৈ তেনা হন্না লোক্
নুংশিৎ তে'ম্মা কাপ্পদা নোংয়াম্ অদু তন্না লোক্
লোইনা ঙম্না হুম্দোক্ই নোংলিক্ অমা খাক্তেদো
নুংশিৎ নীফূমাপম্মক্ লৈখোন্ননা শিৎলিদো
পোলোই নুংশিৎ পাদম্মৈ; মীৎকূপ্ খূদিং ঙক্ইদো ।।
অমুক্কসু ধনঞ্জয় চীংগী তে'ম্মা কাপ্পীদো
লোইবি চীংশাং নাপোম্না পল্লোন্ চাম্মা চীংদল্লা'
হিমালয়গী মতৌগুম্ নুংশিৎ 'পূম্বা থৎহল্লা'
চীংখম্বীনা পূম্খন্ খন্ মীয়াম্ পূম্বা ঙক্ইদা ।।
মথঙ্দদি অর্জ্জুন্দো মীৎকূপ্ অমৈ মনুংদা
তেন্দোঙ্ মাগী ফাইবোক্তে নোংমৈ শীঙ্জঙ্ শারবা
শীঙ্জঙ্ তে'ম্মা শক্তুনা লীরী নম্খিঙ্ খীঙ্লক্পা
তেন্না হেক্তা তেন্দম্লক্ শোয়নাইদবা তেল্লাংদো
পোলোই খাম্বি মৈবীগুম্ ফ্ ফ্ কাম্মি তেঞ্জিল্দো
মীৎফম্ খূদিং নীক্হল্লম্ থোইনা মঙাল্ নাইরবা
লোইবি চীংজাও সনজীং পল্লোন্ চাম্মা অপূম্বা
লাইজ থম্বাল্ লৈরিকূম্ উফূল্ লৈরীক্ তাহল্লি।
মতৌদুদা মীয়াম্গী খুবাক্খোল্না নীল্হল্লি ।।
বিদুরগী মপাউদৈ পার্থৈ মতীক্ অদুনা
ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌরেন্ মিপাই-খোঙ্ফম্ লৌমাংনা
নীক্খি মাগী মথম্মোয় চাম্মেদমক্ খম্বনা ।।

সূম্না থাগৎ ব্রাহ্মৈনা মীয়াম্ মীনীল্ ঈখোল্ঙৈ
পার্থৈ কৃষ্ণমক্তনা লৈপাক্ হূপ্পা পেল্লিঙৈ
ব্রাংলেন্ অদু থোক্পদা হাওরে নোংপোক্ পাংবদা
নৌনা অমুক্ নীল্লক্তে' নৌবা খোম্থাং লোইনৈদা,-

## কুন্তী-কর্ণ

"নোংয়াই নহা অদুবু থাজিন্‌খোদা কৈদৌগে!
মাবু নত্তা কনানা পার্থে লাম্বা য়াদগে?"
সূম্বা য়াবা খোন্‌ফম্‌গী খোঙ্গাং য়ৈবা মপাউখোন্‌
হন্ন হন্না নীম্বনি কাঙ্‌জেবুঙ্‌দু পূন্না খোন্‌;
মতৌ লাংওন্‌ অদুদা লৈপাক্‌ খ্বাইদি অপূম্বা
য়েংখিবদা উরেদো-বাংদম্‌ চাউদম্‌ নীংথিবা,
তম্ফায়াইনা কোংগোন্‌ থিন্‌ হীয়াঙ্গ নুংয়াঙ্গ থান্নবা
লূরেল্‌ লূহূপ্‌ অদুনে, সনাতনা পূন্নোবা;
য়েংথাং ওইথাং হাইরিবা নোংথাং লৈমা শীংনবে
সনাই নায়িন্‌ অনীনে; লাল্লোই ওম্বা অণ্ডম্বে
বাম্ফক্সনা মঙান্‌গী মঙাল্‌ মশেক্‌ লীশীঙ্‌না
মায়গৈ শুংদাই তরা খোন্‌ অর্ড' মিৎফম্‌ মিৎথক্লা'
অনীশুবা কোবৌগুম্‌ মানা লৈবা মায়কৈদো
থোইনা মঙাল্‌ নাইবক্লে পূক্লীং হূনা পেল্লিদো।।
সোবাবেন্‌গী খূৎশূবেন্‌ থোইনা হেন্না কিনবা,
চঙ্‌বা লাক্‌পা ওম্‌দ্রবা অমাঙ্‌ অতা লৈত্রবা
সনা হক্‌চাঙ্‌ কোন্নবা বাম্ফক্সনা ফূরিৎনি,
লূরেল্‌ লূহূপ্‌ অদুসু তাদে ফজে পাদাম্নি।।
পার্থৌ মিৎন্না অনীনা শঙাই লাবা কৈদৌনি?
ফল্লপ্‌ চেংলপ্‌ তাজবা সম্মু হক্‌চাঙ্‌ হক্‌থোইবা
শারেন্‌ নোংশা মখৈনা ওম্‌দে'দুসু শীংনবা।।
মতৌ লাংওন্‌ অদুদা কনা'মনা সোয়ারেন্‌,
হায়নৈ কনা অমনা থোংঙারেন্নি থোংঙারেন্‌।।
হায়রিমখৈ মাল্লিদো মাল্লিমখৈ পক্‌চৈদো।।
অঙাঙ্‌ মতীক্‌ হায়রদি বাত্তে 'পূম্বা চুম্মিদো
সোয়ারেন্সু কায়দেদো থোংঙারেন্সু মাল্লিদো
অথাবনা বাৎপনি কল্লক্লীংঙাই মক্তনি।।

## কুন্তী-কর্ণ

অদুম্ ওইনা ঐতদি অচুম্বদো হায়জনি-
নোংয়াই নহা পাখঙ্দো নত্তে কনা অতোপ্পা,
ফি-শু ফিজাম্ শিন্‌ফম্‌দি অতোন্ শাগৈ ওংজবা
অথিরথৈ পারীনি, পারী ওইনা য়োক্চবা
রাধাগীনা থব্বায়নি কোরীফূদৈ ফংজবা
অদুঙৈদা কুন্তীনা অশ্ব খোঙ্‌নুং হিদেন্দা
কোরৌ মাগী মকাদৈ লাইহৎলোন্‌গী চাংয়েংদা
ফংজখিবা পারীনি কোলোয় মাগী বৈকর্ত্তন্।।
শ্বাইনা অসূম্ নীপ্পিঙৈ পারী পাথৌ বৈকর্ত্তন্
করন-সু কৌবদো পাথৈ মাঙ্দা চঙ্লক্‌ই,
নোংখাক্ খোঞ্জেল্ খোন্‌ফম্মা অরাক্ তম্মা লাউরক্‌ই
কোলোয় মপাউ অহক্পা, শম্লূপ্ তাবা পাম্বগুম্,-
"ঙাইখো ঙাইখো পার্থ-ও! হূয়েন্ লাঙ্গিংনবগুম্
য়োন্দ্রবসু অমৈ কা, নঙ্‌না ঙসি মীয়াম্‌দা
পাথৌ মিৎত্রঙ্ খরনা কৈসু লৈতঁ লাম্লোংদা
লৈপাক্ শ্বাইবু ঙক্‌হন্বা অকী-তুজুংনহন্বা
অদুমক্‌পু ঐহাক্তি নঙ্‌না ঙসি উচ্চবা
কৈসু লৈত' মহৈদো নাচুংখীদে কৈদৌনুং
পাথৌ ওইবা ঐখোয়দি কৈদৌনুংদা করিনুং।।
লোইবি লোক্‌চপ্ অমদা পাম্বা অনী কৃষ্ণগুম্
লাইজ ঈপাক্ ঈরৈন্দা বাক্‌য়ৈ অনী তোংবগুম্
য়াবা নত্তে কৈদৌনুং; পাথৌ লীচৎ চৎনসি
থূপ্‌চান্নবা চরৈগুম্ কিশি পরৈ লাক্লুসি
পাইমা কিশি থম্লুসি।। নঙ্‌সু ঙসি কর্ণগী
লীকাপ্ অদুক্ য়েংজখো, মতুংদুদা অদুগী
লীরঙ্ নঙ্গী পায়খৎলু খূদুম্ চেৎনা পায়জহৌ।।"
কর্ণৈ বাফম্ অদুনা অশাউ-খাম্বি তম্মা হৌ

## কুন্তী-কর্ণ

মচুম্ তাবা শামুদি লম্শা'চাগী মতৌগুম্
নাতোন্ ফৈনা ঈন্দুনা চীংলাইবক্তা চীফেঙ্গুম্
শামান্নবা পাথৌ'মা লেংমান্নবা নহা'মা
উরুবদা পার্থদো অদুঙৈদা লাংওন্'মা-
লাইগী নিংথৌ সোরারেন্ চীংঙু লৌশিং চাউবদো
মহাক্কীসু মবুংঙো ওইনা ওইনা হরিদো
মালঙ্ নোংলম্ তাইবংপান্ মরোন্ অহূম্ তূনা কা
মপূ ফনা ওইনসু নাব্রা ওইবা হরি-ই কা
গোবর্দ্ধন্গী হাক্তক্তৈ, থবাক্ লোংনা য়াবগুম্
ব্রাগী মচেৎ ঙাংদনা লেপ্লে পার্থ উয়ুংগুম্।।
মথা অদু ক্রক্ ক্রক্ চীক্, পূংলূপ্ পুঙ্গোই অদুদা
হায়নব'মুক্ লৈতেদো, মতৌ লাংওন্ অদুদা
তাইবং মপূ হরিগুম্ বৈকর্ত্তনসু হন্দরে
পার্থ কর্ণ অনীমক্ লীরী খীঙ্বা মান্নরে
লকা তেম্মৈ লোক্তুনা নাখোঙ্ ফংনা চিংনরে।।

পারীশিংগী কৃষ্ণোদা, পাণ্ডব মঙা শাচ্চবী
নূরা লৈরাং কুন্তীদো-মোমোন্ মায়খোঙ্ উৎলম্বী,
হৱাও য়াকা তম্লম্বী নূরাই মায়খোঙ্ থম্বাল্দো
পার্থ কর্ণৈ মতৌদা খঙ্হৌদেদা মম্মীদো;
ব্রাংলেন্ মীৎকৃপ্ অমদা খৎখৎ লাউবী তখৎপী
লোইদাম্ ফাইরেন্ থাজগী শক্লোন্ চাউবী তথোৎপী
নোংদোন্ লৈচীল্ মতৌগুম্ মচু তাম্লে ওম্লেদো,
ব্রাখিবনা মথম্মোয় মায়খোঙ্ থাজ থম্বাল্দো
খাম্বি মৈবূন্ চুবদা কাদে হায়দা মখাক্লে।।
নূরাই থরক্ ঈহুন্না থংথং থংথং য়ৈরক্লে,
নুংগা পান্গা ওন্নরে তুদে হায়দ মখাক্লে।।

## কুন্তী-কর্ণ

পারী অনীই মতৌদা নূরা লৈরাং কুন্তীদো
চাক্ল' মাগী মথম্মোয় অনী থোক্লা চিংখাইদো
ময়ি চত্তে খাক্পনি, তাইবং লৌশিং লৌমাঙ্না
বাম্বরেদো ইবেম্মা।। কোরৌদুদে হৌদুনা
কুন্তী-ই কোরৌ মম্দৌরি; ওম্বোক্পনি মতৌদো
অদুঙৈদা থোক্খিবা কর্ণ পোক্পে থৌদোক্তো
কাউরম্দ্রিবোই নূরাদি, পারী-ই খোঙ্গুল্ লোন্না লী
অসূক্কুইবা কুম্জাসে থম্মোয়নুংগী মৈচাক্ লী
খাম্বি উংলোয়নবগুম্ কনাই কাদা কাঙ্দবোই
'সূম্না কনা খঙ্হন্দা চাক্লা লেন্গে লেপ্লবোই।।
অদুমক্পু নূরাদো পারী অনী অদুনা
নিংথেম্মুঙ্গী লম্য়ায়-কা নোংখাক্ খোঞ্জেল্ অতম্না
অশাও খাম্বি মৈবূন্ হৌ, মিৎস্না ঈরা ঈখেঙ্ তা
মতৌ লাংওন্ অদুদা থম্মোয় ময়ি লীশীঙ্ তা
কাইদে তাদে খাক্ইদো, হৌজ থেংখাং বাম্বরে
পারী অনী-ই থম্মোয়না থম্মোয় মৈহূম্ মৈচূরে।।
"ঙাইখো পারী অনীমক্-নহোয়'নীমক্ ইচানি
য়োন্নহৈদে অমৈ-কা নচীন্ ননাও ঙাক্তনি;
য়োইবু য়োইহে লৈপাক্ও লৈমা নিংথৌ তিম্বদে
চীন্দা পাউদানদুনা পাথৌ থৌনা উৎফদে
খাবা লিংজেন্ মকা ফোং'মগা'মগা য়োন্নসু।।"
শেম্না শানা নীংথিনা অসূম্ ওইবা য়াবাসু
কাঙ্ঙম্দরে ইবেম্মা, লৈপাক্ নিংথৌ অনীদি
চৎনরোম্বু কিবদৈ মসুংলাংগী নূরাদি।।

অমরোম্দা কম্দৌরি-কর্ণ অর্জ্জুন্ অনীদো
লোইবি লোম্বায় নাপোম্দা তাবা কাওরেন্গুম্ইদো,

## কুন্তী-কর্ণ

মাম্বী চীরেন্ লৈপক্লা লাইবক্ লৈঙাং পাক্তেনা
চীফেঙ্লবা কাওরেন্গুম্ নোংখাক্ খোঞ্জেল্ খোন্ফম্না
লীরূঙ্ পায়বা মান্নব্রে লীরী খীঙ্বা শোয়নদ্রে
লীরী নাখোঙ্ ফংনা চিং ব্রাংনদেদো হন্নদ্রে
লকা তেশ্মৈ তন্না লোক্ থম্মোয় থম্মোয় পান্দনক্
তেঞ্জিন্ তেশ্মৈ নাচুম্বা ব্রাইর তেল্লাং তেন্দনক্
ব্রাংলেন্ অদু থোক্পদা; শাগী লান্গী লাইরেম্বী
তাইবং মীপূক্ থৌরিবী অকী-তুজুং শক্পাম্বী
লাইরেম্বীগুম্ শক্তন্নাং হূয়েন্ লান্ফম্ লম্য়ায় কা
নাচুংদনা লেপ্পগুম্ অথোয় নাপন্ ময়াঙ্গী কা
গুরু কৃপাচার্য্যনা কর্ণ পার্থ অনীগী
মরক্ খায়না চঙ্দুনা মেল্লি মপাউ মহাক্কী
লূম্না মেঙ্বা মখোঞ্জেল্ শক্খঙ্দবা কর্ণৈ কা,-
"হায়য়ু তম্বা নহাক্পু নঙ্না ঙসি নিংথেম্গা
পাথৌ নতীক্ উত্তুনা নাইতোম্ পাবা লাম্বাদা
লাম্পিংনগে তেম্শিংবা পারী পুরি তাক্খোদা?
নিংথেম্ শাগৈশিংগীদি করিগুম্বা নোংদসু
নুপী, অঙাং, ষণ্ ব্রাহ্মণ্, অতোম্বগী শাগৈসু
মহোয়শিংগী মরক্তা শোয়ফদবা ওইরসু
খুৎলায় থাবা য়াদেদো শীংনাইদনা য়োল্লসু।।
লৈপাক্ নিংথৌ তিম্বনি, অদুগীসু মথক্তা,
হৌনবীসু লৈরিদো; অসূম্ অদুম্ ওইবদা
অসি হায়রে হায়দুনা তীল্লাং নঙ্গী থক্য়োত্তা
পাইমা থক্চান্নদনা থম্মোয় খাম্বি হৌনুদা।।"
কৃপা মাগী য়াব্রাদা, থোইনা মঙাল্ নাইবদো
লাইরেন্ খয়াৎ তাবগুম্, অনীশুবা কোরৌদো
মায়থোঙ্ থাজ মক্লা খাঙ্ লূরেন্ লুরুক্লখিদো।।

## কুন্তী-কর্ণ

মথম্মোয়দি মখনখি ফূমদী খোঙ্নুং ওইনসু
ফূমদীলক্কী থম্বাল্বু মচন্নরি খ্বাইনসু,
লৈখোম্ লৈনাঙ্ পক্তবী শীংঙেল্ লাইজ থম্বাল্নি
ফূমদীলক্তা ওংনসু মক্চত্রবী থম্মোয়নি॥
অসূম্ অদুম্ ওইনমক্ মচু তাল্লে ওন্‌গম্বা
লৈপাক্ খ্বাইগী মিৎয়েংদা মদোম্ মৈচাক্ খাঙ্‌জবা,
থম্মোয় খূদূম্ শুনা শু বৈকর্ত্তন্দো পাথৌদো
মখা ক্রক্ ক্রক্ চীক্তুনা মখূৎ থেক্লা খাঙ্‌খিদো॥

নোংচুপ্ তাবা সনজীং লোইহবি নাপোম্ চীংয়াঙ্‌থক্
য়াংগোই য়াইশা য়াইবোইবা নোম্ নোম্ চৎপা শায়াঙ্‌থক্
লাইজ থম্বাল্ লৈরেন্দি চাম্মনীপান্ থম্বাল্ তম্
লৈকা ফন্না নোক্লম্বা মায়থোঙ্ মাগী মকা তম্
কোরৌ মাসু উরবোই- নোংদোন্ লৈচীল্ ফিখুন্নে,
চেংলৌ নোংথক্ ওন্দুনা মোংবা মরান্ তন্নক্লে॥
চীংয়া খোঞ্জোঙ্ লাংবদা নারন্ পাবোৎ লোন্দুনা
চাক্চরবা মথম্মোয় নোংদোন্ খাম্বি মৈবাইনা
পারী মাগী কর্ণগী পলেম্-পম্বৌ অনীদো
ফোঙ্‌লুবদি য়াদবা ওইরি মফম্ মতম্‌দো॥
সুম্না সুম্মা লৈরিঙৈ নোংপোক্ হারম্ পাংবদা
সনজীংগুম্ খাল্লিবা লোইবি চীংশাং চীংয়াঙ্‌দা
অহীং লৈমৈ মথঙ্‌লেন্ থারিক্থাগী লোয়ুম্বা
থাবল্লেগী ওইনফম্ থম্বাল্ লৈনা মিতাবা
লূল্লেন্ য়াম্বী থাজসু মপূ-ই শিঙ্খা পাঙ্‌নবা
মতম্ ওইরে খন্দুনা শাবী মকা তম্নবা
থবান্-মৈরা শক্হেম্বী-ই শীংঙেল্ লৈরাং অম’নী
নুংশি খূদোল্ শক্চরা থেৎচিঞ্জরে নাপ্প’নী;

## কুন্তী-কর্ণ

অদুদগী থাজদো শাবী মরান্ তম্লগে
খোঙ্কাপ্ নৌরা য়ান্দুনা য়াংদৌ খোঙ্দোই হুল্লগে
পাইমা খৈনা লেপ্লক্পা ৱাংলেন্ মীৎকূপ্ অদুদা
মালেম্ লৈকোয় তম্নবু মিৎয়েং কারল্ লাক্পদা
তাংজ ফিখুম্নবগুম্ নীংথিজবা চেংলৌনা
কালেন্ লৈরাং মতৌগুম্ মিৎম্না থম্বাল্ অনীনা
মিৎলূ ঈরা ঈকংদা লাইজ চোন্না চেল্লবা
মপূক্ তপ্পা তুরেল্গুম্ পিরাং লীক্লম্ ৱাত্তবা
চায়রূং'নীদি পূন্নঙ্ লং, লোল্লে লোন্ফাইনদুনা
ৱাখল্ লংজিন্ পূম্নখৈ কৌরৌ নোংদোন্ মায়ওন্না
য়াইবি মিরেন্ হাম্ফোইনা খূৎলায় চাংয়েংবুঙ্দুদা
লেপ্লম্বদি বৈকর্ত্তন্; থাজ মানা উবদা
মায়খোঙ্ থাজ লাংশিল্লে থৱান্-লৈরাং লোংশিল্লে
য়াংদৌ খোঙ্দোয় হুম্ববু ঙমদদুনা লৈবক্লে,
নোংদোন্ লৈচীল্ ফিখুম্না খোঙ্কাপ্ নৌরা লৌমাঙ্না
লেল্লে থাজ অপাম্বা মতৌ লাংওন্ অসূম্না।।

মহী ময়াঙ্গ চেল্লবা মতীক্ লৈবা অথৌবা
বৈকর্ত্তন্নি কর্ণনি।। পাথৌ মাগী অৱাবা
শরুক্ য়ানা লেপ্লম্বা থাজ কোরৌ অনীনা
লোইবা নত্তে তাখোদা -মহোয়দসু নত্তনা
মালঙ্ নোংলম্ অনীদা সোরারেন্না চিংলবা
লাই কোতি কুম্ভাহুম্দোই ৱাত্তে ঙম্না লোইনবা
লৈচীল্ পোমায় হাংদুনা পূক্লীং খোঞ্জোঙ্ তম্না লাং
হরাও য়াকা য়াতম্না পাণ্ডব কৌরব মসুংলাং
খূৎলায় চাংয়েং য়েংলম্বা চীংঙু খোয়ুম্ অপূম্বা
থম্মোয় থম্মোয় ফুম্বংনা লৈচীল্ পোমায় শুনবা

# কুন্তী-কর্ণ

খুৎফম্'মদা ওম্না থিং তাংজ মায়খোঙ্ লূক্রেদো
'সিনা লাইরল্লেন্গীনি।। সোম্দা অমুক্ য়েংসিদো-
তাইবং থবায় অপূম্বা পোম্বি চেক্লো খাক্তনা
পামেন্ শাগৈ য়েংদনা সিনি হায়ফম্ খঙ্দনা
ৰাবা পন্দোন্ মরোম্নে।। করি অমুক্ হায়সিবা,
পাথৌ মপা ওইরবা উয়ুংগুম্না লেপ্লিবা
পাথৌ অর্জ্জুন্ মক্লফাও চিংন-ঈথক্ লাংদনা
নাইতোম্ পাবা লাল্লোংদা পাথৌ মতীক্ উত্তুনা
মায়োক্ য়ানা লেপ্লিবা শক্খঙ্দবা পাথৌবু
পাইমা খৈনা নুংশিখি, মাগী মতীক্ অদুবু
থাগত্তবা ওম্খিদে থোইনা হেন্না মপেম্বী,
পাথৌ লীচৎ হৌনশা ওইরমাল্লে হৌনবী।।
ৰাফম্'মসু লৈরিনে-যদু নীংঙোল্ ওংজবী
সূরসেন্গী মমোল্লোই নূরাই থম্মোয় কেম্দোয়নি,
থোইরেন্ থোইনা হেম্বনি তোলেন্ তোন্না ৰাংবনি।।
মোম্নু মানা ৰাববু ইচীল্ ইরৈ লম্বোম্বা
সিনি হায়ফম্ খঙ্জদে করম্নবু তম্সিবা-
ইতীক্ নত্তে ওম্লরোই, অদুম্ ওইনা অতাবী
অওইবতা মহায়গে, থানিল্ থাজ ওম্লম্বী
নূরাই মায়খোঙ্ থম্বাল্দো মুশুক্ মুনা কাহ্লে।।
অকী শক্ফম্ শক্তম্লে কপ্লম্বদে নোক্লক্লে,
তায়োম্নরে তাইবংপান্ অরু-অথেন্ নাইদরে
নূরা লৈরাং মসুংলাং নুংগা পান্গা ওম্নরে ।।
হৈরাঙ্ হৈতম্ নত্তনা নূরাই খোইজী লকাদা
তাউজীং হৈরু নাওপম্বা পারী নাৰা মাবুদা
মথালক্তা কোন্দুনা লৈপাক্ মীয়াম্ মমাঙ্দা
নাওকোন্হৌবা ফংদদৈ নিংথেম্ভুংগী লময়ায়-কা

## কুন্তী-কর্ণ

মপূক্ থোক্কী পারী'নী অশাও খাম্বি ব্বাংনা-কা
খঙ্দবনা মরম্ ওই য়াংলোই মচীন্ মনাওনা
ঙসি, নিংথেম্মুঙ্দুদা তম্বা হূয়েন্ লাম্সিংনা
পারী মশেন্ চায়নবা, মমা ওইবী ই-থম্মোয়না
করম্ য়েংনি কুন্তী-ও! চৎনরোন্না থোইবনা
মীনোক্ মৈখূ মৈশাসে তাইবং খোন্না চাক্লিবা
অঙকপনি অঙকপা, লৈহৈদরে নোংদম্বা!
কাঙজৈবুঙনা চায়নবুঙ ওইরে মতৌ ওম্থোকপা!
মীওইপোক্কী ঐখোয়সে পাল্হৈদরে তাইবংপান্
মীনোক্ মৈখূ মৈশারক্ উহৈদরে মালঙ্পান্।।

ঙসি নিংথেম্মুঙ্দুদা, সনা লীক্থাঙ্ অহেম্বা
যাইব্বোইরবা তম্ফায়াই হীয়ায় নুংয়ায় পূক্নোবা
লীক্লাং চোইনা কেম্বগুম্ পিরাং ঈরা চদূম্ তা
অধিরথৈ পারীনা লৈবিঙৈগী ব্বাংলেন্দা,
খুদোংচবা লৌদুনা পোরম্ অমা কাঙ্বদা
পোফম্ অনী চাবগুম্ পাণ্ডবশিংগী মাযোক্তা
কৌবব কোক্লেন্ দুর্য্যোধন্ ফত্ত-লৌশিং শাগোম্বা,
মীফত্তবা য়াইতম্বা, তুংগী পোমিৎ উগম্বা
মহাক্তনা কর্ণবু কোবৌদুদা লৌখৎখ্রে,
কর্ণৈ ইকাই শেংগোইসু ব্বাংলেন্দুদৈ কম্বীখ্রে।।
মতৌ লাংওন্ অসূম্না মতীক্তনা মঙন্ হাপ্
পাথৌ মরূপ্ তন্কৌ কৌ-অঙ্গ লন্লেন্ মপূ হাপ্
বৈকর্ত্তন্গী কোয়বেম্থক্ মহাক্ মক্কী মসুংলাং
ব্বাংগোন্ নিংথৌ খূৎমক্লা খীক্লেল্ লাইজ ঈপাল্ লাং
হৌনবীগী নাতৈ কাঙ্ সনা ফম্বাল্ তন্না লাঙ্
ব্বাহোঙ্ কোকিল্ খিবিক্ য়াও কর্ণৈ মতীক্ শৌথাহন্

## কুন্তী-কর্ণ

য়াইফ-কোলোয় শক্তুনা শৈশক্ শৈহেক্ শৈদম্হন্
সনাই তাঙ্বন্থক্তুদা বৈকর্ত্তন্দো ফল্লেদো।।
থৌদৌ মতা অদুদা পূক্চেল্ চাউবা কর্ণদো
পেন্থ্রবোইদা দুর্য্যোধন্, লাইরেন্ খয়াৎ তারুবা
কোবৌ মহাক্ অদুনা লৈচীল্ থোঙ্মায় লোন্দবা
পাক্লা 'তিয়া মকোয়দা মঙাল্ মশেক্ লখাগুম্
সিনি মায়কৈ খাক্তুনা কোরৌ মানা ঙাম্বগুম্
পাথৌ নহা বৈকর্ত্তন্ মোমোন্ মীনোক্ তম্মিদো
পেন্খিবনা মথম্মোয় ঙাংলেন্দুদা কর্ণদো
মোমোন্ মায়থোঙ্ মীনোক্ তম্ থাজ পাবা চেংলৌদো
পাম্থৌ কোরৌহম্ববু, ঙাল্লক্লেদো শীংননা
লংনা মঙান্ নাইরম্বা মশেক্ লীশীঙ্ কয়ানা।।
পাবী-ই মঙাল্ উবদা কোবৌহম্বা নুমিত্তো,
পন্থৌ মাগী মথম্মোয় নুংঙাই খেঞ্জোঙ্ লাংলেদো
খবাই থোঙ্গাল্ মপাদে য়াংগোই য়াইশা মহাক্থক্
শামায তন্লৈ লৈদুনা কোবীচেম্বা শায়াঙ্থক্
ঙাশা কাবল্লাক্তুনা শাজৈ নম্জিং চিংলুবা
য়াংগোই খুরূপ্ হৌরক্লে; নোংচুপ্ মায়কৈ শেল্লিবা
লোইবি চীংজাও চীংদোম্থক্ য়াংগোই হন্না থুংলরে;
অদুদতা কোরৌদো লৈয়ি ফৈজৈ হল্লক্লে
য়াংগোই মাসু পোখারে।। শায়াঙ্দগী কূম্দুনা
চীংদোন্ চীংলক্ অমদা পূক্লীং হূবা মিৎয়েংনা
লৈচীল্ পোমায় কাঙ্দুনা মোমোন্ মীনোক্ নোক্তুনা
পারী তম্না য়েংলকই।। কোরৌ পূক্লীংদুদনা
শীংনাইদনা পারীবু হন্ন-হন্না কুবিরে।।
সূম্না সুম্মা লেল্লক্পা ঙাইহাক্ পুঙ্গোই মিতল্লে;
অদুদগী কোরৌদো গঙ্গাই পারী ভীষ্মগী

## কুন্তী-কর্ণ

য়াব্রা মপাউ ইম্বদৈ মতীক্ মাগী পারীগী
লাল্লোং কৃষ্ণ উদ্রদা নোক্‌ক্রেম্ হাগ্রেম্নবগুম্
মুৎলম্‌দাইগী মৈরানা মখৈ ফংনা ঙান্বগুম
পাঙ্‌দবগী থৌদৌদা থিংলৌ তক্সী শোল্লল্লা
নীংঙ্‌মদ্রবা মথম্মোয় থাক্ল থাক্লা নোক্লল্লা
য়াংগোই অমুক্ খুরূপ্ হৌ চীংলক্ মতা ফবদা
কে-কু তন্না লোৎখরে।। অসূম্ ওইবা ব্রাংলেন্দা
থাজ মাদি কম্‌দৌরি? বৈকর্ত্তন্না ব্রাবদা
অব্রা শরুক্ য়ারুদৈ লোইবি চীংয়াঙ্ থক্কুদা
খোন্নেন্ শাংবা য়াতারা নুংঙাই মীকপ্ তাল্লুবা
ঙাইহাক্ পুঙ্গোই লৈরগা ওইরে থৌদোক্ অঙক্‌পা-
"মালেম্ লৈকোয়বুঙ্‌দসু শামান্ লেংমান্নরবা
থাজ অমা লৈরবোই, খল্লে থাজ অপাম্বা;
কাইনথঙ্‌দা খঙ্‌লক্‌ই-"কর্ণৈ মায়থোঙ্ থাজনি।।"
লাই কোতি কুম্লাহুম্‌দোই ব্রাত্তে ঙম্না লোইননি
চীংঙু খোয়ুম্ খিবিক্তি সোরারেন্নচিংবনা
লাইগী কাঙ্‌লূপ্ শুরেদো, ব্রজৈ কহ্নাই নত্তনা।।
উনা মাদি তনৌবা নোংদোন্ লীক্লা চাবগী
নৌনা ঈহুন্ তল্লবা থৌরেন্ থৌবা কর্ণগী,
নাইতোম্ পাবা লাল্লোংদো য়েংবা উবা ফংদ্রদা
পাইমা নুংবু খোয়রাঙ্‌না মাগী মাগী মরান্দা
লোইনা ঙম্না হন্‌খিদা থম্মোয় খূদূম্ শুদুনা।।
থৌরম্নগা ফাংবনে, অতম্বনা অমত্তা
ব্রারেদকো ব্রারীসে,- খূৎলায় চাংয়েংবুঙ্‌দুদা
থোক্‌পা থৌদোক্ ব্রাথোক্‌শিং কাংখূন্ অমা কাংদনা
চিথইহেদে মতানি; লৈমা কুন্তী নত্তনা
কৃষ্ণে য়েংবা হৈরবা লৈপাক্ মীয়াম্ মখৈনা

## কুন্তী-কর্ণ

কৌরব কোক্লেন্ দুর্য্যোধন্ মাগী কোলোয় মপাউদা
হন্ন হন্না খোম্বাংত্তী- "কর্ণ অর্জ্জুন্ অনীদা
নাইতোম্ পাবা লাল্লোংদা কৃষ্ণে অদুক্ উৎখোদা।।"
অসি 'পূম্বা লৈনসু গঙ্গাই পারী-ই মমাঙ্দা
করি ওইনা উদেদো, উক্রোঙ্ অহো' পাউমেন্গুম্
থৌদু নুংপাক্ মথক্তা খীক্লেন্ লাইজ হৈবগুম্,
কোরৌ মৈশা লাংবদা সজীব্ লেন্না খাঙ্বগুম্
লৈপাক্ মীয়াম্ খিবিক্কী নোংখাক্ তম্বা খোল্লাওশিং
ঈচীক্ হুন্খি ঈনুংগুম্ ওয়া মাঙ্নৈ মরৌশিং।।
লাল্লোই তাম্বা বৈকর্ত্তন্ থোইরেন্ থোইনা থৌরক্লে,
মথম্মোয়দু পেন্দুনা মথবায়দু কৎথোক্লে-
কৌবব কোক্লেন্ মসুংলাং মৈশেঙ্ বারেপ্-বাতায়া
পার্থে য়াইবি তম্না চূপ্ পাথৌ লম্মল্ শক্তুনা
তম্বা মতীক্ উৎনবা শরী পন্দোন্ লোম্খিদো
নিংথেম্বুঙ্গী লময়ায় কা।। লৈপাক্ মীয়াম্ পূম্বদো
পাথৌ শরী তাবদা ওয়া মিপাইনবনি।।
"লাম্বা য়াদে হায়রসু, নিংথৌ ওইরে য়ারনি।।"
'সূম্বা য়াবা কাঙ্দুনা লাউরবদা কৌরবনা
মতম্ অহূম্ উরবা গঙ্গাই পারী ভীষ্মনা,-
"কোবৌ পাবোৎ লোন্দুনা নারন্ চীংখোঙ্ বায়রক্লে
তময়া কোরী চেল্লক্লে লাম্বা য়াদ্রে" হায়রক্লে।।
'সূম্না লেল্লে কোরৌদো, অসূম্ অদুম্ ওইনমক্
কোরৌদুদে হৌদুনা পার্থ কর্ণ অনীমক্-
"থোংঙারেন্গী মকা তম্ মহে মহে থাননি!"
অসি বাফম্ নম্নরা শরী পন্দোন্ লোম্বনি
মশাই চীংঙু থাগোম্না লৈপাক্ মীয়াম্ মমাঙ্দা।।
নূরা কুন্তী ইবেম্মা, পারী'নীগী শরীদা

## কুন্তী-কর্ণ

খাঙ্‌হৈবগী বাংমা লান্ খীক্রেল্ লাইজ ঈপাল্লাং
হুমাই লাকং হুম্‌দুনা অৱা হক্‌শোক্ হেন্না-লাং
অনা লায়কন্নখিদো।। অশাউ মৈহূম্ অনীনা
নূরাই থম্মোয় মৈচূরে কেল্লে লৈরাং কেম্‌দোইনা।।

মতাঙ্ অসিদা কর্ণনা খূৎলায় চাংয়েংবুঙ্দা ঈকায়বা খাঙ্বা অমদি দুর্য্যোধন্না
কর্ণবু অঙ্গ লৈপাক্কী নিংথৌ হাপ্‌খিবগী অহূম্ শুবা তাংকক্ লোইরে।

*****

# কুন্তী কর্ণ

(৪)

অথিবথৈ মপারী, রাধাই থৱায় ওইবদো
অঙ্গ লৈপাক্ মপূ ওই, চাম্মৈ মায়গৈ লেপ্লেদো।।
পাণ্ডব মণ্ডাদুবুনা নোংমা নোং-মৈ য়েংথিরক্
হাইনা হুম্না লেল্লক্লে দুর্যোধনগী মিৎলৈরক্।।
য়োম্বা লাম্বা হৈতবা পাণ্ডু-ই লীক্লাং অচোয়বা
পাণ্ডব মণ্ডা অদুগী য়াইবি মিরেন্ কোন্নবা
য়াইবি চূপ্লেন্ তেন্ মণ্ডা ঈরাৎ চবান্ লাংদুনা
থল্লিবসু মহাক্কি, লেল্লি সূম্না কর্ণনা।।
চৌবরগী হাক্তক্তে পাণ্ডব মণ্ডা অদুনা
কৌরবশিংগী মফমদা হায়নখিবা ৱাফম্না
কুমজা তরানিথোইনা উমংলোইবু শক্লুনা;
হৈবোঙ্ কাংগ্রৌ চীন্দম্না, উহৈ-ৱাহৈ নোংখন্না
হিংচাবনা কয়া'মা হিংচাবীনা কোঙ্গাই'মা
কয়া কয়া মায়োক্ য়া লেল্লে 'সূম্না অসুম্মা।।
ঈনুং মমৈ ৱায়রসু ঈনুং কাণ্ডবী তন্ন তান্
মালেম্ লৈমায় শাংজ্রাংনা উমং-ৱামঙ্ য়াহীপ্তান্;
লাংহৈ কুমজা অমনা কৌরব কনা খণ্ডহন্দা
ৱানা কে-কূ লোৎলুরে মস্য লল্লেন্ বিরাট্টা।।
অসি'পূম্বা লোইদুনা পাণ্ডব মণ্ডা অদুনা
হায়নখিবা মতুংইন্ 'চন্বা ৱাখল্ ম্রাঙ্ওইনা
কুরু নিংথৌ মকা তম্ লৈপাক্ হুল্লো হায়রুরে।।

## কুন্তী-কর্ণ

মিহৌচাউবা দুর্য্যোধন্ মিহৌরক্লে লেপ্লক্লে-
"কুরু লান্ফম্ নত্তনা য়েত্তুম্ মতোন্ ওংজবা
লৈরীক্ মরীক্ অমফাও" হায়রে, ঙক্লোই হন্দোক্পা
ব্বাফম্সিনা লংজিন্ ওই চাম্মা মঙা অনীদো
নাম্মা নাম্মা তাদুনা লান্গী মীচঙ্ খোয়্নেদো।।
হিংনয়াইগী লান্ফম্দা নাপন্-ময়াঙ্গী কারবা
কৌরব শাগে কোক্লেম্না, ব্বাফম্সিদা য়েৎলুবা
মখূড়াতোন্ বিদুরবু মখোঙ্পাক্লা তাহৎলে,
তাম্বোক্পীরে বিদুর লান্গী মৈরী চূরক্লে।।

মতাঙ্ অসি ব্বায়বদা, মালঙ্ নোংলম্ তাইবংমক্
অহূম্ তূনা উরবা ব্রজগোপাল্ মশামক্
লাঙাও খাম্গে নীংলক্লে, হস্তীনাদা লেঙ্লক্লে;
মনেম্ কুন্তী নীংশিংলক্ নূরাই মরান্ তম্লক্লে।।
হায়নরিবা ব্বাংলেন্দো কোরৌ পাবোৎ লোন্দুনা
নারন্ চীংখোঙ্ ব্বায়রক্পা, তময়া কোরী চেম্বনা
লম্জাও তাবা কাওরেন্সু কোঙ্গল্লক্পা মতম্নি।।
মহূম্ পোঙেম্নুংদুদা নুংঙাই খেঙোঙ্ লাংলনি
সূম্না খন্না পাইনরি চেক্লাই কাঙ্লূপ্ মখৈসু
মাগী মাগী পোঙেন্ তম্ কোরৌ মৈশা লাংনসু।।
অহীঙ্ কোয়না চাক্তাবা লম্জাও খোম্না য়ায়রেক্পা
শাগী কাঙ্লূপ্ মখেনে, উচেক্-ব্বায়া অপূম্বা
ঈনুং লৈমা থিরক্লে, চিরোন্ মখোঙ্ পান্দুনা
ঙম্না মখে লাংলক্লে।। ময়ুম্ মকোন্ লৈবনা
ঈংনা চীক্লা মরেল্লি, মকোন্ শাবা হৈত্তবা
কয়া অমা অদুনা য়ায়রেক্ উরোং মুন্নবা
হৌনশানি চেক্লাশিং, মহোয়-মশেন্ লাউনবা

## কুন্তী-কর্ণ

ওইরে থৌদৌ অঙকৃপা, উরক্-ৱারক্ নিঞ্জবা
হারি নোংনাং কৈদৌনি? থাবল্ লৈরাং থাবল্লে,
পূক্স্ত্রী মপান্ কবোক্লে শাৎলিমখৈ নুংশিরৈ,
থঙ্লেন্ থাজ লোয়ুম্বা শাবি মাঞ্জ পাম্মুবা,
নুংশি খূদোল্ তম্নবা লৈরাং লৈহুন্ তম্নবা
ৱাংলেন্ অদু য়ৌরবোই, লিরি হুম্বা মালঙ্দা
কাইদ মপাউ তম্না চেন্ নুংওন্ ঈরা চাইবদা
খম্‌গোন্ মথি ফোংনরে; লৈনম্ য়ুম্‌থাঙ্ য়ৈরক্লে॥
কোয়না চেন্না শান্নবা পারী মমোম্ চেল্লক্লে
মোংবা মবান্ তম্নক্লে, মমাই থাদা কোল্লরে॥
মান মান নীংজবা চীংঙু খোয়ুম্ মসুংলাং,
য়ুম্বূবেম্বী কয়ানা উচাল্ মৈরা শীংদূম্ লাঙ্
থৌনি থৌরোল্ শক্তুনা লাইনীং পরৈ চেৎলক্লে;
খোইজু-লৈখাম্ থাদুনা তীম্মু-লাইমু তাল্লক্লে॥
অসিগুম্বা ৱাংলেন্দা হুরি মাসু থুংলরে,
নূরা কুন্তীই মরান্য়াই লাইর খাংপোক্ শঙ্দুদা॥
লাইবক্ চাউবী কুন্তীসু ঈনুং লৈমৈ মকাদা
ঈরাৎ-থৌনি লোইদুনা পারী মঙাই ৱাখল্দা
ৱাখল্ লংজিন্ পূন্দুনা পিরোই অহীক্লরম্মী;
মিৎলূ ঈরা ঈকঙ্দা মদোম্ তরক্ হিংলম্মী॥
অদুঙৈগী থৌদোক্‌শিং মঙ্লান্ ৱাখল্ ঈরোঙ্দা
ঈরাক্লনা লেল্লম্বী নূরাই মতৌ উবদা
কৃষ্ণে পাইমা উন্‌গোইনুং-"লৈত-লায়রা ৱাখল্না,
চাক্‌থুং-ফিথুংদবদৈ কুম্বি-কালেন্ থিদনা
ফক্লাঙ্‌গুম্না ওন্নবা লোইবি লোম্মায় কাদুনা
মৌবী পোপ্তেক্ মরক্তা তুম্বৌ শৌজিল্ খোঙনেৎনা
খূয়া মৱাক্ চাম্মখৈ, লৱাই কোয়ন্নেন্ তঙ্মখৈ

## কুন্তী-কর্ণ

শদৌ শৌজিন্ লোন্দুনা অনা হেশোল্ লাংমখৈ
লাংবন্ নুংশা মায়োক্-য়া ইঙেন্ নোংলেন্ নোংনংনা,
পামেন্ শীংজা লাংদুনা, তরা কৈথেল্ কাদুনা
অয়ূক্-নুংদাং অনীদা চল্লৌ-মথেন্ তন্না লাঙ্
থঙ্লেন্ মতেঙ্ য়াউদনা পারী মমোম্ মসুংলাং
ঝাদশিন্না কেন্নবী লুখ্রাবিদি শক্হেন্বী
থোইরেন্ থোইনা থোইজবী তোলেন্ তোন্না তোঙবী
পলেম্ ওইবীশিংদুগা 'দুগদদি কুন্তীদো
পাবা লাক্পা য়াগদ্রা ?" অসূন্নবু খল্লিদো।।
কৃষ্ণে ঝাখল্ পল্লেপ্লে, লাংবন্ থোইরেন্হীগুম্বা
কোলোয় মপাউ অথূম্বা পাইমা নুংবু নুংওম্বা
য়াবা নাতে কাঙ্লক্ই, চিংনা য়েংনা মনেম্দো,-
"ইনেম্তোন্গী ঝানীংঙাই মতম্দুদি হৌপ্রেদো
নঙ্গী পাবী পাণ্ডবশিং য়োন্দ্রি কনাই মকাদা;
মহোয় মঙা অদুনা য়েন্নীং থাগী থায়ায়দা,
নাপুংবদি হৈনৌদা চেক্লা'মুবী কোকিল্না
মকুম্-মথা ওইদুনা মখৌ পোঙ্না খোংদুনা
তরেচ্ছুবা খোম্থাং-ও অনী মরী তিন্দুনা
মপূই কোলোয় শক্পগুম্ অচূম্বগী নাইওইনা'
কুন্থি কালেন্ পারক্পা লাংহে কুন্না কুম্দম্বা
তরানিথোই উমংলোই হৈবোঙ্ কাংগ্রৌ চীন্দম্বা
উমং-ঝামং য়াহীপ্ তম্ ঈনুং কাঙ্বী তান্দুনা,
হিংচাবও হিংচাবী কয়া অমা লাম্থেংনা
লেল্লক্পসু লোইরেদো।। লাংহে কুম্জা অমনা
কৌরব কনা খঙ্হন্দা কে-কূ শরী পল্লেপ্না
লোৎলুবসু ফোঙ্লেদো।। অশোয়-অঙাম্ নংদনা
লাক্লনিনা শোয়ররোই।। অসি ঝাফম্ লায়বিদা,

কুম্জা অসুক্ কুইববু ইনেম্তোন্না অসিদা
মতৌ করম্ লেল্লক্পা তল্লো তাসি হান্নদুম্
ঙাইরি নচা মঙাসু ঈখৌ লাংনা মদুদুম্।।"
পলেম্ ওইবী কয়াগী খোল্লাং ঈরী ঈখায়শিং
মায়োক্লবা নাবানা কিদবগুম্ লম্শাশিং
অমহিক্সুং নূরাদো, মমোম্ ওইবী কয়ানা
মমাই তম্পাক্ য়ৌবদা মপূক্লীংদি নুংনৌনা
অহীক্লনা কপ্পগুম্ থম্মোয় কায়বা ব্বারীদো
অদুঙৈগী পুক্নিগী, মথঙ্ মথঙ্ লীরেদো
ঙসি ময়া-ই কাদুদা কুন্ত লৈরাং লৈমদো,-
"মালঙ্ নোংলম্ তাইবংপান্ মরোল্ অহূম্ উরবা
তাইবং মপূ নহাক্লি, ননেম্তোন্গী অব্বাবা
ঙসি ইয়া-ই নফম্দা লৈয়েং অসি খত্তুনা
করম্লবু তল্লোগে? পারী পাণ্ডব মঙানা
চংখিবদৈ ননেম্দি নখূড়াতোন্ বিদুরনা
য়োক্পীদুনা লেল্লক্ই।। অদুদগী কুইদেনা,
পূক্ফত্তবা দুর্য্যোধন্ শিগৈজন্গী খোঙ্পাক্লা
মখূড়াসু তাম্থোক্খ্রে।। অদুদৈদি ননেম্না-
মপূক্ পায়বী চাক্লীবী, উরা মোন্খাঙ্নদুনা
লম্জাও য়াহীপ্ তাল্লিবী, মাগী কনা উদ্রবা
মহোয়দুগী পান্দম্লাক্ লৈরক্ কোন্নাং অপূম্বা
ইকায়-ইকী ব্বাংমা লান্ নিরা -হূল্লা লেল্লুবা
ফত্তেদকো দুর্য্যোধন্! মীফত্তবা য়াইতম্বা !!
পারী ইচা মঙানা লাক্লবদা কুন্তী ঐ
হিংলোই ব্বাফম্ খল্লবোই থিংবীখরে ননেম্ ঐ,
তুরোইনবা খোঙ্ফম্মা নিজবদো ননেম্মা।।
ইহাক্থক্কী কৌরবনা,- "কনাগুম্বা মহাক্লা

নিংথৌ য়াথং ৱাংমা-লান্ তীল্লাং খোয়জঙ্নদনা
মিরেন্ হূক্চান্নদনা, হেক্সাই নোংমাইনদুনা
মঙা পোক্পী কুন্তীদা নিজ-পোৎলম্ পোত্তন্বা,
অৱাবদা ৱাবীবা করি নোংদা থোক্লবা
শাগৈ তক্লা খোম্দুনা ঙবোং খাউদা নম্গনি
লাইজ ঈরোন্ চন্দুনা লেপ্লে ঙামি থেম্নি;
কৃরাও হংলাক্ চন্দুনা লীচৈ কারল্ লাক্কনি।।"
-'সূম্বা য়াথং তাউদুনা লায়রবীবু থিংবীরে,
অদুদৈদি ননেম্সু চাক্লী ফি-নি চত্তরে।।
কৈশূম্ শঙ্লেন্ নুংদুদা তাইবং কনা উদনা
নোংম নোং-মৈ লাল্লুপ্ তম্ তরা চেঙ্জেন্ কক্কুনা
খরাইথক্কী লেপ্লেগুম্ য়াইবি মৈরৌনবনা
শাফদবোই খল্লিদা, থোইনা হেন্না মদুনা
ননেম্তোন্দি কুন্তী ঐ।।" হায়ন হায়না নূরাদো
মিৎলূ ঈবা থিংঙম্দ্রে, হন্না মখা মতাইদো,-
"থৱায মিরেন্ পোল্লাংসে- শব্দা উন্না কৃপ্পা,
নমু হক্চাঙ্ ওইবনা হিংঙি কনা চাদবা?
'দুনা ননেম্ কুন্তীসু পারী পাণ্ডব মঙানা
লাক্ ফাওদদি হিংখিগে কহ্নাই, অসূম্ খন্দুনা
অহীঙ্ তাংলৌ চায়রক্পা ঈনুং মমৈ ঙাইদুনা
তাউবা হূয়থৌ মরক্তা কিনা কিনা ননেম্না
তবা কৈথেল্ থোক্কুনা পোৎয়োন্ফম্দৈ তাহৌবা,
চেঙ্, হৱাই, অতা-অতু, মনা-মশিঙ্ অপুন্বা
খুল্লা চারা লেম্বনি তম্লুবদা লোইররোই।।
দুর্য্যোধন্গী ফত্তবা শীংথাদুনা লোইঙল্লোই
মানা ঐবু ওৎপসি ঙল্লোই কনা খাঙ্ল্লোই
লৈয়েংসিদা খৎঙম্দ্রে- তাইবং চীঙ্গাক্ লাল্লবা

কুন্তী ঐগী থরায়দো থৎলি মানা ফত্তবা;
য়েংদে শম্না মফৈ'মা ননেম্ য়াইবি তন্না খাক্
য়াইবি মিরেন্ হুক্তবা শিগৈজন্ ও শিদুখাক্
মীথীবোংদি মিতম্বান্ লীশীঙ্ তরা অমনা
লীশীঙ্ মঙা খূজীং ওই ঈনুং তাইবং খাক্তনা
তরা কৈথেল্ অদুসু তরা চাক্শীন্নদুনা
লাইবক্ থীবী ইহাক্থক্ মীৎকূপ্ নাহুম্ শেন্দুনা
শঙ্হন্খরে মীরৈহৎ কুন্তীহ য়াইবি শিঙ্নরা।।
মতৌ লাংওন্ অসুম্না তরেৎনি চফম্ হেন্না
চাক্না-বানা লেম্বনি।।" অসি হায়রে মকপ্না
কপ্পতনা শিঞ্জাং ওই নূরা লৈরাং কুন্তীদো।।
"অদুদগী ইনেম্তোন্! করম্দৌরে হায়রোদো
মখা অমুক্ থীল্লনু তল্লো তাগে নয়াদা,
পূক্ফৎত্রবা দুর্য্যোধন্, কৌরব শাগৈ খাক্রোইদা
লম্মল্-খুন্নীং মৈরীনা থম্মোয় মৈহুম্ মৈচূরে।।"
কৃষ্ণ অসুম্ পাউমেল্লি, কুন্তী মখা তারক্নে,-
"অদুদতা ননেম্না চাদবনা পূক্ পায়রে
খৌরাংবনা চরম্ কং থম্মোয় খূদূম্ শুজরে;
ওসি কুন্তী ঐহাক্কী চরী মানা তৎলফাও
হাম্ফোইনবা মিরেন্সে পারী মঙা লাক্পফাও
হিংব্রদদি য়েংখিগে!" হায়দো'সুম্না অওইবা
অদুদগী ইবেম্মা, তাইবং চীঞ্জাক্ থাদ্রবা
হূইদ্রতনা হৌজবা তল্ চজীক্ মচেৎ'মনী
কৃষ্ণে মাঙ্দা পুথোক্লা,- "মসি-চারা লেম্বনি,
ওসি কুন্তী ঐহাক্লা হিংলক্লিবা পাণ্ডবকী।।"
অসি হায়রে মকপ্পী, লৈতে কনা মহাক্কী
খল্লে 'সুম্না ইবেম্মা, মঙা কোম্বী লৈমনা।।

## কুন্তী-কর্ণ

মালঙ্ নোংলম্ তাইবংপান্ মরোল্ অহূম্ শেম্‌দুনা
মানা লীলা উৎলিবা ব্রজগোপাল্ মহাক্‌ফাও
নূরাই বারী লীংবুন্দা মথম্মোয়দো তূনা ফাও
কায়দে হায়দা মখাক্‌ই, মিৎলূ ঈরা অদুনা
মিৎমা থম্বাল্ লকাদা নৌনা ঈনোৎ কাবনা
লাইজ ঈপাক্ ঈয়ায়দা ঈনুং ঈরা নংদুনা
লৈকা চোইনা কেল্লবী লীংঙেল্ মাগী কোলোয়না
চাম্মনীপাল্ লৈরাংলেন্ লাইজ থম্বাল্ লৈকানা
লীংনজবা ওম্‌জদে পারুবনা কৈদৌনি?
মতীক্ মাগী বাত্তবা তাইবং মপূ হরিনি,
অদুগুম্বা হরিমক্ নুংনৌননা নুংহীক্লা
মনেম্‌তোম্বু চিংনা য়েং, চিংন-ঈথক্ লাংদনা
লাংবন্ খোইরেন্‌হীগুম্বা য়াবা নাতৈ কাঙ্‌দুনা
পূকথেল্লকই মনেম্‌দো,-"ইনেম্‌তোন্-ও বানুনা!
মীওইপোক্কী পুন্সিদি লাইজ ঈপাক্ ঈয়ায়গী
ঈরীক্-লাইজ কোংগোন্‌গুম্ পুন্সি অকা অকূম্‌গী
অবা-নুংঙাই ঈপাক্তা পুন্সি জগোয় শাবনি।।
অমুক্ চাউনা কাগনি লীক্লা অমুক্ তাউগনি
মালঙ্ মাগী পোইরৈ ইন্ ঈথক্ চীংদূম্ মায়োক্ য়া
মীৎকূপ্'মগী পুন্সিসু মপূই থৌদাঙ্ তন্না য়া।।
অদুননে ইনেম্‌তোন্, ঈথক্ ঈরাও লেপ্তবা
ঈচেল্ মাগী অকম্বা তোরৈ তূথূপ্ অপূম্বা
থাদোক্‌ফদে বাংলেম্মা হৌগ্রবসু লোইনবা।।
অচুম্বনা শক্লাইবা লৌনম্ লীচৎ চত্তবা
য়াম্মুঙ্ অহল্ যুধিষ্ঠীর, য়াংলোই মনাও মরীসু
থীল্লরোইদো লাক্লনি কোক্লনিদো বাবসু।।"
কৃষ্ণ বাফম্ তাবদা নূরা লৈরাং কুন্তীদো

## কুন্তী-কর্ণ

মায়থোঙ্ থম্বাল্ শাৎকায়রে ব্রাক্‌চীং লৈরাং শীংনৈদো
পাইমা নুংবু নৌরক্‌ই; অদুদতা ইবেম্মা,
হরি মানা লেঙ্‌লক্‌পৈ মরম্ খিবিক্ অদুমা
হংলে নূরা মহাক্না ওসি ময়া-ই কাদুদা॥
থোইরেন্ পূক্‌চেল্ লেপ্লবী নূরা কুন্তী-ই মগাইদা
তাইবং শেম্বা মপূদি কৃষ্ণ হায়বা মানদা
শীংঙেল্ লৈরাং পান্দম্‌গুম্ কাংগাংনবা চীম্বান্'নী
খোইরুম্ মোমোন্ চন্দুনা কোলোয় মপাউ তম্বনি,-
"ইনেম্‌তোম্বু-হন্দক্নে নয়া কৃষ্ণ ঐহাক্না
ইনেম্ নাক্তা লাক্‌পসে য়াম্‌খ্রে মরম্ ওম্বোক্না
ব্রাফম্‌দুসু লুখরে, তাইবং কনাই মকাদা
অচুম্বদা মায়োক্ য়া মথৌ মাগী পাঙ্‌বদা
অয়োন্-অরান্ য়াব্রা ঙাক্ হোয়-মাই মক্তা হায়দ্রবা
থম্মোয় নুঙ্‌দূম্ ফুম্‌দুনা, খোইজী কিশি লাংদ্রবা
পাথৌ শিংখোঙ্ অহাম্বা যুধিষ্ঠীর য়াম্নুঙ্‌দো
য়াংলোই মনাও মরীনে শম্লাং অমা চোইদেদো
চৌববগী হৌনবী লোইনা ঙম্না ঙাক্লিদো॥
অদুদগী য়াম্নুঙ্‌না, পাণ্ডবশিংগী লৈপাক্তো
হায়রুই পীরো হন্না'মুক্'দুবু তোল্লি ইনেম্‌তোন্,
পূকফত্তবা দুর্য্যোধন্ য়েক্লা চমন্ ঙম্না তোন্
য়েক্তুম্ মতোন্ লৈরীক্‌ফাও কুরু লান্‌ফম্ হান্না তোন্
হায়রে পীরোই পাণ্ডবতা, য়াদে মনাও অতৈসু॥
অসি ব্রারোল্ লৈবনা পারী পাণ্ডব মঙাসু
হূয়েন্ লাম্লোং অরুবা শেম্বা শাবা লোইদুনা
লৈহৌরেনে ইনেম্‌তোন্, 'দুনা নয়া কৃষ্ণনা
মায়গৈ অনী য়েংদুনা তাইশিন্নবা য়াগদ্রা
খন্না লাক্‌পা খোঙ্‌ফম্লি, খঙ্‌দে'দুবু শোয়রদ্রা?

## কুন্তী-কর্ণ

কুন্ত লৈরাং কুন্তীদো, মায়থোঙ্ মঙা তন্না লাঙ্
ইন্দ্রপ্রস্থ মরল্লেন্ নৌহৌননা ফম্বাল্ লাঙ্
লৈপাক্ ঙাক্লোন্ চুম্লীবু পাণ্ডবশিংনা পায়দুনা
অচান্ মীরায় নাইদনা ঐগী মাগী খাক্তনা
লৈঙাক্লনি অমদি; নাপন্ য়াইথোঙ্ লোন্দবা
পূক্ফত্তবা দুর্য্যোধন্ করি লৈতে খন্দবা
মীপোক্ মীহিঙ্ লাংলবা হিংচা য়াইতম্ মখূত্তে
লুরুক্লম্বী নূরানা লৈপাক্ মীয়াম্ মমাঙ্দৈ
তাংজ মায়থোঙ্ তন্না হাং কৌরবশিংগী মমাঙ্দা
মোমোন্ মায়থোঙ্ য়াকা তম্, লৈপাক্ চোন্না তিম্বদা
লেম্নজগে খল্লম্বী মঙা কোম্বী লৈমদো
ময়া-ই য়াম্বা মপাউদা তাক্লরুবা লৈতেদো
খূদৈ-ফিশাং তাবগুম্ উতিংবগুম্ তারেদো,
থম্মোয় খাম্বি তন্না হৌ চাক্লে নূরাই থম্মোয়দো।।
মতৌ লাংওন্ অদুদা ওইরে মতৌ অঙক্পা;
যশোদাগী তম্ফায়াই তম্ফা খূদোপ্ পূম্নোবা
হান্নগুম্না অমুক্সু য়েংনা চিংনা মনেম্দো
ৰাগী লংজিন্ কাঙ্লক্ই, অদুদতা নূরাদো
ৰাখল্ লৈখাই তাদুনা কোলোয় মপাউ মেল্লক্লে,-
"কহাই 'দুদি কম্দৌনি! ননেম্তোন্দি পাখৎলে
তাইশিম্ববু য়াগদ্রা খল্লি করি কহাইদি?"
নূরাই য়াম্বা মপাউদা তরেৎ তরা থোক্লদি
হেম্লক্ খল্লে কহাইসু; ফাদে ৰাংলেন্ অমবু
অদুঙৈদে থুপ্লক্পা ৰাফম্ লংজিন্ অমবু
খল্লে কাঙ্গে কহাইদো,- পোরম্ অমা কাঙ্বদা
অনী চাবা পান্দল্লাক্।। মালেম্ লৈকোয়বুঙ্সিদা
মমাই খোজুন্ লীরিবা কর্ণে মমা ফোঙ্দুনা

## কুন্তী-কর্ণ

মশাই মখৌ পাণ্ডলগে সূম্না খন্না কহ্নাইনা
তারে মখা থীন্দেদো তান্না খোঞ্জেন্ খোন্ফম্না,-
"করিগুম্বা ইনেম্তোন্, চান্মা মঙাই মৈরীনা
অকী শক্পান্নরবা হুয়েন্ লান্দম্নদুনা
কুরু লান্ফম্ লময়ায় কা ভারত লাঞ্জাও খোক্লবা,
চান্মা মঙা অসিবু করম্বনা মায় পাক্পা
পাম্বীরিবা ইনেম্দি ! অচুম্ অরান্ য়েংদুনা
য়াব্বা নাতে কাঙ্বীযু থীল্লে হায়রো ইনেম্না?"
"খুম্নি করম্ কহ্নাই-ও হায়গে তারো শক্হেন্বা!
শিল্লম্ মাগী শক্খঙ্না শিঙ্খোং খঙ্না শিঙ্খাবা
'চুম্বা কৌবা লাইমক্লা পুন্সি খোঙ্ফম্নরবা
পাবী পাণ্ডব মঙানি।। হন্দক্ ভারত লাঞ্জাওসে-
পারী মঙামক্লবু থেংত্রবদি পজেঙ্সে-
চীংঙু খোয়ুম্ মসুংলাং অব্বাবনা লল্বোইবা,
ঙসি কৌবা নোংসিফাও নুংঙাই শকক্ থুংদ্রিবা
পুন্সি মঙা অদুম্মক্ পুন্সিসিদা পুন্সিগী
খুদাং পিফম্ তৈদুনা পলেম্ ওইবী মহাক্কী
খোল্লাং ঈরীক্ অমগী ঈখায় লম্মল্ মচেৎ'মা
শিংবা কৌবা ঙম্দনা লেল্লসনু অদুম্মা,
পুন্সি পিরোই অহীক্লা পিখম্নবা খোঙ্ফম্দা।।"
নূরাই মিৎস্না অনীদি লাইজ ঈনৌ তাবদা
মপূক্ থম্বী তুরেন্গুম্ মিৎলূ লাইজ ঈকঙ্দা,
মাঙন-য়াব্বা নাতে কাঙ্ নুংঙাই-য়াইথোঙ্ কক্পগুম্
'সুম্বা য়াব্বা মপাউনা মেঞ্জে নূরা মঙ্লান্গুম্-
ঙসি কৃষ্ণে মাঙ্দুদা মায়থোঙ্ মঙা ফাওরক্লে
পলেম্ ওইবী-ই পাইমনুং শীংনাইদনা কুবিরে।।
নূরাই মপাউ তন্না ওক্ মায়থোঙ্ থাজ-খম্বাল্দো

## কুন্তী-কর্ণ

লাইরেন্ খয়াৎ তারম্দাই ৱানা চাক্লা হেন্বদো
অৱাবনি য়েংহৈদ্রে মুশুক্ মুনা কাহৎপা
নোংদোন্ থাজ কোরৌগুম্ লাংলে তন্না শক্হেন্বা,
মীওইপোক্তা ওংলুবী কুন্ত লৈরাং কুন্তীনি,
খঙ্গদে নূরা মহাক্তি লাংশিন্নবা মায়থোঙ্নি।।
লাংশিন্নবা মায়থোঙ্না,- "ওইনি অদুম্ থোক্কনি
খল্লি ঐসু অদুমক্; ইনেম্তোম্বু অদুদা,
থৌদৌ মতা অসিদা হন্দক্কীসি পাণ্ডবতা
থাজদেদা পজেঙ্গসে! ওন্থোক্লসু ৱাদৌরি
অদুমক্পু ইনেম্তোন্, পান্বে'মদি মরৈরি।।
অদুসুনে ইনেম্গা তান্নদ্রদি লংজিন্দো
থোক্লোইদবা ওইবনা গুসি নয়া লাক্লিদো,
ভারত লাঙ্গাও লম্য়ায়-কা হন্দক্কীদি খোঙ্ফম্সে-
পাণ্ডব নচা মঙাগী য়াইবি মিরেন্ মঙাসে-
উন্বান্থাগী হৈরাঙ্গুম্ মনুং মতম্ চাদনা
হৈজেৎ-হৈগায় তাহন্দা' হাম্চৎ হান্ফোইহন্দনা
তৃবৃম্ অমা তত্তবা পান্নবদি ইনেম্বু
সনা হৈরু মঙাগী মিরেন্ মঙা অদুবু
পাম্জ-পোৎলেন্ শক্কুনা নিরুদ্রদি মাগী কা
উদে পান্বে অতৈ'মা।। ইনেম্তোন্না মাগী কা
নিরুদৌনি অদুসু 'সিনি য়াম্না লুরিবা!
অরাই' মীশক্ অমনা পোৎলেন্দুবু নিরুবা
ফংলোই হেন্নক্ তরাইনা মরৌ-খরা থাংদৌরি।।"
অসৃম্ ওইবা য়াৱানা শেন্না শানা পাউমেল্লি।।
মবুংঙোগী য়াৱাদা লৈরাং লৈরেন্ কুন্তীদো
উন্নংলবী পামেন্গুম্ তুরোইনজৈ খোঙ্ফম্দো
নুংহীক্-নুংদম্ কপ্লেদো তুরে তারে লৈমায়দা।।

## কুন্তী-কর্ণ

"'বুংঙো'দুদি কম্‌দৌনি! পারী মঙাইদমক্তা
মহাক্কুগী মকাদা ইখোঙ্‌ থোংনা চত্তুনা
মখোঙ্‌ পায়না হায়জগে, থব্রায় অসি কৎতুনা
পারী মঙাই মিরেন্‌ শক্‌ ওইগে মীনাই নাইথাংদো।।"
হায়রে তোক্তে কপ্পদি।। মতৌদুদা হরিদো
থাজ মায়থোঙ্‌ মোমোন্‌ চন্‌ থেম্‌জে হন্না মনেম্‌দো,-
"'দুদি ব্রানু ইনেম্‌তোন্‌, লায়রে'দুদি মখাদো
পোত্তম্‌দৌবা মীশক্ত্র থোইনা লাপ্পা নত্তেদো
মহাক্কুসু তাইবংদা মতীক্‌ মঙান্‌-মনায়দো;
অদুগুম্বা মহাক্তো মথৌ খঙ্‌বা পাথৌনি
য়োক্‌পা, কম্বা, পাদাম্বা পীনহৈবা লাম্লোইনি
মনাই চাম্বা মপূনি, ঙাক্‌পী হৈবা মহাক্লি,
পুম্লিসিদা কবি নোং।। অদুগুম্বা পাথৌদো
কনাগুম্বী অমথক্‌ থিবি নোংমা কাংদেদো
হৌজিক্‌ফাওবা ফংদরি, লোৎলি মহাক্‌ অদুসু
খঙ্‌না তাক্তে মাঙোন্দা চীম্থাঙ্‌ লান্না ওইনসু।।
পাণ্ডব নচা মঙাগী য়াইবি মিরেন্‌ কোন্নবা
য়াইবি চূপ্লেন্‌ তেন্‌ মঙা মহাক্লিদো থল্লিবা।।"
হন্দক্‌ কৃষ্ণে ব্রাফম্‌দা কুন্তী-ই থম্মোয় থঙ্‌ পান্‌খি,
হান্না কায়না লৈরবী নূরাই থম্মোয় নীক্‌চখি
নীক্লীক্লবা খোন্‌ফম্‌দা মেল্লি মপাউ মিপাইনা,-
"লোৎপীরনু হরি-ও! ননাইনুবী ননেম্না
চিংন-ঈথক্‌ লাংলিবা মীশক্‌ অদু তাক্কুনা
অশেঙ্‌বতা তাক্‌পীরো পেঞ্জরগে থম্মোয়না।।"
নূরাই য়াব্রা মপাউদা তাইবং মপূ হরিদো
মায়থোঙ্‌ থাজ থম্বাল্‌দি হান্নদগী হেল্লিদো
মকা লাম্না শাৎলবা চাম্মনীপান্‌ থম্বাল্‌গুম্‌

## কুন্তী-কর্ণ

মোমোন্ মোমোন্ নোক্তুনা মেল্লি মপাউ হান্নগুম্,-
"অতৈ কনা নত্তেনে মীশক্ অদো ইনেম্তোন্,
অতোন্ শাগে ঙাইৱোইবা পুন্নমক্তে ইতোন্ তোন্
অঙ্গ লল্লেন্ মবুংঙো, পাথৌ নহা বৈকর্ত্তন্
পীবা, কৎপা, পাদাম্বা, কর্ণনিনে বৈকর্ত্তন্।।"
ৱাংলেন্দুদা কুন্তীদো নূরাই খোঙ্ফম্ শোয়রেদো
মিৎলূ ঈরা ঈনোৎ হাপ্ থম্বাল্ মাম্বী মায়খোঙ্দো
হুমাং লৈরিক্ কাবদি ৱায়দা থোইনা ফজবী।।
নূরাই মপাউ তাবদা ঈনুং ঈরা নংঙকপী
নোপ্পা হাইনা খাঙ্লকপী শীংঙেল্ থম্বাল্ লৈরাংশিং
লুরুক্লনা মায়খোঙ্ লাং চোইরে ঙম্না লৈকাশিং
লাইজ ঈপাক্ ঈয়ায় কা কেন্নরেদো মসুংলাং
হরি মাসু লেপ্তেদো মেল্লি মপাউ তন্না লাঙ্,-
"হায়রি' নহা অথৌবা, ইতাও পার্থে য়েক্লবা
লাল্লোই তাম্বা কর্ণদো লৈতে মানা পোত্থাবা
থিরি পলেম্ অপোক্পী খঙ্নীংবনা পলেম্মক্,
মাগী কাদা চঙ্জবা তাইবং মীপূম্ খূদিংমক্
মানা কৎপা ঙম্বদে মাগী মাগী অপাম্বা
য়াইফ-পোৎলম্ পুদনা হল্হন্খিদে অথৌবা
নীবং কায়না চৎহন্দে।। করি অমুক্ হায়সিবা-
য়াইফ-পোৎলম্ কৎঙম্বা থোইরেন্ থোইবা অথোইবা
'সুম্বা কোলোয় মিংলেন্না শাৎলি তাইবং অসিদা।।
মাগী কাদা নিরবা পোৎলেন্দুগীদমক্তা
শরী মাগী ঙাক্লবা মথ্থায়দগী হেল্লবা
মশামক্কী মপারী বৃষকেতু য়োইহৈবা
পারী নৱা অদুগী লৱাই কোয়রেম্ছুক্তগী
পাংগী হোরায় তন্না থা য়াউই লৈমা মহাক্কী;

## কুন্তী-কর্ণ

পান্নী হক্চাঙ্ অদুবু মখূৎমক্লা লেন্খিবা,
হক্চাঙ্ তংখায় অদুনা ব্রাহ্মণ্ কাদা কৎখিবা
'দুগী মিংচৎ অদুনা মালঙ্ নোংলম্ তাইবংদা
সিনি হায়বা খাক্তনা ঙান্খি তোম্থিন্ মথন্তা।।
হৌজিক্সু পাথৌদো ঈনুংবনা ঙান্দৌবা
য়ুথক্ অমা বাৎলিঙৈ, মমাই মৈনা চাক্লবা
মথম্মোয়দো ফৃক্তুনা গঙ্গা ঈপাক্ ঈয়ায়দা
গঙ্গা লৈমা কৌদুনা য়াইফ-পোৎলম্ চিখদা
পলেম্ মাগী মসুংলাং থৌনিরিদো লেপ্তেদো।।
অদুননে ইনেম্তোন্, কর্ণ মাগী পলেম্দো
করিগুম্বা খঙ্লদি ইনেম্তোন্না তাক্লুদা
পোৎলেন্ শোয়রোই ফংনিদো।। কৃষ্ণে বাফম্ খূদিংদা
কুন্তী মাগী মথম্মোয় চেঙ্খৈবগুম্ নীক্লক্লে।।
তাম্না মাম্বী নূরাগী খোন্ফম্দুসু ফাইরক্লে,-
"কদায়দগী খঙ্গনি, কহাই'দুদি ননেম্দি-!"
খুম্জে সূম্না নূরাদো; 'দুবু কোক্তে মৈচাক্তি
লেপ্লাইদবা ঈরানা মিৎলূ নাপোম্ থূম্মৎলে;
নুংগী মৈচাক্ অদুনা থম্মোয় মৈবূন্ চূরক্লে।।
হন্দক্মুক্তি শোয়ররোই বাফম্ লংজিন্ শৎকেদো
খম্না সূম্না কৃষ্ণনা কাংঙ্গী বাগী মখাদো,-
"অখঙ্ শীংদা চল্লবা মীপোক্ ওংবা খিবিক্কী
শোয়ফদবা মথৌনি খন্নি থম্মোয় ইনেম্গী
অচুম্বসু, অরেপ্পা, নুংশিবসু মসিনি,
পূম্নমক্কী য়াইফবা মসিতনা ওইগনি।।
ফূম্দীলক্সু ওইসনু শাক্তে থম্বাল্ করম্বা?
অদুগুম্বা থম্বাল্দো পোক্পা মহুম্ন য়ান্নবা
মপূই খূয়া থম্বাল্দা কৎকে নীংবা মহাক্লা

## কুন্তী-কর্ণ

থম্বাল্ নাক্তা লাক্লগা ফৃম্দী হূ প্লাং কিদুনা
হল্লি কনা লৌশিংবা? খেল্হোৎ হৈবা ওইনসু
য়েংনৈ কনা খেল্হৈবা খেন্ফম্ শোয়না লাক্লসু?
কবিগুন্বা ইনেম্মা, খল্লো, সিনা চুম্গনি-
শোয়ফদবা নথৌ ওই শোয়ফদনা তাক্কনি।।
কর্ণ মাগী মতীক্পু হায়কদুনা কৈদৌনি?
ইনেম্তোম্না নিকবা পোৎলেন্দুমক্ কৎলক্নি,
লৌনবসু শীন্গনি মায়গৈ অনী কান্ননি
লৈতুম্ অমা লংবদা চেক্লা অনী পাম্বগুম্।।
অসি 'পুম্বা নত্তনা কল্লো থম্মোয় থৌদুগুম্
অঙাম্বদা মম্হল্লা উনা উনা উহন্দা
অমম্বদা ঙাল্হল্লা খঙ্না খঙ্না খঙ্হন্দা
সৃম্না সুম্মক্ খল্লদি পাণ্ডব নচা মঙাদো
হন্দক্ মপোক্ লাংওন্দা "ইমা" হায়না কৌনিদো
থাজকনু ইনেম্তোন্, নীনীতগী পুন্সিনি
পৃক্চেল্ অনী লোঙ্দবী চাক্হেঞ্জবী নহাক্নি
খম্থখোনে ইনেম্তোন্! অচুম্-অবান্ য়েংখোদো,
কুরু শঙ্লেন্নুংদুদা ঙসি মমা পাণ্ডুদো
শঙ্লেন্ লৈতেং ওইবম্বা কবিগুম্বা থোক্লবা,
কৌববশিংগী মমাঙ্দা অচুম্বমক্ শক্লাইবা
পাবী পাণ্ডব মঙানা চাক্থুং-ফিথুংদবগুম্
লম্জাও কোযনা চাক্তাবা চেক্লাশিংগী পান্দম্গুম্
যাইবেক্ উবোঙ্ মুন্নহন্ তৃম্বা-চাবা কাউহম্বা;
নহা ফিমাঙনহম্বা কনাই মতীক্ ওইগবা?
হৌজিক্সুনে ইনেম্তোন্, কোবৌ মশেক্কুন্নবা
পলেম্ ওইবী নহাক্কী মক্পা কৌবা লৈত্রবা
নচা মঙাই মৈদুনা মৈবম্ খঙ্না চৃ-বদা

## কুন্তী-কর্ণ

ঙান্‌গনিনে পুন্সিদো নচা মঙা মাঙ্‌লোইদা
ৱাফম্‌সিদা ইনেম্না, নয়া কৃষ্ণ ঐঙোন্দা
অয়োৎ-অফোঙ্‌ নাইদুনা থম্মোয় নুঙ্‌দুম্‌ ফুম্‌গনু
পাইমা লৌশিং চাউবীনি নাইনু কিশি থাংগনু,
নৎত্রবদি ইনেম্‌তোন্‌, নবুক্‌থোক্কী নপারী
পারী মঙা হাৎপগী কোক্‌ঙম্‌দবা মৈচাক্‌-লী
লম্মল্‌ 'পুম্বা হৈগনি খঙ্‌দে করি-ই ইনেম্‌দি?"
হন্দক্‌ কৃষ্ণে ৱাফম্‌দা থোইনা হেন্না ঙক্‌পদি
মবুংঙোগী মাঙ্‌দুদা কুন্ত লৈরাং কুন্তীদো
লেপ্পা লেপ্‌ত্রে হাইহৎলে তুদে হায়দা খাক্লেদো
নুংগা পান্‌গা ওন্নরে পিরাং মাসু লেপ্তেদো,
ইঙা-ইঙেন্‌ নোংজুনি লায়রবীগী লময়ায় কা
ৱাফম্‌দুবু কবম্না লাঞ্জত্রবা মচাই কা
ইনৌ নৌনা কাঙ্‌গনি! অদুঙৈগী ৱাংলেন্দা
পারী নাৱা মহাক্না নিংথেম্‌ চাংয়েংবুঙ্‌দুদা
মমায় নোংথক্‌ ওন্দুনা পারী-পুরী মসুংলাং
তুরোইনবা খোঙ্‌ফম্‌দা পিরোইননা মায়থোঙ্‌ লাং
ফুম্বংননা লেপ্লিঙৈ ৱাংলেন্দুদা ফোঙ্‌দ্রগা
পাণ্ডব মঙা কল্লম্‌দাই, অচুম্বসু শক্লগা
মশাই ওইজ' থিরম্‌দাই পঞ্চিরম্‌দাই ওইনসু
থোইরেন্‌ পূক্‌চেল্‌ লেপ্লবী নূরা ফনা ওইনসু
নুজা ওইবী মহাক্‌থক্‌ মতীক্‌ করি লৈদুনা
পারীদুনা থিরিবা পলেম্‌দুনি হায়দুনা
কর্ণৈ মাঙ্‌দা শক্‌ উৎনি, ওইদুনসু লান্দবা
অরেম্বনি অরেম্বা, অৱাবনি অৱাবা!
কহাই মাসু মরেপ্তে, চিংনা য়েংনা মনেম্‌তোন্‌।।
হরি মশক্‌ খঙ্‌জবা কর্ণ মাগী লম্মল্‌ তোন্‌

লেল্লক্‌পদো কৃষ্ণনা, খল্লে শিংগে মৌশিংবা।।
শারিঙৈদা ৱৈবগুম্ ৱোংশূ-নহা খূৎহৈবা
মানা পাম্বা মওং-লাক্, পাণ্ডুই লৈবাং কুন্তীনা
ওইবে ৱোংচাক্ হুবিগী, ঈক্লে মৈদা লেপ্তুনা
কর্ণ হায়বা মচাগী মৈফম্‌দুদা মমাদো
হন্ন হন্না ঈক্‌পনি ৱৈনা শানা শেম্মীদো।।

চীংদুম্মদে হৌবক্‌পা লোইবি চীংদোন্ অনীদো
হৌফম্ শাংফম্ তিন্নসু অমদা পূল্লু য়াদেদো
সূম্না মমা মচাদো য়াবোই হায়বা খঙ্নসু
কৃষ্ণ হায়বা মহাক্তো তাইবং মপূ ওইনসু
মেল্লি মপাউ মনেম্‌দা ওম্‌চাক্লবা পাউনা থন্,-
"ঙসি মঙা-ই মমাঙ্‌দা পূক্‌ফত্তবা দুর্য্যোধন্
দুষাসন্নচিংলবা মচীন্ মনাও চাম্মনা
নোংমা নোং-মৈ লাল্লূপ্ তম্ অথোই নাপন্ কাদুনা
লৈখিদৌবি ৱেংখিদ্রা? অদুই শকক্ ইনেম্না
পোক্‌পদগী ঙসিফাও "ইমা! ইমা!!" কৌদুনা
মমাই খোঙ্গুল্ লীবিবা মচাই নাক্তা চত্তুনা
মমা মশক্ তাক্‌পীবা' মঙাই য়াইবি কম্বনা
শোযনাইদ্রবা অচুম্বা লেপ্লাইদনা ওইগনি;
অদুতনা ইনেম্‌গী পাঙ্‌ফম্ থোক্‌পা শিঙ্খানি।।
তাইবং মালঙ্ শাত্তুনা মিংচৎ উবোঙ্ খিল্লুদা,
বৈকর্ত্তন্না পান্নিদো,- হন্দক্ মপোক্ অসিদা
মমাদবু উবদি মন্নাইদ্রবা পুন্সি লান্
পলেম্ মাগী মসুংলাং তাইবং মালঙ্ ব্রাংমা লান্
তিন্‌খ্রবসু পেল্লনি।। ইনেম্‌তোন্না অদুনা,
কায়দে হৌজিক্ ফোঙ্‌বসু; মমাংঙৈদা ইনেম্না

লোৎলুববু থোক্লসু অজ্ঞানিনা লান্দেনা-
অচুম্বনা শক্লাইবা পাথৌদুগী কাদদি
অহান্ অকোন্ নাইদেদো পুন্সি মাগী থোঙ্থাংঙ্দি
থোঙ্ফম্ অমা থেম্নরোই খঙ্নি মহাক্ অদুদি।।"
মীওক্-মীচান্ মীথোম্বা বাথিকাগী থবায়গুম্
শক্চরিবা শক্হেম্বা, মাল্লে মায়থোঙ্ লাংবগুম্।।
কালেন্ ঙাক্ট্রো তুনাম্বী লৈনুং চঙ্না লোৎপগুম্,
থম্মোয় কিশি পরৈ লাক্ চবৈ ফিথুম্নবগুম্
মনেম্ লৈমা কুন্তীগী পাই মনুংদা লোৎলিবা
থম্মোয়নুংগী য়াব্বাদো ব্বাত্তে ঙম্না লোইনবা
ইঙা লৌথোঙ্ অখূবা কুম্শাং ঙায়িন্ তক্পগুম্
তক্ তক্কুনা হংলক্পা খাঙ্লে নূবা লেল্লৈগুম্।।
অদুম্ ওইনা হৌবিনা ব্বাফম্ খূদিং ব্বাঙল্লক্
সূবসেন্গী মোম্নুদো লেপ্লে তম্না ফূম্দীলক্;
পুখবসু হেল্লক্লে লেঙ্বা য়াদে থোঙ্ফম্দো।।
পিরাং মাসু লেপ্লাইদে, থম্মোয়নুংগী য়াব্বাদো
লোৎপা ঙম্দে কৃষ্ণে মাঙ্, নূবাই মাযথোঙ্ মিংশেন্দা
তাইদো ঙম্না মমিদো অদুম্ ওইনা লোৎলিদা,-
"নঙ্দি লোইনা উবনি তাইবং পূম্বে মপূনি
অদুগবু গোপাল্-ও কবিগীদি খঙ্দনি?
পোরম্ নঙ্গী কাঙ্দুনা নঙ্গী লীলা ফম্বাক্তা
তাইবং পুন্সি লম্বেল্গী অকা-অকূম্ লম্দাঙ্দা
তাইবং কূম্মো উৎলিবী ননেম্ চাংবু য়েংবদি
কহাই কবি মতৌনো? ঙসি, ঐনা নঙ্বুদি-
ঈকায় ঈকী থম্নরোই, অসূম্নমক্ ওইনদি
মীনোক্ চাউবা তাইবংগী মীনোক্ মৈথূ মৈশাদি
লাংলোই হায়বা য়াবোইদো মহোয়দবু কিজ্জৈদা

ননেম্ ঐগী পুন্সিসে।। অসুম্ অদুম্ ওইবদা
লৌনম্চাউবা কহ্নাই নঙ, তাইবং কনাই মকা লেপ্
ৱাফম্ অসি কাঙ্থোক্লোই, শরী নঙগী হান্না লেপ্
তাক্কে ৱাফম্ অথূপ্পা।।" হায়না সূম্না নূরানা
কপ্পি হেন্না হান্নদে।। অমরোম্দা হরিনা
নোক্পতমক্ মথংত্তী, মোমোন্ মীনোক্ অমনা,
য়াবা খোন্নাইদরবী মনেম্ থম্মোয় হূদুনা,-
"নুংশিরবী ইনেম্তোন্, ৱাফম্দুবু নয়ানা
অমৈ কাদা কাঙলবা, করি লৈতে খন্দুনা-
ওসি কৃষ্ণ ঐহাক্সে নুংঙাই য়াইথোঙ খূদিংমক্
কক্লসনু নসুংলাং মপোক্ লাংওন্ খূদিংমক্
য়াইফ-কোরৌ মশেক্তা লাংওন্দবা ওহসনু
মাঙজখ্রগে কৃষ্ণ ঐ, - হায়বীরোদা থীল্লনু;
তানীংবনা খোয়রাঙলে নয়া-ই পাইমা উন্গোইনুং,
অসুক্ লুবা ৱাফম্বু হংলুরবা করি নুং।।"
হায়না সূম্না গোপাল্দো নপ্লে ৱাফম্ অসিমা।।
হন্দক্ ময়া-ই ৱাফম্দা নূরা কুন্তী ইবেম্মা,
অয়ূক্ কোরৌ মশেক্কী ঈনুং লীক্লা পান্দম্গুম্
থম্মোয় খেঞ্জোঙ তন্না লাংঙ নৌরে পুক্লীং হান্নগুম্
অদুমক্লা নূরাগী অদুঙৈগী থৌদোক্শিং-
নূবাই মায়থোঙ মিংশেল্দা তারে ওম্না মমিশিং
থোইদীং মখায় তাদনা লীরে ওম্না শুনবা
পারী মাগী কর্ণনা তাইবং মীপোক্ মিতম্বা
ৱারী শীংবুন্ কয়াদো ওসি ময়া-ই কাদুদা।।
ৱাখল্ ঈনুং ঈরাসু কৃষ্ণৈ কোরৌ মৈশাদা
কংখ্রে ঈরীক্ খাক্তরে; লীনা লীনা শক্হেম্বী
লৈরাং তোম্শাংনজবী শীংঙেল্ তোম্থিন্নজবী

## কুন্তী-কর্ণ

নোংজুথাগী নৈপাক্তে শীংঙেল্ নৈরাং পান্দম্গুম্
মিৎলূ ঈরা কংদেদো য়াবা খোন্নাইদবীগুম্।।
লাংহৈ কুম্জা কয়া'মা তাবুনুংদা লোৎপগুম্
থম্মোয়নুংদা ফুমদুনা  অসূক্ কুইবা লোৎপবু
তাইবং কনা খঙ্দ্রবা ৱাফম্ কয়া অদুবু
ঈঙাই থক্পী চেক্লানা ৱা-শৈ ফৈরা থক্তুদা
কুম্গী ঈনৌ-লোক্পগুম্ ৱাখল্ পূক্লীং লাইয়ুম্দা
লৌশিং খোঞ্জেল থাদুনা পাইমা তীল্লাং খোয়দানা
নোক্লা তারি হরিদো; সূরসেন্গী মোয়ুনা
শিৎশিৎননা তম্বদো, থম্মোয়নুংগী মৈচাক্লা
থম্মোয়নুংদা অদুম্মক্ থম্মোয় খাম্বি মৈরৌনা।।

**মতাঙ্ অসিদা কৃষ্ণনা কুন্তীদা কর্ণ পোক্পগী অরোম্বা থৌদোক্ হায়দোক্হন্নগী মন্নীশুবা তাংকক্ লোইরে।**

*****

# কুন্তী কর্ণ

(৫)

লাল্লোই তান্বা কর্ণনা তাইবং মালঙ্ ফাওবগী
ৱারী শীংবুন্ খিবিক্তো খাক্তে থৌদোক্ অমগী;
তম্লে শুনা গোপাল্দা কুন্তী-ই মায়থোঙ্ তন্না লাং।।
নুংঙাই খেঞ্জোঙ্ লাংদুনা পাণ্ডু নিংথৌ মসুংলাং
লৈমা তুয়িন্ তন্নব্বী লুখ্রাশীংদা থারবী
লূম্লেল্ লৈমা কুন্তীদো, ঈপাক্ লাইজ হেঞ্জবী,
হিনাও শাবা য়াউদবা ৱাক্যৈ-লাইজ-হিরেন্গুম্
ঈপাক্ লাইজ-ঈরেন্দা চীক্লাংনবা কাউশিংগুম্-
থেঙ্লা ঈচীক্ হুম্বগী শূক্লা মন্বা তাংলৌদা
নোংলৈ নুংশিৎ মরক্কী ৱাখল্ ঈপাক্ ঈরোঙ্দা
লেল্লে নূরা কুন্তীদো তাউরে মালঙ্ ঈপোম্দা।।
অদুম্ ওইনা নূরাদি হরি মাগী য়াথংদা
মাই খুম্সি পারী মাঙ্, হোয় হায়সি হায়ঙম্দা
হাদি ওইরে নূরাদো থৌদু ’নীগী মরক্তা।।
নূরাই মতৌ উবদা হৈ-শিংলবা হিরোইগুম্
তাইবং মপূ হরিদো নোক্লে মোমোন্ হান্নগুম্
নুরাই ৱাখল্ হিরেন্ য়েং হন্না হিনাও মশাবা
কাইদা অদু উরুবা ঙক্ই লাইমা শক্হেম্বা,-
‘‘দুদি লায়রে ইনেম্তোন্, বোরা উচি লাল্হৌবা
য়ুম্লেমগী মকাদা, করি ওইবা হৌনবা!
ভারত লাঞ্জাও অসিদি ওইদে খোইনা অরুবা

## কুন্তী-কর্ণ

অঙ্গ লৈপাক্ মবুংঙো পাখৌ লাল্লোই অখৌবা
শীল্লম্ মাগী কাঙ্বদা খোঙ্ফম্ অমা শোয়দবা
পাখৌ পাইমা উন্‌গোইনুং উন্‌বী মথি নাইদেদো
তাংজ'মুবী লৈতোন্‌গুম্ অনী মরী শুদেদো;
য়েক্ল-পঙ্গেং কয়াসু সনজীংগুম্ মায়োক্ য়াই
অদুগুম্বা পারীনি শিদয়াইনি নাদয়াই॥
পলেম্ য়াব্রা কেদৌনুং হীক্তোক্‌চরোই খঘীয়ু
হন্দক্ ভাবত লাঞ্জাওসে মঙাদতা লেপ্পীয়ু
ব্রাফম্‌সিতা হায়বীয়ু, শোয়রোই মঙা মায় পাক্‌পা॥
করিগুম্বা বৈকর্ত্তন্ ব্রাফম্‌দুবু ইন্দ্রবা-
মাগী য়েংকী খুদোম্বী, য়াদে লৌনি শোয়দনা;
য়াইবি-চূপ্লেন্ তেন্ মঙা, নিজ-পোংলম্ শক্তুনা
নিগনিনে কর্ণে-কা, পীনহৈবা পাদাম্বা॥
পাম্বে অসি নত্তনা মঙাই য়াইবি কন্দৌবা
উদে অতৈ পাম্বে'মা॥" অসি হায়বা গোপাল্‌দো
মায়খোঙ্ থম্বাল্ লাংশিন্নে হান্নদগী হেল্লিদো॥
মতৌ কাইদা অদুদা নীক্‌খিবনা থম্মোয়দো
কুন্তী, লৈফম্ খঙ্‌লক্লে হরি-ই কাদা তুরেদো,-
"কহ্নাই অদুম্ তাক্‌পীনু ঙল্লোই'দুদি কৈদগী
পারী মাবু পোক্‌পদে খোল্লাং ঈরীক্ অমগী
লম্মল্ শীংদূম্, অমফাও তোঙ্গদবা পারীনি
ইথাসিদা কোন্দ্রিবা অথোইবনি কর্ণনি॥
ঙসি ননেম্ কুন্তী ঐ, হিংহৈদরে তাইবংদা
পাল্‌হৈদরে মালেম্‌দা॥ লৈপাক্ মীয়াম্ মমাঙ্দা
তাংজ লৈদা লুক্তুনা চরৈ ফিখুম্‌দনবা
লৈপাক্ নিংথৌ কয়াগী হৌন-লোঞ্চং ঙাক্লবা,
ইশাইদমক্ য়েংদুনা পারীদুবু ননাইনা

ঈয়ায়কাদা লংথোক্খি, কোরী'ফূদা হাপ্পুনা।।
খোল্লাং-ঈনম্ খঙ্‌দ্রিবা পারী মাদি খঙ্‌জদা-
"ইমা, ঐবু চৎলোরা তাইবং মালঙ্ ঝাংমদা,
থিম্বীনবা য়াউদনা ইদোম্ তরক্ ঈয়ায়দা!"
কপ্পা কপ্পা পারীনা হায়জবসু ঙম্খিদা,
অদুগুম্বা পারী-ই কা মমা ওইবী-ই থম্মোয়না
ইশাই পাঞ্চিরম্দাইদা করি ইতীক্ লৈদুনা
কল্লু করম্ হায়সিগে মমা ওইবী ননেম্বু?
মচাই শাগে খিবিক্লা তুংগী মমা কয়াবু
চারোন্ শুরোন্ শূথাংফাও কুন্তী হায়বী ঐহাক্লা
মমা ওইবী মখৈবু মচা ওইবা খিবিক্লা
শেরান্নবা খোঙ্‌থাঙ্‌দা তীল্লাং তিল্লিৎনদুনা
হৎগোইনহনখ্রনিদো লম্শাশিংগী পান্দম্গুম্।।
পারী-ই মিৎম্না থম্বাল্না ইঙা ইঙেন্ লৈরাংগুম্
পিরাং ঈরা-ঈতম্বা মমা ওইবী-ই থম্মোয়না
য়েংঙু করম্ হায়বগে? পারী ঐগী কর্ণনা
চাক্চরবা থম্মোয় খোন্ পলেম্ শেৎনা মৈরীনা
চঙ্‌বা শিবৈ লান্ফম্দা নীংঙম্দনা মৈচূবক্
মমা কুন্তী ননেম্বু চাক্লা চিংনা য়েংজরক্,
ওইজ তাম্বী মমানি হায়রো, কুন্তী হিংলরোই
ননাইশিংবু কম্বীয়ু ঙল্লোই, ইনেম্ চৎলবোই।।"
হায়রে কুন্তী কপ্পনি, মখোন্ ফাওবা শিরেদো।।
নূরাই মপাউ তাবদা তাইবং মপূ হরিদো
থেম্জিন্-পূক্থেম্ ঝাহৈনা তাবে তন্না মখাদো,-
"ইনেম্তোম্দি পঙখন্ হেক্ শেরান্নবা খল্লেদো
'দুদি কৈদৈ ফংলনি ঝাফম্ লংজিন্ থিবদো।।
পারী নঙ্‌গী বৈকর্ত্তন্ কর্ণ হায়বা অথৌবা

## কুন্তী-কর্ণ

অরায়-শীংদা চন্‌ফরোই, অরোৎ অফোঙ্‌ নাইরবা
নোংনা খুম্বা থাগুম্বা নুজা শাগে থম্মোয়শিং
খংঙী লোইনা কর্ণদি।। থোক্‌খিবদি থৌদোক্‌শিং
থম্মোয় মানা তারগা মাগী পাইমনুংদুদা
ইনেম্‌তোম্বু কৈদৌনুং শেরান্ননা লৌরোইদো।।
খন্‌খো মুন্না ইনেম্‌তোন্‌, 'দুগা কাংঙু ব্রাফম্‌দো,
মমা ওইবী-ই মথৌনি ইনেম্‌তোন্না খন্নিদো।।
অদুম্‌ ওইনা কর্ণদি ব্রাফম্‌ অসি ফোঙ্‌বগী
লংজিন্‌ অদু থিরক্লোই খঙ্‌দে ইনেম্‌ কবিগী ?
থোইরেন্‌ থোইনা হেঞ্জবা মাদি 'পূম্বা-খঙ্‌গনি-
মমাই মবাল্‌ নত্তেদো লৈপাক্‌ খ্বাইদা তাইননি।।
অদুগীসু মথক্তা মচা মনাও ঙাক্লবা
মথৌ মাগী তাক্‌পনি কাউরোই মাদি অথৌবা।।
কবিগুম্বা ইনেম্না তৈনববা মিৎয়েং লাঙ্‌
বৈকর্ত্তম্বু য়েংলবা; পলেম্‌ ওইবী নসুংলাং
মপোক্‌ লাংওন হন্দক্কী নকাদসু কৈদৌনুং
খোঙ্‌ফম্‌ অমা পাদম্না য়োন্‌খিদ্রিবা মতম্নুং
নপাবীগী মকাদা লঙ্‌জবদি শোয়রোইদো।।
লৈপাক্‌ নিংথৌ কিবনা ইনেম্‌তোন্‌গী লীচত্তো,
পারীদুগী মফম্‌দা লম্মল্‌ তোন্দে খন্নুদো!
পলেম্‌ ওইবী নহাক্‌থক্‌ অদুগুম্বা লম্মল্‌দো
হন্দক্‌ মপোক্‌ অসিদা শিংদ্রবদি ইনেম্‌সু
মপোক্‌ লাংওন্‌ লখা'মা য়াইফ-থৌদাঙ্‌ পাঙ্‌নসু
শিংবা ঙম্মি খল্লুনু।। অসি 'পূম্বা য়েংঙুদো
অনীমক্কী ফনবা লংজিন্‌ অসি কাঙ্‌লুদো।।
ইনেম্‌তোন্দি খঙ্‌দ্রিবা, পীনহৈবা পাদাম্বা
বৈকর্ত্তন্দি নপারী, পলেম্‌ মাগী খিরিবা

## কুন্তী-কর্ণ

বাখল্ অদু বাংখরে, শেংল'মমাই চেংলৌদো
অহীঙ্ নুংথিল্ অনীদা ঈরাচ্চগে খল্লিদো।।
চাংয়েং নিংথেম্নুঙ্দুদা গুরু কৃপাই য়াবাদা
মায়থোঙ্ থম্বাল্ তন্না লাং চৎন-কাঙ্লোন্ বাংমদা
নোংদোন্ নোংথক্ মায়ওন্না লৈরিঙৈগী বাংলেন্দা
মিংস্না ঈরা হৌবসু অতৈ অমৈ নত্তেদো;
মমাবুসু বারৌদে, তারো হায়গে বাফম্দো,-
তাইবং মীপোক্ কয়াগী হৌন-লোঞ্চৎ খিবিক্কী
বাখল্ লংজিন্ থিবদা কায়খি থম্মোয় মহাক্কী।।
'সূম্বা মরম্ লৈবনা চিংন-ঈথক্ লাংনুদো
চৎলু নচাই মকা তম্ লংজিন্ অদু কাঙ্লুদো।।"
লাংবন্ খোইরেন্ হীগুম্বা কৃষ্ণ য়াবা মপাউনা
নূরা লৈরাং কুন্তীদো শীংঙেল্ লৈরাং কয়ানা
নৌনা লৈশাং তম্ববাই লৈরাং মায়থোঙ্ খেঞ্জোঙ্লাং
মলয়া নুংশিৎ নামিবা মালঙ্ ইথিন্ তন্না লাং;
খোইমু ওইবা কয়াগী পূক্থেম্-নোঞ্জ-বাহৈনা
মালঙ্ ফৌরোই তাম্বা য়েং হরাও মথোই কাজনা
শীংঙেল্ লৈশাং তম্বগুম্ নূরাই পাইমা নুংওল্লে
মচাই নাক্তা থীন্দনা চৎকে হায়নৗ বারেপ্লে।।
সিগী মতুং গোপাল্সু থম্মোয় মানা পাম্বদো
পাঙ্থোক্লগে খন্দুনা তারে তন্না মখাদো,-
"'দুদি- লায়রে ইনেমতোন্, ইনেম্তোন্না য়ারবা,
মালেম্সিদা পাণ্ডবনা শোয়রোই মঙা লান্ঙম্বা।।
অসুম্ ওইনা বাফম্সে হেল্লক্পনা লুরক্পা,
মঙাই মীচঙ্ লেপ্নীয়ু করিগুম্বা য়াদ্রদি-
পীনহৈবা কর্ণদা নিরুদৌবা পোচ্ছক্তি
অচম্বদি খোক্তেদো, অদুননে কর্ণদো

## কুন্তী-কর্ণ

শরী মাগী হান্না ঙাক্ ম্রাশক্ পরৈ লাক্উদো;
অমরোম্দা ইনেম্না পাদম্দনা পাজুম্বা
শিন-য়াইগী লান্ফম্দা পারাক্তনা পাদাম্বা
মাগী য়েৎকী খূদোম্বী, পারী পণ্ডব মঙাগী
য়াইবি চূপ্লেন্ তেন্ মঙা-য়াদে ম্রাৎপা অমগী,
নিজ-পোৎলম্ শক্তুনা পূরক্কনি শুনবা
শোয়বা লাক্পা য়াদেদো।।" হায়রে কহ্নাই শক্হেম্বা।।
শিদ-উপাল্ মরূগুম্ তাইবং মপূ হরিগী
য়াব্রা মপাউ অহক্পা করিনুংগী কনাগী
তাকরবা মসুংলাং খল্লে হুম্না নূরাদো।।
ম্রাংলেন্-পোলোই মীৎকুপ্তা নোংমৈ শীংজঙ্ লখাদো
নূবাই লব্রাই কোয়বেঙ্ক্ তাজরুবা কৈদৌনি?
মরূ ফূক্লা পামেন্গুম্ নূবা লেপ্ত্রে হাইবনি
নোংলৈ-নুংশিৎ মবক্তা মউ নোম্লা পামেন্নি
হাইহৎ হাইহৎ তুরক্লে, অহীক্লুবা খোন্ফদা
পিবোইননা খুম্মীদো,-"ম্রাফম্দুদি ননাইদা
তাক্পীনুদা ইবুংঙো, খঙ্দে কহ্নাই করিগী?
ননেম্ কুন্তী হিংলবোই, 'দুবু কাউই করিগী?
কহ্নাই কবি মতৌনো? মমা ওইবী করম্বা
মীথিবোঙ্সু ওইসনু মথ্বায়দগী হেঞ্জবা
পারী মাগী খূদোম্বী নিজ-পোৎলেন্ শক্খিবা
করম্বদি লাংওন্দা য়াউপ্রে কহ্নাই তাখিবা?
মমাই লৌনম্ শবীনা ইচাই খুৎচা কক্থৎপা
ঙন্নোই ননেম্ কুন্তী ঐ মতম্মুংনা কৈদৌনুং
অতোম্প'মা তাক্পীয়ু, ম্রাফম্দুদি করিনুং
ইন্নোই ননেম্ ঙন্নোইনে মপোক্ক লাংওন্ কয়াদা
ইচাই লন্মল্ তোম্নসু।।" হায়রে নূরা মন্নাদা।।

## কুন্তী-কর্ণ

"নঙ্গী পারী বৈকর্ত্তন্ শীনহ্বো পাদাম্বা
য়োক্পা শেম্বা অথৌবা, লাল্লোই তাম্বা য়াইফবা
কর্ন মাগী মতীক্তো ইনেম্তোন্দি খঙ্দ্রিবা;
পাণ্ডব মঙা অদুগী য়াইবি মিরেন্ কোন্নবা
য়াইবি-চুপ্লেন্ তেন্ মঙা ফংলবসু কৈদৌনুং
ঙসি-ই তাইবং অসিদা নচা মঙা করিনুং
হিংলে হায়না খন্ফরোই।। লীকাপ্'মদা অঙক্পা,
নোংপোক্ কোরৌ খোঙ্দাফম্ য়োইময়াইদি অঙাম্বা
তাউদন্ নহা মহাক্কী সনজীংগুম্ খাল্লিবা
লোইবি চীংগী চীংখোঙ্দৈ নোংচুপ্ তাবা অপূম্বা
হাওরে নোংচুপ্ পাংবদা মালেম্ লৈমা কোল্লিবা
কোরৌ মাসু ঙাল্লিবা তলা চাউথোই ওংবা চীং
অনীশুবা সনজীং অঙান্ খোল্লেন্ য়াতা-চীং
লোইবি চীংলোন্ ফাওদুনা তেন্না থূপ্না চৎপনি।।
অসি ব্বারোল্ লৈবনা য়াব্বা ইপাউ হক্পনি।।
মাঙন্-য়াব্বা মহাক্থক্ মাঙন-শীংজঙ্ শাগোম্বা
লাল্লোই তাম্বা মহাক্থক্ নিংথেম্ শাগে নীক্খিবা
পরশুবাম্ গুরুনা খঙ্খিবনা অপূম্বা
সনা লুপা মিতাদে, মরল্-মথুম্ মখাক্পী,
পারী নঙ্গী কর্ণগী মাগী য়েৎকী মখূবী
লী-শূ তাক্পে মমল্ শক্ শরী মাগী লেপ্লদি
নিখিবনি অদুঙৈ।। অদুমক্তা কর্ণদি
লৎনখিদে কৈদৌনুং মাগী লৈজ-পোচক্তো
কাদা মাগী গুরুগী কৎখি য়েৎকী খূবীদো
পোৎলেন্- পোচক্ পোৎতম্না পূক্চেল্ শেপ্পা লৈতেদো।।
মখূবীসু য়াউদ্রবা অসূম্ অদুম্ ওইবদা
খূদোম্বীনে খূৎয়ায়নে চপ্না কাপ্পা লীকাপ্তা

## কুন্তী-কর্ণ

য়ারোই লাম্বা পাথগী, অদুননি কর্ণদো
খুদোম্বীসু শোয়ফদে।।" হায়না হায়না কৃষ্ণদো
নোংদোন্ থাজ তম্না শক্ লৈরাং থরো কুন্তীগী
থম্মোয় অদু হূরক্লে, থেঙ্লা ঈচীক্ হম্বগী
তাংলৌ মতাঙ্ অদুদা।। নূরাই য়াইবি মিরেল্সু
ওইরে কৃষ্ণ মাগীদা, 'দুনা ৱাখল্ ৱাক্য়েসু
অখাক্-অরাও লোয়নবা নোংখাক্ খোঞ্জেল্ খোল্লক্তা
নোংলৈ-নুংশিৎ মরক্কী লাইজ ঈপাক্ ঈয়ায়দা
ওইরে হিনাও কুন্তীনা ময়া কৃষ্ণে লম্জিঙ্দা
হাইনা হম্না খাঙ্দুনা লৌশিং তোর্ব্বান্ তম্লক্লে।।
অদুতদা হরিসু কোলোয় মপাউ হল্লক্লে।।

মতাঙ্ অসিদা কৃষ্ণনা কুন্তীদা কর্ণ পোক্পগী অরোম্বা থৌদোক্ হায়দোক্হম্বগী
মঙাঙবা তাংকক্ লোইরে।

*****

# কুন্তী কর্ণ

(৬)

ঈনুং মমৈ ৱাইবৱাই নাতে কারল্ লাক্তৌবা
য়ুথক্ অমা ৱাংলিঙৈ; ব্রজগোপাল্ শক্‌হেন্বা
হরি মানা তাক্লুনা লাক্লে মদোম্ মথক্তা,
কুন্ত লৈরাং কুন্তীদো-নাকেন্থাগী থায়ায়দা
উম্বান্ থাইসু থানীংদা মরু-ময়াঙ্ কেল্লবী
উন্নংলবী পামেন্‌গুম্ মচাই মৈনা ৱায়রবী
চেন্না চেন্না খোঙ্‌ৱায়রক্ লাক্লে গঙ্গা তম্‌দুনা।।
মমা নীংবা কর্ণনা গঙ্গা লৈমা কৌদুনা
ঈরাৎ-থৌনি চবাল্লাং পলেম্ মাগী শক্তল্লাঙ্
মহাক্ থক্তা ফোঙ্‌নবা হোৎনরিবা মসুংলাং
পারী মাগী বৈকর্ত্তন্ ঙসি গঙ্গাই ঈয়ায়দা
ঈরেন্ লাইজ্ ঈপাল্লাং পুন্নুম্না শাৎকায়দা-
চাম্মনীপাল্ থম্বাল্‌গুম্ থাজ মায়খোঙ্ হেঞ্জবা
মায়খোঙ্ থম্বাল্ অদুনা হাওরে নোংপোক্ ওঞ্জবা,
থজিন্ য়ৌনা ঈরোন্ চন্ 'থক্লা ঈপাল্ লাংবনে
খুবাঙ্ চাংজৌ-তরানে মদু কাইদ লীশীঙনে
গঙ্গা লৈ-মৈ তম্বাক্‌থক্ লৈরম্বনি খুৎলোন্না।।
মিৎস্লা থম্বাল্ অনীদি মিৎলু ঈরা ঈরোয়না
ঈথক্ চীংদূম্ মায়োক্ য়া মায়খোঙ্ থম্বাল্ মক্লা লাং
ঈরোন্নুংদা অমুক্ চন্ তন্না'মুক্সু ঈপাল্লাং;
কাওরেন্ যন্নাও মচাদি অকী-অখং লৈতবা,

## কুন্তী-কর্ণ

মমাই থাদা নৈবগুম্ মমা শীয়ু তক্লম্বা-
মতৌ কাইদা অদুবু উরুবদা নূরাদো,
নীক্খিবনা মথম্মোয় সিনি হায়ফম্ খঙ্গুদেদো
খল্লে তরেৎ তরাদি-"মতৌ লাংওন্ অদুদা
তাইবং মপূ হরিদি কৃষ্ণ হায়বা মানদা
শীম্বা লাল্লোং কয়াগী বাখল্ লায়াৎ অদুদা
ব্রাফম্দুবু করম্না, ঙসি মচাই কাদুদা
করম্বনো কাঙ্গবা!" থেংলে নূরা বাবদা।।

হায়নরিবা বাংলেন্দো ওম্বোক্লসু নুংশিগ্রে,
মমা মচাই মতৌনে মিংফম্ খূদিং ঙক্লগ্রে।।
অশৈবদি কনাদি অশৈবীবু ওইনসু
অনী-ই মতৌ অদুবু ঙল্লোই থাবা কনাসু;
অসূম্ অদুম্ ওইনসু হায়রগেদো অওইবা,
হায়মন্নসু হায়রেদো য়াদবনা হায়দবা,-
পাইমা করি খন্দনা ঈনুং শোইবা লেল্লুবা
ওক্লেল্ লাবা হক্থোইবা লাইরেল্ লাবা শাংথোইবা
য়াওন্ মশীং শুদুনা খেক্লরক্লে অপূম্বা।।
তলা পামেন্ চাউথোইবা পামেন্ উরোং কোল্লম্বা
চীংজিন্ হারি খোন্নৌবা শৈহৌ শৈরোই শৈদিন্না
য়াহৌ ঙম্বা চেক্লাগা শৈফম্ শৈদম্ শৈরেপ্না
খূৎপূ অমা শেম্দুনা লৈকূ-লৈরায় লাল্লুম্বা
কুম্গা হঙোই নাশুবী তীল্লাং থক্য়োংনদবা,
ঈনুং শোইবা শৈশক্পা কুমদম্ নোংলেন্ পাউজেম্বা
হঙোই শাগে শীংনরে।। ইফায়বদি নাইদবা
হঙোই নহা অমা'নী পোত্থা পোত্থা শৈদম্বা
বাংলেন্ অদু থোক্পদা শীংঙেন্ লৈরাং মখৈনা

## কুন্তী-কর্ণ

হাইনা হন্না লৈনারক্ থঙ্লেন্ খোইমু হৌদুনা
নোক্লরক্লে হঙোইশিং সিরি মালঙ্ তাম্বাদা॥
নোংপোক্ চীংখৈ লাইরেম্বী, হায়নরিঙৈ বাংলেন্দা
নংহৌররোই মতাগুম্ ঙাঙ্গোনবা চরৈনা
সনা ফীগে ফীজোন্না হাইনা হন্না শাথেক্লা
ফাওরক্লেদো য়ৌরক্লে, অসুঙৈগী বাংলেন্দো
মমা মচা অনীবু য়েংলে মিৎফম্ চোইদেদো॥

বাংলেন্ মীৎকূপ্ অতাঙ্বা পুঙ্লুপ্ পুঙ্গোই অদুদা
অঙ্গ লল্লেন্ মবুংঙো, মমা গঙ্গা লৈমদা
ঈরাৎ-থৌনি মহাক্কী লোইরদুনা লাক্পদা
খংপ্রেক্ খংঙি বৈকর্ত্তন্, ঙসি মাগী লম্বীদা
মঙা পোক্পী কুন্তীনা মাবু ঙাইনা লেপ্লম্বা!
নূরাই খূবাঙ্ অদুদা কোঙ্য়াঙ্ চৈশূ অপীক্পা
পায়জৈ হায়দু মঙায়রে পায়দগুম্লে নূরাদো
খোঙ্ফম্ অনী নূরাগী হীক্হাইননা লেপ্লেদো॥
ফিমন্'মনা খ্বাঙ্দা থোং ফিমন্ 'মনা নম্দ ইন্
মিৎলূ নাপোম্ অনীনা পারী-ই মৈচাক্ তন্না ইন্
য়াঙ্গঙ্লবী তুরেন্না ঈপাম্বাগী থাজিন্দা
নোংদোন্ নোংলেন্ নোংনংনা ঈরা ঈনোৎ হাপ্পদা
লাইজ ঈচেল্ অয়াঙ্বা ঈনোৎ লাইজ ঈহৌগুম্
কৃষ্ণ কর্ণে ইথিন্না ঈচেল্ অনী তিম্বগুম্
ঈরোঙ্'মদা ঈতীন্না' লৈরম্বনি লেপ্তুনা;
লাম্লোই পাথৌ-বৈকর্ত্তন্ পারী মাবু ঙাইদুনা॥
থাজবগী বাংম-লান্ উরুবদা লৈমদো
ফিভম্ মতা অদুনে, থেংলে্ ঙক্পা কর্ণদো-
সোরারেন্গী খূৎশূরেন্ নোংমৈ শীংজঙ্ লখানা

## কুন্তী-কর্ণ

বাংলেন্ মীৎকৃপ্ অমদা পান্দম্ অরাক্ অতম্না
থূম্না য়েনা পান্বফাও চোংলোইদবা মথম্মোয়
খাঙ্লে নীক্লা মহাক্থক্, চোংলে তম্না মথম্মোয়,
অঙ্গ লম্লেন্ য়োইহৈবা লাল্লোই নহা কর্ণদো।।
পোলোই পুঙ্ফম্ পান্দম্গুম্ হাইরে খোঙ্ফম্ অনীদো।।
অহীং নুংথিল্ অনীদা থাজ কোরৌ শক্লবা
বৃষকেতু মপারী, মথ্বায়দগী হেঞ্জবা
পারী মাগী কোক্লেন্থক্ চিংন-ঈথক্ লাংদনা
তালোয় মাগী পদ্মাগা মখোক্ মতোন্ পায়মিন্না
পাংগী হোরায় অমনা লেম্থদুনা ব্রাহ্মণ্গী
মফম্লাংদা কৎঙৈদা মিৎলু অনী মহাক্কী
ঈহৈদ্রবা পিরাংদো, য়াদ্রে খাম্বা, ঙক্খ্রেদা-
লাইজ ঈপাক্ ঈয়ায়কা মালঙ্ শাহুম্ লাংবদা
লৈরাং লৈখোক্ লোয়রবী থম্বাল্ লৈরাং লৈনাদা
নোংদোন্ নোংলেন্ নংনসু নোংলৈ-নুংশিৎ মরক্তা
শীংথানীংঙাই মওইদে; থম্বাল্ লৈকা হেল্লবা
মিৎম্না থম্বাল্ অনীনা বাক্তে হেল্লি অপূম্বা,
নোংদোন্ নোংলেন্ নংলবী থম্বাল্ লৈকা কৈদৌনি?
পিরাং ঈরা চদুম্না মিৎলু নাপোম্ থূম্বনি,
খৌনাও লেম্থোঙ্ মেম্বগুম্ চরম্ ঈরম্ ফুম্বনি
নীক্হাইনবা খোঙ্ফম্দা মথম্মোয়দো কায়বনি।।
কোরৌ চূপ্না মাঙ্লুবা কাওরেন্ যম্নাও মচানা
নৌনা মমা ফংবদা লোজরবা খোঞ্জেন্না
মো! মো! হায়না নুংশিনা থম্মোয় শোক্পা খোন্ফম্না
পলেম্ মমা মহাক্পু কৌবগুম্না নুংহীক্লা
লাপ্লিঙৈদে কৌরক্লে ঙাইঙম্দরে মথম্মোয়
চেল্লাও লাওরে বৈকর্ত্তন্ কায়রে কায়না মথম্মোয়

## কুন্তী-কর্ণ

নুংহীক্লবা খোঞ্জেল্ ফা,- "ঙসি কোরৌ নোংসিদা
শীতং-পাতং কর্ণনা পলেম্ হায়না কৌগেদা,
মঙা কোম্বী পলেম্ও! ঙসি ইমা নহাক্সি
মফম্সিদা লাক্পবু করি লৈবা তাক্পীসি।।
কুম্জা অসূক্ কুইবসে, লৈমা কুন্তী নহাক্তী
বারে নংলে হায়নৈদো, অদুবুনে ইমাদি-
কর্ণ ঐগী ইফম্লাং লেপ্তে, লাক্তে, নোংমফাও
দুর্য্যোধন্না ওৎপদা লংলা লংজিন্ অমফাও
তম্দে নঙ্দি ইফম্লাং।। খাঙ্জবতা থংলবা
বাংলে করি পলেম্গী? মপোক্ থীনা পোক্লবা
তোম্না হিংবা কর্ণদে কান্নববু লৈরদি
হায়থবীরো-থীল্লনু ইমা নঙ্না ঙসিদি
নপূক্লীংগী অপাম্বা তেংলো ঙম্না খাক্লুদো।।"
কুন্ত নিংথৌ মমোল্লোই মঙা পোক্পী লৈমদো
গঙ্গা মাগী খোঙ্বান্দা মচাই মায়থোঙ্ উজরক্
মপারীবু নুংশিবৈ ঈথিন্নসু ঈওল্লক্
নুংঙাই খেঞ্জোঙ্ তম্না লাঙ্ ঈথক্ ঈখোন্ ঈহৌখ্রে
চাংজৌ লেপ্পা ঙম্দনা নূরাই পূক্লীং থূম্নাৎখ্রে।।
তাইবংসিদা লাক্ঙৈদে পলেম্ চেংলৌ খঙ্ঙ্রিবা
পারী মাগী বৈকর্ত্তন্ "ইমা! ইমা!!" কৌরক্পা
নুংশিরবা পারীগী খোন্ফম্ অদু তারক্পা
ফূক্লে হন্না মথম্মোয় তুরে তারে নূরাদো।।
মমাংঙৈগী থৌদোক্শিং অশ্ব খোঙ্বান্ খোঙ্ফম্দো
নূরাই পাইমা উন্গোইনুং মিতম্লেদো মিরেন্গুম্
ঙসি কর্ণে চেংলৌদো অদুঙৈগী নাবাগুম্।।
নূরাই মিৎম্না থম্বাল্দো ঈনুং ঈরা নংলবী
লাইজ থম্বাল্ লৈরাংলেন্ লৈকা ফম্না শাচ্চবী

## কুন্তী-কর্ণ

ওইরে তন্না পান্দম্ লাক্ হৌরে খোল্লাং ঈরাসু।।
মপারীবু চিংনা য়েং মেল্লি কোলোয় মপাউসু
নীক্নীক্লবা খোঞ্জেল্ ফা,-"পারী-ও চঙ্লক্উবা!
অদুঙৈগী ব্রাংলেন্দৈ, পাবী নঙ্না থিরক্পা
হৌজিক্সম্ভু নহাক্লা গঙ্গা লৈমা কৌরিবা
নমা পীযু তক্লিবা, তম্গে ঙসি তারোদো
খুদাঙ্ পিফম্ নাইরবী লাইবক্ থীবী নমাদো-
ঙসিসিদা ফোঙ্লগে লাইবক্ থিবী নমানা।।
ঙসি ঈনুং লৈকোন্গী তাইবং ওইবা কনানা
পারী নঙ্গী মপোক্পু লাইবক্ থীবা মপোক্লি
কনানবু হায়রিবা? খঙ্দবনা হায়বনি।।
পারী নঙ্না নাওখাইঙৈ অদুঙৈগী ব্রাংলেন্দো
নমা ঐহাক্ নত্তনা তাইবং কনা খঙদেদো।।
সোরারেন্গী লাইয়াম্শিং লায়িংথৌমক্ খাক্তনা
হরাও মথোই কানখি, নুংঙাই খেঞোঙ্ লাঙ্দুনা
পারিজাৎকী লৈরাংশিং খুবাম্ খুজীং তন্না লাঙ্
নোংবু ওইনা চুখিদো পারী নঙ্গী নসুংলাং।।
অসূম্ অদুম্ ওইনসু নৌহৌননা ঙসিদা
মচাই কাদা য়োল্লবা নমা ঐনা নফম্দা
অদুঙৈগী থৌদোক্শিং ঙাক্উ হায়গে লাক্লিদো
ইমা ইচা অনীমক্ থম্মোয় কিশি থোক্নিদো
থম্মোয় নুঙ্দূম্ ফুম্দুনা নমা ঐবু ব্রারৌনু,
অশাও খাম্বি তন্না লাঙ্ খাম্বি মৈবূন্ চূরনু।।"
ঙসি কৌবা নোংগাশোই মমা মচা অনীদো
গঙ্গাই তোর্ব্বান্ অদুদা হৌনরুবা নাইদেদো
ঙান্না ঙান্না মম্নরে মম্ন মম্না ঙাল্লেদো।।
নোংদম্ মরৌ চাউবসু নোংদম্ মাগী নোংদম্খোল্
তায়োন্নম্লে খূদক্তা মমা মচা পুন্না খোন্।।

## কুন্তী-কর্ণ

কাদায়দগী মচাই মৈ! কদোম্দগী মমাই মৈ!
শক্ফম্ অনী অদুদা ঙম্না লোইনা ঈখোম্মে,
নীংনজবা কনাগী অউবগী মিৎফম্দা।।
মমাই মৈনা কম্দৌবা ঙম্লোই হায়বা তাইবংদা,
ঝাংলেন্ মীৎকুপ্ অদুদা মচাগীনা করম্বা!
খঙ্জদবা তাইবংশিং করি তৌরি য়েংলোবা-
কোর্ব্বাক্ খোঙ্জে পায়দুনা য়েক্লরোনে শক্ফম্সে
মিৎফম্ হোংবা য়াদবা মমা-মচাই মতৌসে।।
মালঙ্ নোংলম্ তাইবংদা মপূই শিম্বা পাংজবা
অকা-অকূম্ পাদম্না নোংদোন্ নোংলক্ ঙাঞ্জবা
কোরৌহম্বা অঙাম্বা খোঙ্কাপ্ নৌরা য়ান্ঙম্দ্রে
খোঙ্ফম্ লৌমাংদুনা লৈরে তারে লেঙ্খিদ্রে;
মমা মচাই মতৌদা চাক্চরবা থম্মোয়না
নোংদোন্ ওংবী লৈচীল্না তাংজ মায়থোঙ্ ফিখুম্না
মমা মচা অনীদৈ লাম্থোক্খিদো নাকোইনা।।
হৈখোঙ্ ওংবা হৈপাল্শিং লৈখোঙ্ ওংবী লৈপাল্সু
ঙম্না মরূ লূক্লরে হৈরাঙ্ লৈরাং ঙম্না-শু
নৌনা পিরাং শিম্বরে।। অয়ূক্ য়েন্দা-ই মালঙ্বা
লিরি খোঙ্দোই পল্লেপ্লে শক্তম্'নীবু উরুবা।।
জাহ্নবীগী ঈচেল্সু তোরৈ ঈরৈ ঈহল্লা'
য়েংলে শক্তম্ অনীদা মথম্মোয়দো চাক্চরা।।
অপাম্ নুংঙন্ ঈরানা ঈরা-ঈচায়নরম্বা
লৈরাং খোইমু খিবিক্সু, থারে মীৎকুপ্ নুংঙাইবা
মমা মচাই মতৌদা কাউই মীৎকুপ্ হৌখিবা।।

অসুম্ অদুম্ ওইদুনা তাইবং কনাই মকাদা
ফোঙ্দোক্তনা লেম্লকপা লাচ্চরকপা থম্মোয়দা,
অদুঙৈগী শক্তম্দো শংশংননা ফাওবীরে

জাহ্নবীগী খেন্দুদা কর্ণে নীংবা থুংজরে।।
মমাই মৈনা মৈচুরক্ মথম্মোয়দো নুংওল্লে
মিংলূ-ঈরা ঈনোং হাপ্ মদোম্ জগোয় শারক্লে,
ফোং ফোং শাবা পিরালক্ নুংগা পান্‌গা ওন্নরে।।
খোল্লাং মনম্ কোক্তিবা পারী নাব্বা তম্পাক্‌থক্
সমু নম্‌দা নাওওইবা লৌশিং মঙাল্ ঈরা থক্
পারীদুনা কাফে-চেন্ ঙাইহাক্ পূজোই ঋাংলেন্দং
তাম্নরুগৈ মমাই-কা, হন্না ফংলা পলেম্‌দং
ওইনবনা মশিঞ্জাং ওন্না থোইনা তম্পাক্‌থক্
নুংনৌননা কপ্পগুম্ কপ্লে কর্ণ মহাক্‌থক্।।
ঙসি মমাই মাঙ্‌দুদা মপূক্লীংদু তেংদুনা
ওইনজরি মমাদা তেংথারক্লে নুংহীক্লা,-
"ইমা নঙ্‌বু নুংশিবী, মঙা য়োক্‌পী অপোক্‌পী!
ওইরবকো ইমানা কর্ণগীসু অপোক্‌পী!
ঙসি ইমা নহাক্লা নচাই ইমা ওইরবা
কর্ণ ঐগী মমাই-মৈ, মৈরক্সিদা চঙ্‌লোবা,
অদুগৈগী শক্তম্'মা তাইবং কনা খঙদনা
লাচ্চরক্‌পা থম্মোয়দা ফংলগেকো নচানা,
থুংজরগে ইপূক্লীং ঙসি কৌবা নোংসিদে।।
মতৌ লাংওন্ করম্না ঙসি ইমাই শিওম্‌দে
লাইবক্ থীবা নচানা তাইবং মালঙ্ ফাওখিবা
অদুগৈগী থৌদোক্‌শিং ইমাই কাদা থোক্‌খিবা
খাক্‌পীরনু নচাদা তন্নো লোইনা শুনবা
হিংহৈদ্রবা নচাগী থম্মোয় অসে ঈংনবা।।"
হায়ন হায়না বৈকর্ত্তন্, মিংলা থম্বাল্ অনীদো
ইঙা ইঙেন্ নোংজুগুম্ পিরাংতনা লূপ্লেদো,
মমাই খূয়া থম্বাল্ তম্ চেন্সিল্লক্লে তুররে

## কুন্তী-কর্ণ

কুন্তী মমা-ই মফম্‌দা নোংখোংবগুম্‌ কপ্পরে।।
ঙসি মচাই মতৌদা, কুন্ত লৈরাং কুন্তীদো
হীক্‌থখরে মথম্মোয় লেপ্পি হায়দা খাক্‌ইদো,
খুৎকী চৈশূ অদুনা নূরাই পাঙ্গল্‌ ওইজরা
মচাই লাইবক্‌ অদুদা হন্ন হন্না চুপ্পীরা
মশা 'পূম্বা নাম্বীদো।। মিৎলূদগী তারক্‌পা
পিরাং ঈরা অদুনা থৌজাল্‌-লাইজ ওইরক্‌পা,
মচাই মায়থোঙ্‌ লূপ্পনি।। সূরসেন্‌গী মমোম্‌দো
অহীক্লবা খোন্‌ফম্না কোলোয় মপাউ মেপ্পিদো,
পারী মাবু চিংনা য়েং,-"ইমাইবুংঙো নিংথৌবা,
লাইবক্‌ থীবী নমানা নহোয় ময়াম্‌ পোক্‌চবা
নঙ্‌দি পারী কোক্‌হল্‌নি পূম্নমক্তে থোইরবা।।
নঙ্‌না তাইবং ফাওবদি মালেম্‌ অসি লেপ্‌ত্রে হাই,
চীংঙু খোয়ুম্‌ অপূম্বা নীক্লা হাইনা খাংঙী হায়
নোংদোন্‌ নোংলক্‌ ঙাঞ্জবা লায়িংথৌগী লাইরৈবাক্‌
খাঙ্‌ঙী ফেৎ ফেৎ হাইনা হাই নীক্‌খিবনি নোংলৈবাক্‌।।
থাক্লোন্‌ চাম্মে তাঙ্‌বন্দা চোইনৌ ফম্বাল্‌ লাংলিবা
সোরারেন্‌গী লূহূপ্তো মকুম্‌ মথা ওইরবা
চীংজিন্‌ হৈরাঙ্‌ পান্দম্‌গুম্‌ খাঙ্‌খিবনি অব্বাবা
কেন্দেদমক্‌ মখাক্‌ই।। মহী ময়াঙ্গী চেপ্লবা
মতীক্‌ লৈবা নহাক্লি, নঙ্‌না তাইবং মিতম্বা
শক্তমদুবু নমানা তন্নুবদা কনানা
থাজবীনি নহাক্‌থক্‌! নসুংলাংগী কনানা?
সনজীংগী নাপোম্‌ তম্‌ নঙ্‌না ঙসি লিচ্চবা
ব্রাম্ফক্‌ সনা ফূরিৎনে নোংথাংলৈমা শীংনবা
নাপ্প-নাইন্‌ অনীনে, লূহূপ্‌ কোক্‌থোন্‌ তম্ফাগুম্‌
ঈচীক্‌ হূম্বা অহীংগী থব্রান্‌ মৈরা মপৈগুম্‌

ইরং লংনা পরেং সা, নুঙয়াঙ্গী তম্ফা কোংগোম্না
মিংফম্ খুদিং মিংথক্লে।। চেংতক্ তাবা খ্বাঙ্দনা
সনা ফীগে ফৈজোম্ থোন্ নৌজরবা মায়থোঙ্না
হঁঙা শৈদম্নদুনা তাইবং মালঙ্ ফাওইদা,
ইমাই য়েংকী নাপ্লদা।।" মমাই য়াব্রা তাবদা,
অঙ্গ লম্লেন্ মবুংঙো অধিরথৈ তম্ফাদো
তম্ফায়াইদি য়াইবোইবা, রাধাগীনা থব্রায়দো
নীংঙম্খিদে মহাক্থক্ খোয়রাঙ্বনা মথম্মোয়
পলেম্ মাবু চিংনা য়েং ঙাইঙম্দ্রবা মথম্মোয়
লীক্লাং চোইনা কেম্বগুম্ সনা লীক্থাঙ্ অহেম্বা,
কায়খিবনা মথম্মোয় খোঙ্ফম্ লৌমাংনজবা,
শিঙ্গুরক্পা পিরাংনা মিংলূ নাপোম্ অনীদা
ইঙা ইঙেন্ কপ্চেংপী কুম্গী নোংনা লাক্পদা
খীক্লেল্ লাইজ পান্দম্গুম্ লেপ্পু হাযবা য়াদেদো
ঈনোং ঈরা ঈপুঙ্-ফা কোলোয় মপাউ হংজৈদো;-
"হায়য়ু পলেম্ থীল্লনু পস্থৌ কোলোয় ফোঙ্লোদা
পাস্থৌ মাসু লোংলদ্রা লাইবক্ থীবা নচাদা?"
হায়ন হায়না বৈকর্ত্তন্ খোঞ্জেল্ থোক্লা কপ্লেদো;
পিগী ঈচেল্ অদুনা মমায় খূয়া থম্বাল্দো
শিংশিংননা শেংজবে পূঙ্লূপ্ পূঙ্গোই খাংলেন্দো
পেল্হৌদ্রবা মথম্মোয় কর্ণ হায়বা মহাক্তো।।

কোরৌ নোংজা অদুদা ওইবা মতৌ অঙক্পা,
তাইবং মিবেন্ হূক্তবা মীওইপোক্তা নত্তবা
মমা মচাই হাক্তক্সে তাইবং মালঙ্'পূম্বগী,
শীল্লম্ শীল্ওং তাক্লিবা সোরারেন্গী লোয়শঙ্গী
চীংঙু খোয়ুম্ ফাওবনা হৌজ থেংখাং খারেদা

## কুন্তী-কর্ণ

মমা মচা অনীনা তাইবং মীলা ফম্বাক্তা
উৎপা কুন্ধে পাল্লগা লৈচীল্ পোমায় মহাংবা,
মাঙুদা ফম্বা মতাম্নে, থাংপদনি থারুবা।।
নোংলৈবাক্কী লৈকোন্গী পারিজাৎকী পামেন্দো
শীংঙেল্ চয়োং অমফাও শুনা লৈশাৎ তম্দেদো।।
লৈক্লৈরায় লাইফাওবা, কুম্গা হংঙোই মিতুবী
তাংশাং তুনাম্বীগুম্না ওইদো ঙম্না লাইরেম্বী
শীংঙেল্ লৈরাং লাম্বদা অপোম্বফাও খাক্তেদা
পামেন্ মরদ্ধ কোক্পনি, তঞ্চাই হেক্তা মচাইদা
খুবাম্ চোম্বা তাম্নেদো, ঙক্ই লাইমা ওম্বোক্পা,
কম্দৌরিবা সোম্দনা শীংঙেল্ লৈরাং পান্নবা
চীংঙু লৈরোই হঞ্জবা, সোরারেম্বু কিবনা
লাইয়াম্ অতৈ অদুগা শাউন-পন্দোন্ লোম্বনা
খুৎ থোক্তেদা মখাক্ই।। অদুদগী অবাবা,
কুন্ধো মানা পান্দ্রবা, পাল্লবসু চারুবা
থম্মোয় লৈকা খোন্না খোন্ লৈচীল্ থোঙ্মায় মরোম্বা
তাংজ ফিখুম্নবগুম্ হংলাক্ নাহুই মকাঙ্বা
সিবু লাইগী মচংলা? ওইজনীংদে কৈদৌনুং
থম্মোয়সিনা মপাম্দ্রে পুন্সিসিদা করিনুং।।
মহোয়দুগী মহুত্তা তাইবং মীপোক্ ওংজগে
অবাবদা তেঙ্বাঙ্লা হেক্নাইবদা তেম্শিংগে,
পিরোইননা লেল্লসু অহীরুবা খোঙ্ফম্দা।।
লৈতোন্ শরদ্ধ পান্দেগুম্ পঙ্ঙাংদ হেক্ ঙাংলেদা
পঙ্শক্তা হেক্ মশক্লে খোয়খা লিন্খা থানুসি
নুংঙাইনবা হায়দুনি, অদুম্ পঙ্তা মতাসি,
ইনাতগী খয়াংনা শংগোম্ মপাল্ লেক্খিবা,
লাইনা য়াংপা খয়াত্তি য়ারোই করি চাদবা।।

## কুন্তী-কর্ণ

চীন্‌সিনদি অমত্তা কম্‌দৌসিবা লুপ্রেনা-
লৈমা কুন্তী মহাক্সু পারী মাবু কোন্দুনা,-
"ইমাইবুংঙো নিংথৌবা, ঙসি নমা ঐহাক্না
পারী নঙগী নফম্‌দা থম্মোয় কিশি থম্লোইকো,
নঙবু পোক্‌পা পম্বৌদি তারো ইমা হায়গেকো-
অঙান্‌ কোয়ৌ পাম্বোইবা, তাউদন্‌ নহা অঙাম্বা,
নোংপোক্‌ নোংচুপ্‌ অনীদা সনজীংগুম্‌ ঙাক্লিবা
লোইবি নাপোম্‌ অনীগী অঙান্‌ লোক্তা মীকপ্পা
অমম্লোক্তা য়াত্তাবা; মাগী মশেক্‌ লীশীঙনা
মায়গৈ খোন্না য়েল্লিবা হরাও মোমোন্‌ মায়থোঙনা
তাইবং'পুম্বা কোল্লিবা নুমিৎ কৌবা লাইনিদো॥
লৈপাক্লিগী চৎনরোন্‌, মীনোক্‌ মৈখূ মৈশাদো
কিখিবনা নমানা খোল্লাং ঈরীক্‌ অমগী
লম্মল্‌ শীংদুম্‌ মচেৎ'মা তোন্দে নঙদি ইমাগী
ইথালক্তা চাউখিদে নিংথেম্‌ নঙবু ইমাগী॥"
হায়রে অসি মকপ্পী কেম্‌দোয়রবী লৈমদো॥
মমাই বাহে খুদিংদা চেঙখৈবগুম্‌ নীক্লেদো,
থম্মোয় মাগী বৈকর্ত্তন্‌ নুংঙাই ঈথক্‌ হৌইদো
মথম্মোয়দা কপ্লসু মায়থোঙদদি মনোক্‌ই
কোয়ৌ মাগী পারীনি খল্লুবদা চাউথোক্‌ই,
তোল্লে খম্বা মথম্মোয় মদোম্‌ থম্মোয় নুংদুদা॥
মালঙ্‌ নোংলম্‌ তাইবংনা মীংকুপ্‌ পুঙজা খুদিংদা
মাগী মপান্‌ তাংলিবা অঙান্‌ কোয়ৌ পাম্বোইবৈ
চুপ্থা হৈরাঙ্‌ করম্‌ শক্‌ অদু বারম্‌ অপূম্বৈ
বারী লীখোঙ্‌ মথঙশিৎ ঈনোৎননা হংজবা,
কর্ণ মানা মমাদা খুক্‌উ খুদক্‌ লৈতাবা
খুবাঙ্‌ অনী লোয়বা নোঙ-মতৌ উংলক্‌পা

## কুন্তী-কর্ণ

মতৌ লাংওন্ অদুদা নূরা নৈরাং কুন্তীদো
খাক্তে মাগী নৈজবা শুনা পাউখুম্ মপীদো
কেম্দোয়রবা থম্মোয়-ফা অশ্বে খোঙ্বান্ থৌদোক্তো
মিৎলূ ঈরা ঈরোয়না মথঙ্শিংনা তন্নেদো;
কৃষ্ণে কাদা তম্বগুম্ খোইদীং মখায় তাদেদা
মপারীগী কাদসু।। হৌজ থেংখাঙ্ খূদিংদা
ৱাঙ্থ লায়কম্নদুনা তম্বনিদো মপাউখোল্
পলেম্ ওইবী মহাক্থক্ নৈজ-থৌনা পুন্না খোন্
পীনহৈবা পাদাম্বা ঙাক্পীহৈবা নিংথৌবা
পারী মাগী মকাদা ৱাফম্ খূদিং শুনবা।।

মতৌ লাংওন্ অসূম্না ৱাবী পরীং য়াৎলক্পা
নূবা লাংলেন্ কুন্তীনা; খোল্লাং মায়োক্লদ্রিবা
পারী নাৱা অদুনা হঁঙা হঁঙা শৈদম্না
কোরী পুল্লাং নুংদা চন্, হীক্থববা থম্মোয়না
পূক্চেল্ তঙ্গী অশ্বগী ঈচেল্ মাগী মকাদা
নাৱা মাবু শিন্নরক্ মতাঙ্ অদু ৱায়বদা;
পাথৌ নহা বৈকর্ত্তন্ লাঞ্জিং পুরেন্ অথৌবা
মথম্মোয়দো ফুক্লক্লে লোম্নে পন্দোন্ অৱাবা
নোংখোঙ্ ফূয়বা নোংহৌগুম্ মিৎলূ নাপোম্ ঈরানা
জর জর শিন্থরা অহীক্লবা খোন্ফম্না
মেল্লি মপাউ পলেম্দা চিংনা য়েংনা নুংহীক্লা,-
“হায়য়ু ইমা কুন্তী নঙ! পলেম্ নঙ্গী থম্মোয়দো
অরোৎ অফোঙ্ নাইদুনা কিশি পৱৈ লাক্নুদো,
ঙসি নচা কর্ণদা য়াৱা ফীগে শেংঙুদো,
অদুঙৈগী ৱাংলেন্গী অশ্ব হিদেন্ নাৱাদো
খোল্লাং মনম্ নম্দ্রিবা কোরৌদুগী পারীদো

কোরী ফৃদা হাপ্লদা ইমাই খৃত্তো নীক্খিদ্রা?
ইমা নঙ্গী মীনুংশি খজিক্ ফাওবা পোক্খিদ্রা ?
অসিমসু তোক্পীরো, নাবাদুবু ইমানা
পুল্লাংদুদা কদায়দা চৎলো হায়না তাক্লুনা
ঈপাক্তুদা শিন্নবা! পলেম্ পৃক্চেল্ কম্মল্লি,
করি মতৌ কৌবগে!” হায়রে কর্ণ “ঙম্মল্লি”।।
“ঙসি নচা কর্ণনা গঙ্গা ইমা নীংলক্পা,
চুপ্লেদনা অসিদে-ইমাই চেংলৌ নুংশিবা
ইমা গঙ্গাই তম্পাক্থক্ খুকম্জবা ফংজরে
হিংজমন্গী তোংজরে পোক্চমন্গী কান্নবে।।
অদুমক্পু কর্ণ ঐ, বাংলেন্দুগী নাবাগী
শক্তম্ মিরেন্ লাক্লুবা নুংবংনবা থম্মোয়গী
ময়ি লীশীঙ চৎলেদো কায়দে হায়দা খাক্লে ঐ
পলেম্ নঙ্গী নসুংলাং নীংঙম্দেদা কর্ণ ঐ।।”
পীনহৈবা কর্ণগী থম্মোয় ফৃক্পা মপাউদো
তাকবদা কুন্তীসু থম্মোয় ফুক্লা খুম্মিদো,-
“ইমাই’বুংঙো নুংশিবা, মফম্ মতম্ অদুগী
থম্মোয় মৈচাক্ অদুদি লাইবক্ থীবী নমাগী;
নহাক্লদি খঙ্লোইদো, মমাতনা খঙ্গনি
অশ্বে খোঙ্বান্ অদুদা ওন্না থোইনা খাঙ্বনি;
অঙাওবীগী পান্দম্গুম্ থম্মোয় অসে নমাগী
কেন্দে হায়দা খাক্খিদো।। বাংলেন্ মতাঙ্ অদুগী
য়েক্খি মমি খিবিক্তো তম্বদবু লায়বনি
নুংগা পান্গা ওয়্নেদো বাখল্ লৌশিং মাঙ্বনি।।
লৈপাক্নীদি চৎনরোল্ মীনোক্ মৈখ্ মৈশাদো
কিরুবনা নমানা ওইখিবনি থৌদোক্তো;
অসি বাদি নহাক্সু অখঙ্শীংদা চব্বনি

ৱাগী ৱাখোঙ্ অপুম্বা লোইনা ঙম্না খঙ্গনি।।
অদুম্হীক্তি নমাসু নহা-ই পুকচেল্ ওইবনা,
শীজিন্ননু হায়রম্বা মফম্ মতম্ য়েংদনা,
দুর্ব্বাসাগী লাইহংলোন্ লাইৱাদুগী মতীক্তো
য়েংনীংবগী ময়াঙ্গীনা ওইখিবনি মতৌদো।।
পারী নাৱা অদুগা কায়নরম্দাই ৱাংলেন্দো
ইমাই থম্মোয় অসিমক্ নঙ্গী কাইন-মৈশা লাং
অনী থোক্লা চিংখাইখি পারী নঙ্গী নসুংলাং
হৌজিক্ ফাওবা তাইশিন্দ্রি, অদুঙৈগী মৈচাক্তো
ঙসি ফাওবা মুৎত্রিদো।। নিংথেম্নুঙ্গী থৌদোক্তো
চাম্মা মঙা অনীগী খূৎলায় চাংয়েং উৎঙৈদা
গুরু কৃপাই ৱাহংদা লৈপাক্ মীয়াম্ মমাঙ্দা
পিবাংতনা মায়থোঙ্ লূপ্ নখা ক্রক্ ক্রক্ চীক্তুনা
থিংলৌ তক্পী শোন্দুনা নমায় নোংথক্ ওন্দুনা
কিন্থবা থম্মোয় ফা হীক্হাইনবা খোঙ্ফম্দা
নমা ঐবু শোল্লক্পা মতৌ অদু উবদা
কায়রোইদৌবা মথম্মোয় যাউববনে মালেম্দা,
কবম্বদি মমানা মচা মাগীদমক্তা?
মমা মাগী থম্মোয়দি মমাতনা খঙ্ভীদো
লিন্না চীক্ত' মহাক্তো খঙ্লোই লিন্গী মহূদো
লৈতোঙ্গিনা খৎলরোই থম্মোয়নুংগী ৱাফম্দো।।"
হায়বে কুন্তী মকপ্পী মপারীবু কোন্দুনা।।
সিগী মতুং তাবদা পেন্খিবনা কর্ণনা
মথম্মোয়দো ঈংজরে মমাই ৱাহে অদুনা।।
কর্ণ অমুক্ হংজৈদো মঙা য়োক্পী মমাদা,-
"হায়যু ইমা কুন্তী-ও! ঙসি নচাই কাসিদা
ইমা নঙনা লেঙ্লক্পা নুংঙাইববা নোংসিদা

## কুন্তী-কর্ণ

অপোক্পীনা পেন্‌গবা ক'ম্বা ঈরাং থৌনিদা?
মপোক্ থীবা নচাদি ইমাই চেংলৌ উবদা
পোক্চমন্‌গী তোংজরে, হিংজমন্‌গী পেল্লেদা
লৈত্রে অমুক্ অপাম্বা ঙসি কর্ণ ঐঙোন্দা।।
ইমা, নঙ্গী অপাম্বা ঙসি কর্ণে ইফম্‌দা
পলেম্ পুক্নীং তেংথোক্লা তাক্পীয়ুদো নচাদা
থবায় কৎলো হায়বীয়ু চিংনবিনু কর্ণদা
য়াইবি থবায় মঙামক্ কৎকে পলেম্ নগাইদা।।"
লৈমা কুন্তী পেন্‌থ্রবোই হন্দক্ মচাই মপাউদা,
"সনা মতুম্ পারী-ও! পুন্নমক্সে হৌব্রেদো-
নহাক্নকী নমাঙ্দা য়াংলোই ননাও মঙাদো
নিংথেম্ মচাই হৌনবী শরীতনা পল্লেপ্পা
চৌবরগী হাক্তক্তে মবন্-মথুম্ তাক্হল্লা
য়ুল্লিং খুল্লিংহল্লেদো পুক্ফত্তবা চাম্মনা।।
হায়নবগী মতুং ইন্ ননাও মঙা অদুনা
তবানিথোই উমংলোই ননাও নুপী লোয়ননা
উমং-ব্রামং য়াহীপ্ তান্ উহৈ-ব্রাহৈ চীন্দম্লা
কে-কৃ শরী পল্লেপ্‌খি, লাংহৈ কুম্‌জা অমনা
ফোংঙম্‌দনা লোৎপনি মস্য লৈবাক্ বিরাট্রা।।
অদুফাওবা দুর্য্যোধন্ হন্দে লাইমা ফত্তেদা,
হন্‌ফম্ থোক্পা মরৈপাক্ ননাওশিংদা হন্দেদা।।
সিগী মতুং তাবদা মম্মী খন্বা, লোইনবে-
চাম্মা মঙা অনীমক্ ভারত লাঙ্গাও থৌবাংলে।।
অদুননে নিংথৌবা, ব্রাফম্ অসে লুবক্লে,
ননাওশিংবু তেঙ্বাংঙু ওইয়ু নঙ্সু য়াইফবা
হায়গে খন্না লাক্পনি অসি ব্রাফম্ অরুবা,
ঙসি নমা ঐহাক্লা পারী নঙ্গী নফম্‌দা।।"

## কুন্তী-কর্ণ

লাল্লোই তাম্বা কর্ণদো, হৃদক্ মমাই ৰাফম্‌দা
খাম্বি মৈত্রেং অরাবা হন্না মৈবূন্ চূরক্লে
ঈংলুরবা মথম্মোয় লাউনা খোংনা চাক্লক্লে।।
পারী কোক্লেন্ বৈকর্ত্তন্ খাঙ্‌হৈবগী ৰাংমা লান্
ওইরে, মতৌ ওম্থোক্‌পা নীংঙম্‌দবে মৈরী লান্
চাক্‌খংলক্লে মথম্মোয় মৈরী লীশীঙ্ ফাংদুনা
ফাঙম্‌দরে মপূক্লীং মেল্লি মপাউ মমাদা,-
"মঙা পোক্‌পী অপোক্‌পী, ইমা নঙ্‌গী নফম্‌দা
ঙসি নচা কর্ণনা হায়গে তারো ৰাফম্‌দি,
অদুঙৈগী লাংফম্‌দো হৌখরেদো ঙসিদি।।
য়াইফ-ৰাংলেন্ পূঙ্গোইদো ইমা ইচাই মফম্‌দৈ
মুম্বিখরে মখোয়না খূৎলায় চাংয়েংবুঙ্‌দুদৈ
চীংঙু খোয়ুম্ ফত্তবে খয়াৎনুংদা তাদুনা
মীফত্তবা দুর্য্যোধন্ মাগী লৌনম্ লৌশিংনা
নচা কর্ণে হক্‌'পূম্বা, ইশামক্কী শবীনা-
কুক কোক্লেন্ মসুংলাং শবী কোঙ্গোই হূক্‌খিদা
থৰায অসি য়োম্দুনা লৈপাক্ মীয়াম্ মমাঙ্‌দা
নচাই ইমায় ঙাক্‌পদৈ।। মতৌ লাংওন্ অসিদা
ঙম্লোইদৌরে পাঙ্‌থোক্‌পা ঙসি ইমাই য়াথংদো
ৰারৌবিনু নচাবু ঙাক্তে ৰাফম্ খিবিক্তো।।
ৰাংলেন্দুদা নচানা ধনঞ্জয়বু ইনাওনি
খঙ্‌লম্লবা থোক্লবা করি-ই লাম্বিংনকনি?
লৈপাক্ মমাঙ্ অদুদা ইচীন্ ইনাও অনীনা
লাল্লোই য়াইশা তোম্পোক্লুম্ লাল্লাও নোংখাক্ খোল্লোইনা।।
ইনাও লৈরাং পার্থসু ময়াম্বুংগী চীচ্ছক্তা
নাতে কারল্ লান্দুনা য়াৰা মপাউ হীক্লোইদা
করিগুম্বা খঙ্‌লবা, কর্ণ ঐগী ইফম্‌দা।।

## কুন্তী-কর্ণ

চীংদা শাংগী ইঙাল্লে চিন্নদনা কেন্‌খিদা
কল্লক্‌ইদা কল্লক্‌ই, চন্নদনা মাঙ্‌খিদা।।
ইচীন্‌-ইনাও মরক্‌ খায়, বাংলেন্দুদা পলেম্না
বাগী নাখে শেংলম্লো ঙসিগুম্না ইমানা;
বাজরুনি করিগী য়াংলোই ইনাও মঙাদো
কর্ণ ঐহাক্‌ হিংলিঙে।। ইমা, নঙ্‌গী থম্মোয়দো
ওম্থোক্লসু কল্লিদা, ঙক্‌ই লাইমা ঙশীদো!
লৈদগীসু থোংলবী নুপী ওইবী-ই থম্মোয়দি
নুঙ্‌গুম্‌ কল্লি হায়বদো খঙ্‌লে ঙসি নচাদি।।
মীফত্তবা দুর্য্যোধন্‌ মাগী মাম্‌-ম সিগৈজন্‌
শৌকুনিগী খুজিন্না হিগাইবাবু মকাম্‌সন্‌
চৌবরগী পোম্থাদা শুঙ্কাৎ য়াইনা শুন্নবা,
মচুম্‌ তাবা শামুগুম্‌ শরীতনা পুল্লবা
য়াংলোই ইনাও মঙাদা, অরাক্‌ অতম্নদুনা;
অচুম্বতা ঙাইওইবা ইনাও মঙা য়েংদুনা
কর্ণ ঐগী ইমাঙ্‌মক্‌ ঙাংহৈদবা বাঙাঙ্‌না
ঙম্লোই খঙ্‌না ওৎখিবা, অদুদগী হেন্দুনা
থাজদগী থৈরিবী, কোরৌদগী লোৎলিবী
ইনাওনুপী দ্রৌপদী চাক্‌খুম্‌ থোক্‌পী লান্দবী
চাক্‌হেঙ্জবী মহাক্‌পু ঙম্লে হায়বা নাওংদা
পাম্বা শারাক্‌ তম্বগুম্‌ দুর্য্যোধন্‌গী মিৎলৈদা
দুষাসন্না মশম্‌ লাক্‌ চরৈ ফিমুল্লক্‌পদা
ইবুধৌ ভীষ্মা অথোইবা দ্রোনাচার্য্য অহেম্বা
অঙম্‌ অথৌ কয়ানা শুনা ঙম্না লৈতেংবা
ফম্‌দৌ হুন্মুমরীগী চৈরাপ্‌ মমাঙ্‌ অদুদা
ঙম্‌দে খাম্বা কনানা, য়েংহৈদবা মতৌদা
কয়া অমা লাক্লবা -হরি মানা কন্‌খিদা।।

## কুন্তী-কর্ণ

কৌরব চাংমে য়াইতম্বান্ দুর্য্যোধনগী মিৎলৈদা
অমত্তগী লৈঙাক্লোন্ শৃংগ্নম্ বায়েন্ শাজৈদা,
পাণ্ডদুম্ তূম্বা চৈরাগ্ মাঙ্ হন্ন হন্না ওৎপদা
ইকায় হজোই য়ান্নবা কয়া বানা লেন্‌খিবা
ইনাও নুপী মহাক্লা ।। অদু 'পূম্বা খল্লুবা -
হিংনীংদরে কর্ণ ঐ, কুরু মচেঙ্ চারুবা
থম্মোয় অসে কায়রেদা ।। খঙ্লন্নবা থোক্লবা
মাঙ্‌জৌননা ৱাফম্‌সে, ইমা নঙ্না তাক্‌পীবা;
কৌরব লখা লাক্‌সনু ঙসি কর্ণে মাঙ্‌সিদা
কৌরব শাগে হিংখিদ্রা মালেম্ লৈকোয়বুঙ্‌সিদা?
থম্মোয় খূদুম্ শুদুনা লেঙ্গবতা ঙাইরেদা ।।
অদুমক্‌পু কর্ণ ঐ, ইমাই নীংবা থুংনবা
পুন্সিসিনা লৈরিঙে পলেম্ নঙ্না পাম্‌জবা
লাম্ঘোংতদি শীল্লম্‌গে মীচঙ্ লেপ্পা ঙম্‌দ্রসু
পূক্‌ফত্তবা দুর্য্যোধন কৌরব মচেঙ্ চানসু ।।
কুম্‌জা অসূক্ কুইববু পারী মঙা লৈনসু
অৱাবতা শরুক্ তম্ খাঙ্‌লক্লবী পলেম্‌গী
থৱায় মিরেন্ শক্লিবা য়াংলোই ইনাও মঙাগী
য়াইবি মিরেন্ তন্না চূপ্ ইমা, নঙ্গী নফম্‌দা
মৈদা মৈ হাপ্লরোই ।।" হায়রে কর্ণ মমাদা;
চীংঙু খোয়ুম্ পল্লেপ্পা শরী পন্দোন্ লোম্লেদো ।।
অদুফাওবা বৈকর্ত্তন্ মথম্মোয়দো পেন্দেদো
থিংলৌ তক্পী শোন্দুনা তারে মখা লেপ্তেদো, -
"মহী ময়াঈ চেল্লবা অকী-অথূক্ শক্লাইবা
হিংচা য়াইতম্ কয়াবু লাক্লা হাইনা পাজবা
ফিবূন্-হাবি শন্নগুম; য়াংলোই ইনাও য়াইমবা
য়োচ্ছূক্ শূবা ভীম্‌থৌবা পম্বৌ খঙ্গোন্ পাদম্বা,

## কুন্তী-কর্ণ

পাঙ্গল্ কম্বা বৃকোদর মহাক্তসু নত্তবা,
মীরক্তগী থোইরবা লাইরক্তগী তান্নবা
মপা তাম্বা কাওরেন্গুম্ পার্থৌ মপা লৈতবা
তাইবং 'পূম্বা নাওকোম্বা কৃষ্ণ পার্থৌ শান্নবা
পানাইদবা লীরূঙ্না মাগী শূৎ-শূ ওইজবা
লী-শূ তেন্-শূ পাদাম্বা লীকাপ্ চুম্বা পাজুম্বা
লৈরাং নাইতোম্ শাৎপগুম্ শীংঙেল্ তোম্থিন্ ঙাঞ্জবা
লাংয়িংথৌগী চূপ্থা-হে ইনাও লৈরাং পার্থসু
ইমাই পারী মক্তনি ।। অসূম্ অদুম্ ওইনসু
নচা কর্ণ ঐহাক্না য়াংলোই ইনাও মঙাগা
ঐখোয় তরুক্ পুল্লপ্না নাকন্'মদা লেপ্লগা
তাইবংসিনা নাম্মা তা পারবসু ভারত লান্
ঙসি কর্ণে মিৎসিদা করি ওইনা উদে লান্ !
অসি 'পূম্বা হৌজিক্তি খঞ্জবতা ঙাইবেদা
নীংঙম্দেদা কর্ণ ঐ থম্মোয়দগী তাম্খিদা ।।
পলেম্ নঙ্গী থম্মোয়সে ওয়োক্লসু কল্লিদা,
নোংমৈ শীংজঙ্ লখানা থূম্না য়েনা থারফাও
কায়ররোইদা কৈদৌনুং তানি খন্দে ঈরীক্ফাও !"
বৈকর্ত্তন্না চাক্লিবা নীংঙম্দবৈ মৈরীদা
মঙা পোক্পী নূরাদো, মৈরী ফবা লম্মেদা
নুংশিৎ মায়রম্ মৈরৌনা, ঈকঙ্ ফবা পামেন্না
খাম্বি মৈচাক্ হুম্বগুম্ লাউনা খোংনা চাক্তনা
কেম্লে নূরাই মথম্মোয় হন্না খাম্বি মৈচূরে ।।
হান্নদগী হন্দক্না থোইনা হেন্না নুংনৌরে
মিজরবা খোঞ্জেল্দা পিরোই অহীক্লজবা
য়াম্বা নাতে মকাঙ্জে, -"ইমাই 'বুংঙো য়োইহৈবা,
ঙসি নমাই থম্মোয়সে শিবা মচেৎ খাক্লেদা

## কুন্তী-কর্ণ

খাঙ্‌হৈবগী ৱাংমা লান্‌ পারী নঙ্‌গী শরীদা
শুম্লনুবা কৈদৌগে ? নঙ্‌না ঙসি ইমাদা,
হন্দক্‌ ভারত লাঞ্জওসে ননাও মঙাই মায়কৈদা
মরেপ্পরোই হায়বনা ঙসি কৌবা নোংসিদা
মমা ওইবী ঐহাক্না মচা ওইবা নঙোন্দা
য়াইফ-পোৎলেন্‌ অমত্তা নিজ-পোৎলম্‌ শক্তুনা
নিগে ঙসি ইমানা; সিদা পারী নহাক্না
হাপ্‌কে হাপ্পোই ননীংনি ইমা করি শাউরোইদো ॥”
ঙাংজববু লোইদরি লাঞ্জিং পুরেন্‌ কর্ণদো,
লৈহাউ লৈরেন্‌ ঙম্‌জবা থম্বাল্‌ লৈকা খুৎম্নাদো
তম্না অমুক্‌ লোম্নরা কোলোয় মপাউ মেল্লিদো, -
“পেল্লে ঙসি কর্ণ ঐ ॥ নোংদম্‌ মরৌ চাউবগী
করম্’ খেন্দা পোক্লুবা, য়াল্লে মহয় পোক্‌পগী ॥
পোক্‌পদগী ঙসিফাও নিংথেম্‌ মচা ওইনা ওই
লৈপাক্‌ মীয়াম্‌ মমাঙ্‌দা ৱাবতনা শরুক্‌ ওই
শেৎপা মনীং থুংদ্রবা চাবা মথা তম্‌দ্রবা
ইনাও মহোয় মঙাগী কোরৌ নোংজা য়াইফবা
অদুতবু খন্দুনা ইমাই কাদা কর্ণনা
ইঙক্‌ অসি কক্তুনা নিজ-পোৎলেন্‌ শক্তুনা
কৎলবসু হৌজিক্লক্‌ কর্ণ ঐসে পেল্লোইদা !
পোৎলেন্‌-পোচ্ছক্‌ তাক্‌পীরো চিংন-ঈথক্‌ লাংনুদা
কচ্চরগে ঙসিমক্‌ ॥” হায়রে কর্ণ কুন্তীদা ॥
তাইবং মপূ হরিগী থৌজাল্‌তনা পাম্বে ওই
মচাই মপূক্‌ খঙ্‌লবী চাক্‌হেঞ্জবী মমা ওই
কুন্ত লৈরাং কুন্তীদো ঙসি কৌবা নোংসিদা
মপূক্লীংগী মৱাহে পারী কর্ণে মফম্‌দা
শিংশিংননা তেংনসু ঙসাইমখৈ লোৎলক্‌পা

## কুন্তী-কর্ণ

কৃষ্ণ মানা তাক্লক্পা ৱাফম্দুদি ফোঙ্দোক্পা
মওম্জদে ইবেন্মা, খোঙ্ফম্ লৌমাংনবনি;
হায়সি কদায় ৱামাঙ্বা হায়দসিসু কিবনি
হুরি মাগী খৱদা ।। কাইনথঙ্দা নূরাদো
লৈজ-থৌনা খোম্দুনা কাংথোরক্লে ৱাফম্দো
মচা ওইবা মকাদা মমা ওইবী মহাক্না
হীক্হাইনবা খোঙ্ফম্দা চৈশৃদুমা পাল্লোইনা, -
"ফরে ফরে য়োইহেবা, হন্দক্ ভারত লান্ফম্দা,
ৱাদুনতা লাক্লবা ননাওশিংগী মায়কৈদা
পারী নঙ্বু নিংথৌবা, মরেপ্পরোই হায়ববা ?
নোংদম্ থীবা নোংদম্দৈ ইচাই চেংলৌ উজবা
ফংদ্রবসু নমা ঐ, কোরৌসিদৈ হৌদুনা
নঙ্গী য়েৎকী খূদোপ্নী অদুতবু য়েংদুনা
অহীঙ্ নুংথিল্ অনীদা থাজ-কোরৌ ওইদুনা
ইচাই চেংলৌ য়েংবগুম্ য়েংজহৌগে নমানা
হিংলিমখৈ তাইবংদা সনা হৈৰু শক্লুনা ।।
অদুগনে বৈকর্ত্তন্, পাণ্ডব ননাও মঙাগী
য়াইবি মিরেন্ কোন্নবা, পেল্লোই পৃঙ্ফম্ মহোয়গী
য়াইবি-চূপ্লেন্ তেন্ মঙা, নঙ্না থল্লি হায়নৈদো
মদুতগা ইমাদা নিজ-পোৎলম্ শক্উদো ।।"
হায়রে ঙসি মচাই কা, কুন্ত লৈরাং কুন্তীদো ।।
খঙ্লোই হায়না ফোঙ্লুবা মমাদুগী ৱাফম্দো,
হুরি মশক্ খঙ্জবা পীনহৈবা পাদাম্বা
পেল্লে ঙসি মপূক্লীং থুংলে মাগী অপাম্বা ।।
হরাও মোমোন্ পিরাংনা হেন্না মায়থোঙ্ মরল্ শক্
কৃষ্ণ মাবু থম্মোয়নুং চেংনা হন্না লাংপা শক্;
মোমোন্ মীনোক্ অমনা মপাঙ্থোংদা উৎলক্পা

## কুন্তী-কর্ণ

থোইনা হেন্না পক্‌চেদো তাদে করি থোইদোক্‌পা
মনাও লৈরাং অতোম্বা পার্থ পাথৌ ঙাইওইবা,
খঙ্‌লে মাদি বৈকর্ত্তন্ -নুংগী ৱারোল্ অথূপ্পা,
"হরি মাগী খূজিন্নি" শিংশিংননা খঙ্‌বনা ॥
ৱাদে করি মথম্মোয় মমা মাবু ফংবনা
ঙক্তো করি মপূক্লীং মমা মাগী থৌজাল্‌না ॥
ঙসাই মখে পোন্নস্বা মায়থোঙ্ থাজ থম্বাল্‌দো
লৈকঙ্ থম্বাল্ ওইদুনা মকা লাম্না শাংলেদো
চম্মনীপান্ মতৌগুম্ অশ্বে খোঙ্‌বান্ অদুদা ॥
অমুক্ পম্বা তৌদরে থোইনা হেন্না নুংঙাইরে
পেন্‌খিবনা মথম্মোয় নুংঙাই খেঞ্জোঙ্ লাংলক্লে, -
"ঙসি ইমা নহাক্লা নচা কর্ণ ঐঙোন্দা
তাক্‌পীরিবা ৱাফম্‌সে লোংলম্বদো নচাদা
ৱাইনা খুম্বা ৱাম্মেগুম্ ইমাই থম্মোয় লকাদা
লাউনা খোংনা চাক্লম্বা নুংগী মৈচাক্ লম্মেগী
ফোঙ্‌দোক্লবা থম্মোয় খোল্ তারে হান্না কর্ণগী
থম্মোয়নুংগী নাপ্পদা পলেম্ নঙ্‌না তাক্লুনা
ইমাই মায়থোঙ্ থম্বাল্‌দা তাবা মমি অদুনা ॥
কৃষ্ণ মাগী লীলানি, ঙক্তে নচা কর্ণদি
ফৈদা লাইবক্ মঙাসে, খঙ্‌দে ইমা নহাক্তি !
য়াইবি চুপ্পেন্ তেন্ মঙা, য়াংলোই ইনাও মঙাগী
লৈহৌইদো তম্পাক্‌য়ুম্, কংনি শোয়রোই ইমাগী
খূয়া থম্বাল্ অদুদা ॥ ঙসি, ইমা নহাক্লা
লাইবক্ ফবা নচাবু থৌজাল্-লাইজ খীক্লুনা
চান্বীবগী চান্বীবা নচাই কোনুং তম্‌দুনা
সনা শজায় য়ৌরুসি, য়াইফ-কোলোয় শক্লুনা
নশূ নমৌ খিবিক্কা নুংঙাই খেঞ্জোঙ্ লাংলোদা ॥"

## কুন্তী-কর্ণ

হায়ন 'সূম্না বৈকর্ত্তন্ দোল্লাই চাকা অদুদা
মাগী য়েৎকী খূদোম্বী তম্বুম্ হেক্তা থম্মীদা,
নাক্দগী থাঙ্লেন্ শৎ মীৎকুপ্ 'মগী মনুংদা
থাঙ্কক্ 'মদা কক্থংলে, 'নৌবা উনা অমদা
খূদোম্বীদু হাপ্চরে ।। উল্লেন্ মতা ফরবা
সনজীংগী নাপোম্ তম্ মিৎলু ঈরা চারবা
চাইরুঙ্ 'নীদু পূল্লং লং পেন্খিবনা কর্ণনা
ফরং চোংবা খূদোম্বী মমাই মাঙ্দা থম্দুনা
মঙক্ মফি য়েৎলগা খূক্উ খূদক্ কুন্দুনা
ঈচেল্ তম্বী গঙ্গাগী তোর্বান্ মতা ফবদা
কৎলে ওসি খূদোম্বী, মচা মানা মমাদা ।।
"লাইবক্ ফবী ইমাও ! কৎলে ওসি নুংশিবা
কর্ণে য়েৎকী খূদোম্বী থবায়মক্তা মান্নবা
ইমা নঙ্গী নফম্দা ।। য়েৎকী খূবী য়াউদ্রসু
অসিতনা থবায়-শক্ হিংজবনি কর্ণসু
নোক্ল-নোক্লা থৌবাংনা মঙ্লান্ পুন্সি ফম্বাক্তা
য়েক্লববু মায়োক্ য়া পুন্সি লান্ফম্ অসিদা ।।
থবায়বুদি পাম্দনা মিরেল্সিবু পাম্বোইদা !
পোক্পদগী নচাদি ওসি কোরৌ নোংসিদা
পলেম্নসু নাওকোন্দে পম্বৌনসু নাওয়োক্তে
পলেম্ পম্বৌ অনীসু নচা ঐনা কোল্লক্তে,
লম্জা সারা মপোক্ ওই হৌন-লোক্ষৎ খঙ্লক্তে
অয়োন্-অরান্ য়াউখিবা ঙাক্শীয়ুকো পলেম্না ।।
কর্ণ ঐগী খূদোম্বী বাংলেন্সিদৈ হৌদুনা
হিংন-লান্ফম্ কয়াদা নচাই থবায় শক্তুনা '
পলেম্ নঙ্বু কোল্লনু পম্বৌ মাসু খাক্তনা ।।
নচা তরুক্ লৈনমক্ অবা-শদৌ খোংলবী

ওসি কর্ণ ঐহাক্কী ইমা নঙ্বু নুংশিবী,
হন্দক্ ভারত লান্‌ফম্‌সে অমৈ কাদা য়োন্দ্রবা
মণ্ডামক্লা মায় পাক্নি, অচুম্বনা শক্লাইবা,
ৱাক্নরনু অশোক্‌পী, খঙ্‌লসনু লেপ্পমক্
ওসি কৌবা নোংসিদা য়োক্‌পা শেম্বা মপূমক্ ॥"
হায়ন-হায়না বৈকর্ত্তন্ ওক্কী চরৈ খাওন্দো
মতূপ্ অমা শেংতংলা অশোক্‌পদু মেল্লিদো;
ফাওদে করি চৈনাখোল্ পলেম্ মাবু ফংবদা
অদুঙৈদা পাদাম্বা, ভৃগুই পারী গুরুদা
লী-শূ, তেন্-শূ অতম্মল্ মাগী য়েংকী খূবীনা
গুরু-ই য়াথং ওাক্‌খিগুম্ চিংন-ঈথক্ লাংদনা
ওসি অশ্বে খোঙ্‌বান্দা মোমোন্ মীনোক্ মিতম্না
মাগী য়েংকী খূদোম্বী কংলে কর্ণ মমাদা ॥
অওক্‌পগী খূদোল্‌নি তাইবং থম্মোয় থূক্লেদা
মাগী খূদোল্ হাক্তক্সে মালঙ্ নোংলম্ খাক্তেদা
লাইগী নিংথৌ লায়িংথৌ ফম্বাল্ মুংত্রা খম্বদা,
সোরারেন্‌গী লাইয়াম্‌শিং ওম্না লোইনা মিপাইদা
সনা পূক্লীং লংজিনপুন্ খোঙ্‌ফম্ লৌমাংনজেদো
ফম্বাল্লাংবা ওম্‌দরে ॥ অদুমক্‌পু ৱাদেদো -
তীল্লাং অমুক্ য়োংপদা; অচুম্বনা তৌবদি -
ইপেন্দমক্ মপেল্লি অফবগী কাদদি - ॥
লাইগী কাঙ্‌লূপ্ হৌদুনা চোংবদমক্ ওাইরিবা
পারিজাংকী লৈরাংদো হেক্লে খূবাম্ চোন্নবা
হৈথরক্লে কর্ণদা পেন্‌খিবনা লাইয়াম্‌শিং ॥
জাহ্নবীগী ঈচেল্‌দো চেক্লে শীংঙেল্ লৈরাংশিং
কর্ণ মাগী মহাক্‌থক্ নোংগে তাদে চেক্লাশিং
হৈপাল্ লৈপাল্ খিবিক্ পুন্ মাগী মাগী মরোল্‌না

## কুন্তী-কর্ণ

লিবি কাইদ মালঙ্বা মাগী তাম্থা ইন্দুনা
খোম্মান্নবা খোন্‌ফম্না শৈফম্ 'মদা শৈহেক্রো
য়াবা মপাউ অথূন্বা শক্রুরক্কে কর্ণগী
য়াইফনবা মসুংলাং কোবৌ নোংজা অদুগী ।।
পাবী মাগী কর্ণগী থম্মোয় লৈকা চোইনা তা
চাক্ল, বানা খাঙ্দুনা লৈরিঙৈগী বাংলেন্দা
মথম্মোয়দু চাক্লুনা ওসাইমখৈ লোৎলম্বা
নুমিৎ কৌবা লাইদুসু অঙান্ কোবৌ পাম্বোইবা,
ওম্‌দ্রে খাঙ্‌বা তুম্মিন্না, মপারীগী খূদোল্‌দা
পেল্লবোইদা মপূক্লীং লৈচীল্ পোমায় হাংঙিদা
সিনি মায়কৈ লেপ্তুনা মাগী মঙাল্ মশেক্লা
মালেম্ অসি পূম্ঙান্ ঙান্ মপাবী মকা মতম্না,
পোম্বি চেক্লাই মতৌগুম্ য়াইফ-মপাউ শৈইল্লে
পাবী মাগী মহাক্‌থক্ য়াইফ-মীনোক্ মিতল্লে ।।

ওসি অশ্ব তোর্ব্বান্‌গী লৈঙোয় শেক্তা মথক্তা
খাম্বীনবা য়াউদবা ঈবাৎ-চবান্ থৌদোক্তা
চীংগু খোয়ুম্ মসুংলাং ঈবাৎপুঙ্গী লম্‌য়ায়-কা,
পঙ্‌ফত্তবা তাইবংমী হরাও নুংঙাই মথোই-কা
শানৈ য়ুনৈনবিঙৈ থোইনা হেন্না ময়াঙ্গী কা
খাবা লিংজেন্ শাকক্‌পা, মাগী থাঙ্‌য়ান্ থাঙ্‌হাই কা
মমুন্ ফবা হৈবাঙ্‌গুম্ ঙম্না লৈমায় খোন্না কেন্
খূৎ-শূ থাঙ্‌লেন্ য়াকুম্না লালু চোমায় চোইনা কেন্
য়াংদৌ ফরং চোংবগুম্, লাইশাশিংগী কয়াৎনা;
'নৌবা উনা মথক্তা মচাই খূদোম্বীদুনা
মুনা ঈঙাং পাক্তেনা ফক্লাং চুম্ মৈ শারক্‌পা
উরুবদা কুন্তীদো ওইবে মতৌ ওম্বোক্‌পা,

# কুন্তী-কর্ণ

অশ্ব হিদেন্ লৈমায়দা নূরা লেপ্ত্রে হাইহৎলে
থরো কাঙ্দ্রম্ ওন্দুনা বাবা পন্দোন্ লোম্লক্রে ॥
নোংদম্ মরৌ চাউরবা, অদুঙৈগী বাংলেন্দা
ফনেক্ খোইদোম্ শেৎলিঙৈ অশ্বে খোঙ্বান্ অদুদা
নীংঙোল্ ওইবী মহাক্থক্ লাইবা-ই মতীক্ য়েংঙৈদা
পারী নাবা মহাক্লা খোল্লাং ঈরী ঈখাই লাম্
চীন্দম্বদি ফংজদা লৈঙোয় শেক্তা তম্না লাম্
হঙা হঙা শৈদম্মা কর্ণ মানা চোংখিবা-
কুন্তী মাগী মিৎলম্দা ফাওরে থৌদোক্ অপূম্বা
উরে ওসি নৌহৌনা ॥ অবাবনি অবাবা,
ওক্থ্রেদকো লাইমসু বাংলেন্দুগী নাবাদি
মথালক্তা কোন্খিদে, ওসি কর্ণে খুদোল্দি
তাক্লরুবা নাইদনা লৈপাক্ মীয়াম্ মমাঙ্দা
থম্মোয় য়াওনা কোন্দৌরি ! করম্বদি খেন্ফম্দা
পোক্লবনা কুন্তী নঙ্ পূক্চেল্ অদুক্ কম্বদি
হাক্লা নূরা ওন্মীকো ! হায়রে ওসি ঐতদি
থোইরেন্ পূক্চেল্ লেপ্লবী চাক্হেন্বীগী মপোক্পু
পাম্লি কনা তাইবংদা অসিগুম্বা থৌদোক্পু ?
ঙাইহাক্ পুঙ্গোই অদুদা নূরা বাখল্ লাক্ইদো,
তাইবং মপু হরিগী থৌজাল্-লাইজ ঈথক্লা
চাম্থোক্খরে অবাবা, অদুতদা কুন্তীনা
মপারীবু চিংনা য়েং মতৎনৈদো মপাউদো,-
"নিংথেম্ নঙ্বু তাবরা ? য়াংলোই ননাও মঙাদো
বাক্চীং লৈরাং গুলাবকুম্ খাবা উল্লেন্ নংলেদো
হিঃ হিঃ মায়থোঙ্ য়াকা তম্ নোংমতবু নোক্চদ্রি
হিংন-পুন্সি লান্ফম্দা য়াইফ-খেঙ্লোঙ্ লাংজদ্রি ॥
অদুননে পারী-ও, করিগুম্বা নহাক্লা

# কুন্তী-কর্ণ

মায়োক্লবা লান্ফম্দা, নোংদম্বগী নোংদম্মা
ননাওশিংগা পাবদা লান্ঙম্ ফীরাল্ থেত্তুনা
য়াংলোই ননাও মঙাগী য়াইবি চায়বা তারবা
লাক্লো বাংলেন্ করি নোং; ননাও পার্থ নত্তবা
ননাও মরীদুদদি শিবা মখাক্ শক্তুনা
মথ্বায়তদি খাক্লক্উ নমা ঐগী য়েংদুনা ॥
মায়োক্লবা লান্ফম্দা অর্জুনদি নহাক্লা
নিংথেম্ শরী ঙাক্লজৌ ॥" হায়রে কুন্তী কপ্লক্লে ॥
মমাই য়াবা তাবদা কর্ণে পূক্নীং ঈংজরে,
নাকেন্থাগী উপাল্গুম্ তম্লে মপাউ মমাদা
পেন্খিবনা মথম্মোয় কোরৌ নোংজা অদুদা,-
"পূক্চেল্ লেপ্পী নহাক্কী নয়াথংদো কৈদৌনুং
হীক্তোক্চরোই নচানা পুক্সিসিদা করি নুং ॥
ইমা নঙ্গী য়াথংদি ঙসি কর্ণ ঐঙোন্দা
অরেপ্পনি তাইবংদা মালেম্নৈদা তারোইদা
কোরৌ নোংসু কাফদে ফীগাও শানা য়াগেদো
পাশক্ পুশক্ খঙদবা হায়নরম্বা লম্জাদো
ওইদ্রে ঙসি কর্ণ ঐ লম্জাই মিংথোন্ কোক্লেদো;
ঙসি কৌবা নোংদগী মমা মশক্ খঙলেদা
অসিদগী হেম্ব'মা লৈদ্রে নচা ঐঙোন্দা ॥
মালেম্ লৈকোয় পুঙসিদা মমা হায়দো লৈরবা
মহাক্তুগী অপাম্বা করি অমুক্ লৈগবা ?
মিহৌলাংনা কূপ্লবা নীনীতগী তাইবংদা
কুন্তী ইমা নহাক্পু ইমা ওইনা ফংবদা
লোইরে ঙসি কর্ণ ঐ, লৈদ্রে অতৈ পূক্নীগী
থম্মোয় মানা খোয়দাবা অপাম্ পোংলম্ নচাগী,
মালেম্ লৈমায় অসিদা চাংদম্নফম্ কর্ণগী

ফংদে লাম্ব পূক্লীংনা মরোল্ অহূম্মক্তগী ।।
পার্থ পার্থৌ ঙাইওইবা হরি মহাক্ নত্তুনা
লৈথক্ লৈখা পুন্না খোন্ খঙ্লোই অতৈ কনানা
মালঙ্ নোংলম্ তূনা ফাও মরোন্ তরামরীদা
তাইবং লীলা কূমদুনা হিংন-লোঞ্চং কয়াদা
ঐনা ঐনা তৌজবা থবক্তুগী মহয়দো
পূম্নমক্পু শেল্লিবা মহাক্তনা খঙ্ম্ভীদো ।।"
য়াবা মপাউ অথূম্বা 'সূম্না মেম্না কর্ণদো
সূরসেন্গী মমোম্লোই, নুংশিথোইবী মমাদো
খোম্লাং পারী নাবাগুম্ নম্দা থোংনা পোরেদো
দোম্লাইথক্তা ইরেন্-না ফম্হজরে পলেম্দো
খূদোম্বীসু হাপ্কৎলে; পেনখিবনা থম্মোয়দো
হরাও মীনোক্ মিতম্না য়াংগোই চূপ্পী থাদুনা
নুংশিং মমাঙ্ থাখরে সনা কোনুং তম্দুনা ।।

মতাঙ্ অসিদা মমা মশক্ খঙ্জদুনা কর্ণনা মমাগী য়াথং ঙাক্খিবগী তক্লক্ শুবা তাংকক্ লোইরে।

*****

# কুন্তী কর্ণ

(৭)

মাঙ্গা তুংগা য়েংবদা মাঙ্গী লন্থেল্ তেল্লবী
হনু মাল্লে চন্দুনা কপ্লাক্ কুরু শুংলবী
চৈ-শৃতনা পাম্বে ওই খোঙ্ফম্ লৌমাংনরবী
লৈমা লৈরাং কুন্তীদো মীৎকুপ্ 'মগী মনুংদা
দোল্লাইথক্তা ফুন্নুংনা মচাই কোনুং য়ৌইদা ॥
অঙ্গ লম্লেন্ মবুংঙো পীনহৈবা পাদাম্বা
ওসি কৌবা নোংসিদা থুংলে মাগী নীংজবা,
পুন্সিসিদা থিরক্পা পলেম্ মাবু ফংবদা
মায়খোঙ্ থম্বাল্ লৈকা ফন্ নৌনা খেঙ্খোঙ্ লাংঙীদা॥
দোল্লাই চাকা অনীগী গীরি গীরি খোঙ্খোক্লে
য়াংগোই শগোল্ মহাকী কুদ্রক্ কুদ্রক্ তাম্বানে
খোন্ফম্ অনী অদুনা খোঙ্খোক্ অমা শেম্দুনা
পলেম্ মাগী কুন্তীদো পুরক্পনি শুম্দুনা
দোল্লাই ফম্বাক্ থক্তুদা কাইদ কাইদা নোম্হৌনা;
ঈন্দ্রী শিংপা লম্বেল্দো খোঙ্শঙ্বনা ওাক্লিবা
সনা হোজঙ্ য়ৌরক্লে, পীনহৈবা পাদাম্বা ॥
বাংলেন্ মরাং হৌরবা পুংলুপ্ পুঙ্গোই বাংলেন্দো
ওইরে লাইমা অঙকপা নিংথৌ কোন্গী শক্তম্দো-
পাখোল্লোই-ও থৌগল্নাই, চাম্মা চাম্মা খুজীংনৈ
মহে মহে চেন্নরা ওয়া মথৌ মপায়নৈ ॥

## কুন্তী-কর্ণ

মপূ সনা খোঙ্দোই-ইন্ তান্য়েশঙ্গী তান্য়েবা,
পেরে লৈনাই খোঞ্জেল্দা য়াইফ-কোলোয় শক্চবা,
খোন্ফমদুতা তাবদা নিংথেম্নুবী খিবিক্লা
লোইনা ঙম্না চেম্থোক্লে, য়াইফ-পোৎলেন্ পায়দুনা,
মাগী মাগী শঙ্গায়দৈ মনিংথৌবু ওক্লবা ॥
অসিদসু নত্তনা নিংথৌ সেম্বা অঙম্বা,
লাম্মী তেংগোল্ অপূম্বা মশা মশাই খূৎশূনা
লৈতেংলবা মহক্চাঙ্ হায়নব 'মুক্ ঙাইদনা
হোজঙ্দগী শঙ্গায় তম্ লীক্লেংবগুম্ লেংঙিদো
ঋাংলেন্ মীৎকূপ্ অদুদা খূক্উ খুদক্ লৈতাইদো
তাক্লরুবা অমত্তা য়াওদে কনা মতৌদো ॥
য়েন্নীং থাগী থাজিন্দা শীংঙেল্ লৈরাং খিবিক্লা
তাইবং শেম্বা মহাক্কী য়াইফ-কোলোয় শক্লুনা
লিরি হুম্বা মালঙ্দা য়াঋা মপাউ মেঞ্জবা
তাদে করি মদুনা হূরে পূক্লীং অপূম্বা ॥
অঙ্গ লম্লেন্ মবুংঙো দোল্লাইদগী তন্কূম্ কুম্
পেন্খিবনা মথম্মোয় ইঙা-ইঙেন্ গুলাবকুম্
হরাও মোমোন্ মীনোক্তা খোইমু মপৈ ইম্বগুম্
ওইরে ঙসি বৈকর্ত্তন্ লৈকঙ্ থম্বাল্ মায়থোঙ্গুম্ ॥
ঋাংলেন্দুদা কর্ণদো অয়ূক্ কোরৌ মশেক্লে,
মিৎলূ ঈরা চাইফেম্নে, হুমাং লৈরীক্ মতানে
মায়থোঙ্ অদু পূম্ঙান্ ঙান্ হায়ফম্ তম্ফম্ থোক্তরে
পেন্খিবনা মথম্মোয়, লৈকা ফম্না শাৎলক্লে ॥
অদুঙৈগী লৈরাংলেন্ মল্ল মল্লা লৈনুংশি;
পাণ্ডুই লৈকোন্ হেন্নরৈ থোইন হেন্না মনুংশি,
ভোজ নিংথৌ মমোম্লোই কুন্ত-লৈরাং লৈনুংশি
নূরা কুন্তী মহাক্লা লাংতক্লবা মায়থোঙ্দ'

## কুন্তী-কর্ণ

নাক্ত য়েত্তা থৌগল্নাই পাখোল্লোইগী মরক্তা
থম্মোয় খাম্থি মৈচুনা দোল্লাইথক্তা নুংনৌনা
তাংজ মায়থোঙ্ লৈদা ওন্ মিৎলূ নাপোম্ অনীনা
চীংনুং লাইজ ঈফূৎথোক্, ওইদো হন্না অমুক্রা
থিঙেন্ লাইজ ঈনম্খায় কায়রে নূরাই মথম্মোয় ।।
মালেম্ লৈমায়থক্সিদা উদে কনা লৈরম্লোই
মহাকুম্বী বাজবী ।। মতৌ লাংওন্ অসূম্না
কুন্তী হায়বী ইবেম্মা, লৈরে তূম্মিন্ ফম্দুনা
মচাই মৈদা লূপ্তুনা খাঙ্লি ঙসি মিপাইনা ।।
মমা ওইবী মহাক্না লেঞ্জরম্বা অসূম্না
উদ্রে, কর্ণ করিনা মমাতবু নীংবনা
নুংগা পান্গা ওন্নেদো ।। পলেম্ মাবু থাংদুনা
পারী নাবা অমগুম্ মনম্গন্দা পোদুনা
কূম্থরক্লে দোল্লাইদে ।। পান্নাইদনা নুংঙাইবা
কর্ণ মাগী মথম্মোয় চাংদম্নফম্ লৈতবা
উৎথোরক্লে মপাম্ছোং বাংলেন্ মীৎকুপ্ অদুদা,
মায়থোঙ্ থম্বাল্ লৈকা ফন্ মিৎলূ ঈরা হৌইদা -
থৌগল্ লাংগন্ অপূম্বা অদুক্ য়াম্না লাঙ্লিবা
মাগীদমক্ তম্দুনা, অমত্তবু উদবা -
অঙাওবগী পান্দম্গুম্ কোংনুং মনুং কোয়রক্লে
পেন্খিবনা মথম্মোয় সিনি হায়ফম্ খঙ্দরে ।।
মঙা য়োক্পী লৈমদো কর্ণগীসু মমানি
খঙ্লসনু নাওংগুম্ লয়না কোয়না চেম্বনি
মায়গৈ শল্লাই খঙ্দনা লৈপাক্ মীয়াম্ মমাঙ্দা ।।
মথম্মোয়দু ফূক্কুনা লৈমা মাগী পদ্মাদা
লাউরে থম্মোয় মপাউখোল্, - "হায় হায় নঙ্বু তাবরা ?
পদ্মাবতী লৈমরেন্ লৈমা নঙ্বু লৈতরা !

কুন্তী-কর্ণ

হৌজিক্ ফাওবা কৈদৌরি, থীল্লে থুরো থোয়ক্লো
যিবুম্ ফিশাং তিংদুনা ইমাই খুদা শেল্লয়ো
সনাই ঈঙ্গী শিত্তুনা লুপাই মফেন্ চপ্লিল্লু ॥
খীক্লেন্ লাইজ থীল্লে হাই খুয়া থম্বাল্ শেংনবা
ইমাই খুয়া থম্বাল্দা নঙনা ঐনা কৎনবা
য়াইফ-পোৎলম্ ৱৎফরোই, ইমা হান্না ওক্লোদো;
অদুঙৈদে থিরক্পা নঙগী ঐগী ইমাদো
ওসি কৌবা নোংগাশোই ইমা গঙ্গা লৈমনা
পীনবীরে কর্ণদা কুবি হৈবী ইমানা ॥"
ৱাফম্সিতা শোন্দুনা হন্না চেল্লাও লাওইদো
মমাই মৈনা ঙাওরবা লাঙ্গিং পুরেন্ কর্ণদো ॥
মনিংথৌগী মতৌদা অদুক্ য়াম্না লাঙলম্বা
লাম্মী তেংগোন্ থিবিক্সু মচা-মনাই অপুম্বা,
অতাবসু চেম্ঘোরক্, লোইনা ঙম্না মিপাইবে
অউবসু চেপ্লিল্লক্ মায়গৈ 'পুম্বা নীল্লক্লে ॥
মচা তরেৎ লোয়ননা লৈমা পদ্মা থোরক্লে
কোংনুং মনুং লৈমশিং অঙাঙ্-নুবী খাক্তনা
পুম্নমক্লা য়েংনৈদো থুক্লা কিনা মিপাইনা ॥
ওসি কর্ণে কাইদাদো ওইদো হন্না কাইদা 'মা,
য়েংবতবু হৈরবা ওইরে'দুসু কুন্তে 'মা ॥
তাইবং লীলা ফম্বাক্তা মানা মানা তৌজবা
ৱাৎলোই কৈদা লীলাসু মানা মানা ফংজবা ॥
থৌরম্নগা ফাংবনে, পাউদম্বদি অমখক্
ৱারেদকো করম্নো হায়গে ঐসু অসিখক্
ঙসাইদগী ৱাৎলক্পা মতাংদুদং তম্গেদো,
অথিরথে পারীগী সমু নম্দা কোম্বীদো
হনু মাল্লে চম্নসু সূরসেন্গী মোম্নুদো

## কুন্তী-কর্ণ

মঙা য়োক্পী ইবেম্মা, নূরা লৈবাং কুন্তীদো
পাবী কর্ণে মমাইদি মৈ, মৈবক্তুদা লোৎলিদো
চোক্থরবা মথম্মোয় মৈনোৎ 'মনা মৈচূরে
থম্মোয় থম্মোয় ঈখোল্লক্ ঈরম্ ঈথৈ ঈচাবে,
মমা মচা অনীমক্ ঈরোঙ্ 'মদা পূন্দুনা
ঈচেল্ 'মদা ঈতম্লে, ঈপাক্ 'মদা তিন্দুনা
চোংথদুনা লূপ্পনা অতৈ অমা উদবে,
মমা মচা মান্নরে নুংগা পান্গা ওন্নরে,
পদ্মাবতী লৈমনা খাল্লদতা খঙলক্ই
নুংশি ঈবা ঈথিংনৈ, মপান্ লৌশিং তারক্ই ॥
মতৌ লাংওন্ অসুম্না কোনুং মনুং অদুদা
নীল্লম্বদো ঈংলেদো ॥ কোংনুং পাউদু তাবদা
লৈপাক্ মীয়াম্ অপূম্বা খোইবেন্ মসা পাল্লক্লে
হবাও মথোই কাদুনা মহৈ মহৈ পেন্নবে ॥
মচা মমৌ অনীসু অমুক্ মমাই মৈদুদা
মশূশিংগা লোয়ননা নৌনা ঈবা হৌইদা ॥
খীক্লেন্-লাইজ ঈপাল্ লোক্, হৈনম্ লৈনম্ চূববা;
মনেম্ কুন্তী মসুংলাং বাত্তে পোৎলম্ অয়াম্বা
লাঙজবেদো পদ্মানা পুথোবক্লে শুনবা
মমাই খূয়া থম্বাল্দো শেংদোক্চরে নীংথিনা
লৈমা নিংথৌ ওইবিবা পদ্মা কর্ণ অনীনা ॥
পলেম্ মাবু চিংন য়েং নোঙ্গ-বাহৈ লৈতেংনা
মখোঙ্ শোক্না খুরুম্না য়াইফ-পোৎলম্ পোৎলেন্দো
কচ্চবেদো মমাই কা ॥ অদুদগী কর্ণদো -
মথুরাগী লম্লেন্দা হিংচাবদি য়াইতম্বা,
কালেনেমী মশাইয়োন্ লান্নদুনা পোক্খিবা
উগ্রসেন্গী পারী শক্ দ্রুমিল্ মানা পোক্চবা

## কুন্তী-কর্ণ

হিংচা-লাল্লোই নিংথৌরেন্ মহী ময়াঙ্গী কল্লবা
মতীক্ লৈবা কংসনা, সনাতনা পূম্নোবা
থাক্লোন্ চান্মে তাঙ্বন্দা, লাংগোই লাইশা য়াইবোইবা
ঐরাবতকী মপারী শক্লাইবদি পাংগম্বা
কুবলয়গী মপান্না হুরি মাগী মায়োক্তা
নাপন্ য়াইথোঙ্ লোম্বগুম্ ঙসি পাণ্ডব মঙাদা
কৃষ্ণ মহাক্ লৈনা লৈ, য়াংলোই মনাও মঙাগী
য়াইবি-চুপ্লেন্ তেন্ মঙা মতেঙ্তনা মদুগী
পাণ্ডব মঙাই মায়োক্তা নাপন্ কানা লেপ্পুবা;
য়াংলোই মনাও মঙাগী য়াইবি মিরেন্ কোন্নবা
তেল্লাং মঙা অদুমক্ লৌথোক্লুরে থীন্দনা,
সনাই পৃথম্ অমদা হাপ্চরেদো তেল্লাংশিং
খূক্উ খুদক্ লৈতানা কচ্চরেদো পুন্সিশিং
পলেম্ মাগী মকাদা মচা ওইবা মহাক্লা ।।
কেলোয় মপাউ মৈঙ্গেদো মমাই মাঙ্দা থম্দুনা,-
"ঙসি ইমা ইবেম্মা, পলেম্ নঙ্বু নুংশিবী,
কুন্ত লৈকোন্ ঙান্নরে চাক্হেঙ্গবী অথোইবী,
অদুঙৈদে নচানা লাঙ্জরক্পা মঙাগী
য়াইবি চুপ্লেন্ তেন্ মঙা, কংলে ঙসি ইমাগী
খূয়া থম্বাল্ লকাদা ।। মসিতগী মপান্না
কুম্জা অসূক্লুইবসে নাপন্ য়াইথোঙ্ লোন্দনা
হন্দক্ ভারত লাঙ্গাওদা অর্জ্জুন্ ঙম্গে শরী শোন্
করি লৈতে খন্দুনা চীংঙু খোয়ুম্ লায়না সোন্
লেঙ্গরুবা বৈকর্ত্তন্ ঐমুক্ পঙ্বা লৈতরে
তাইবং লৈকোয়বুঙ্সিদা ।।" হায়না হায়না তুরক্লে
মমাই মখোঙ্ কোন্দুনা নোংখোংবগুম্ কপ্লক্লে ।।
অধিরথ-রাধাগী থাজ তম্ফা য়াইবোইবা

## কুন্তী-কর্ণ

অঙ্গ লল্লেন্ মবুংঙো মখূৎমক্লা কচ্চবা,
পলেম্ মাগী মসুংলাং অনীশুবা পোৎলেন্দা
পেন্খ্রবোইদা মথম্মোয়, কোরৌ নোংজা অদুদা,
নূরা লৈরাং কুন্তীদো চাক্লা ৱানা খাংউীদা ॥
ৱাংলেন্ মীৎকূপ্ অমৈ তুং পারী মণাই তেল্লাংদা,
চিংনা অমুক্ য়েংজরক্ মচা কর্ণে মায়থোঙ্দা
শংত্রিক্ অমুক্ ময়েংলক্ মণা কোম্বী লৈমদো
মিৎলূ ঈরা ঈনোৎ হাপ্ মদোম্ হীরী কোল্লিদো
পারী মাগী খম্বদা ঙসি কুন্তী লৈরাসে -
"পারী কোক্লেন্ বৈকর্ত্তন্ অঙাম্বগী পারীসে -
মদোম্ পাঙ্গল্ লৌশিংনা হোৎনজমন্ মহাক্কী
মপূ ওইবা ফংবনি ঙসি, অঙ্গ লৈপাক্কী ॥
পাণ্ডব মনাও মণাদি ময়াম্থুংবু মীবান্গুম্
কুরু লাংথুং লময়ায়-কা মীরান্ 'চানা য়েক্লুগুম্
খঙ্দবনা লান্শীঙ্নি নাইতোম্ পাবা খোঙ্ফম্দা ॥
তেল্লাং মণাই মপান্না নিংথেম্ চাংয়েংবুঙ্দুদা,
ধনঞ্জয়বু ঙম্গে শক্ শরী পন্দোন্ লোম্খিবা
পারী ঐগী কর্ণনি শীনহৈবা পাদাম্বা ॥
মাগী য়েৎকী খূদোম্বী অসিদগী হেন্দুনা
পার্থে য়াইবি চূপ্প-তেন্, লৌরো সিসু ঐহাক্লা
লোইরে লোইরে তাইবংপান্, মালেম্ লৈমায়থক্সিগী
মচা কৌবা মখৈনা মমা ওইবী কয়াগী
নুংগী ঈরী ঈখায়দা, লোইদাম্ লাংবন্ থাজগী
খোইরেন্হীগুম্ থুম্জবা, খারবসু নোংমাংখা
হেন্দবদো মসিদৈ ওইবনিদো হূগুম্ খা
চাবোন্ শূরোন্ শূথাঙ্ফাও তূক্কচনখ্রনিদা
কুন্তী ঐগী ইহাক্ থক্ কল্লক্ইদা পাম্মুইদা ॥

## কুন্তী-কর্ণ

কর্ণ পার্থ অনীমক্ নিংথেম্-শরী মথৌদাঙ্
লৈনবনা অনীমক্ ঙাক্চনবা মথৌদাঙ্,
খঙ্লগেদো পার্থে তেন্ হল্লল্লগে মদুমা ।।"
লেপ্লে্র বাখল্ মহাক্কী নূরা কুন্তী ইবেম্মা ।।
'সূম্বা বাখল্ ঈরোঙ্দা মঙা কোম্বী লৈমনা
বাংলেন্ মীৎকুপ্ খরদৎ তাইবং কনা খঙ্দনা
লেল্লুরবা অদুই তুং পেঞ্জরবা থম্মোয়না
পারী মাবু চিংনা য়েং, য়াবা মপাউ অথূম্বা
মেল্লি কুন্তী কর্ণদা,- "হায়য়ু ইমাই নিংথৌবা,
ঙসি ইচাই মফম্দে য়াংলোই ননাও মঙাগী
য়াইবি-চূপ্ন-তেল্লাংশিং তেন্শক্ খঙ্না মহোয়গী
লৌগে নমা ঐহাক্না, তেন্গী তেন্শক্ তাক্উদো
লায়বরবী নমাদা ।।" থৌবেন্ থৌবা কর্ণদো
ঙসি কুন্তী মমাগী নীংজবদা থম্মোয়গী
য়েৎলরোইদি খল্লবোই পুক্নিসিদা মমাগী
থুংলসনু অপাম্বা ।। সূম্না খন্না কর্ণনা
তেংলদুনা মপূক্নীং নোক্নে মোমোন্ মীনোক্না;
মমাঙ্দগী তেল্লাংশিং অমমম্তা লৌদুনা
তেন্গী তেন্শক্ তাক্চরে পলেম্ মাগী কুন্তীদা
মথঙ্ মনাও কায়দনা চিথদনা অমত্তা ।।
তাংজ লিল্হা মতৌগুম্ মরৈ অনী লোঙ্দবী
সূরসেন্গী মোম্নুদো থোইরেন্ পূকচেল্ লেপ্চবী,
মপারীগী মতৌদা মথম্মোয়দো চাক্খ্রবোই
শিবা মখাক্ শক্লক্নে, থম্মোয় লৈয়োন্ কংলবোই
নূরা লেপ্ত্রে হাইবনি, খাঙ্লে মালেম্ লৈমসু
লৈথক্ লৈখা ওন্দুনা ।। য়াইদো লাইগী মখৈসু
হায়দে করি মসুংলাং হেন্খিবনা মতীক্না

তাইবংসিদা নূরানা ।। হায়রে ঐসু হেঙ্গিন্না
থোইনা হেন্না শক্চরে, তাদে করি মসিনা ।।
"হরি মাগী নাইওইবা হরি মানা কঞ্জনি !"
'সূম্না খন্না কুন্তীদো তেল্লাং মঙা য়েংবনি
পার্থে য়াইবি চূপ্লেন্-তেন্ তেল্লাংদুমক্ কুন্তীনা
তন্লৌ হেক্তা লৌখৎলি, মিংলূ ঈরা ঈরোয়না
তুরোইনবা খোঙ্ফম্ ফা, তেন্দা অমুক্ শংত্রিক্ য়েং
অহীক্লবা খোন্ফম্ ফা, কর্ণ অমুক্ চিংনা য়েং
নূরাই মপাউ মেল্লক্ই-, "ইমাই 'বুংঙো পূক্ফবা,
নঙুমুক্ ফবা ইচাবু মফম্ কৈদা ফংগবা !
লৈরোই অনী মালেম্দা, হায়গে নমা ঐহাক্লা
ঙসি কৌবা নোংসিদা ।। থাজ কোরৌ অনীনা
অহীঙ্ নুংথিল্ অনীদা ইমাই থম্মোয় অতিয়া
খম্লাংননা ঙাম্বগুম্ কর্ণ অর্জ্জুন্ পূন্না য়া
ঙাল্লু হায়না তম্দরে, খঙলে ইমা ঙসিদি ।।
চীংঙু নোংদম্ থীবনা তম্দ্রে শরুক্ নমাইদি
খোয়ুম্ মরৌ লৈবনা লোন্দ্রে নুংঙাই য়াইথোঙ্দি
হরি মাগী লীলাবু ঙল্লোই কনা খাম্বদি
অদুননে নিংথৌবা, ঙসি নমা ঐহাক্লা
পারী নঙ্গী নফম্দা চিংন-ঈথক্ লাংদনা
ননাও পার্থে তেন্'সিমা হল্লবনি ইচাদা ।।
সে, তেন্সিমা লৌজরো, নঙ্গী পোৎলেন্ নিবদা
হৌজ থেংখাঙ্ ইকায়বা নংলে নমা ঐহাক্তি,
হন্ন হন্না মায়থীরে পারী নহাক্ থক্তদি,
ঙসি ইমাই থম্মোয়সে কায়দে হায়দা খাক্লেদা ।।
তেল্লাংসিগী মপান্না হন্দক্ ভারত লাঙ্গাওদা
কর্ণ পার্থ অনীগী নিংথেম্ শরী ঙাক্নুনা

লান্ঙম্ পজেঙ্ থেৎনজৌ নতীক্ নঙন্ উত্তুনা ।।
অদুগনে ইমাসু, থৱায় মিরেন্ শান্নবা
সমু হকচাঙ্ পান্দম্না, থৌদু নুঙ্গুম্ কন্নবা
থম্মোয় অসি পুদুনা হন্দক্ ভারত লাঞ্জাওদা,
থৱায় 'নীগীদমক্তা নুঙ্ ওন্থ্রগে থম্মোয়সে
তাইবং চেঙ্জেন্ য়াম্দ্রবা নমাই পুন্সি মতেঙ্গে -
ঐগী হায়বা খাক্তুনা ইচা মীচা য়েংলোইদা ।।
হায়ন হায়না তেল্লাংদু মচা কর্ণে মখূত্তা
শিন্নখরে ইবেন্মা ।। পীনহৈবা কর্ণদো
মায়থোঙ্ খোন্না মকা লাম্ হরাও মীনোক্ তম্লেদো;
মন্নাইদ্রবা মমাই মৈ, মৈরক্তুদা চঙ্লক্লে
পোৎয়ান্ চঙ্বা সনাগুম্ মথম্মোয়দু শেংদোক্লে;
হন্ন হন্না ঈক্তুনা পলেম্ মাগী মৈরীদা
ফূদোঙ্লবা সনাগুম্ থোইনা মঙান্ নাইবদা
লৈত্রে ম-পা কর্ণগী মালেম্ লৈকোয়বুঙ্সিদা ।।
নমখাঙ্ চরৈ ফীজী লাং ফীগাও শানা য়ারেদো
মখূমক্লা কৎথ্রবা য়াইবি-চূপ্লেন্ তেল্লাংদো
য়াংলোই মনাও পার্থগী পলেম্ মানা হৎবদো;
ঙসি মমাই মকাদৈ খূদোল্ পোৎনি খন্দুনা
হন্না অমুক্ লৌজরে।। উরুবদা কনানা
মমা মচা অনীগী মতৌ লাংওন্ চঙ্খোম্বা
অউ-মিৎফম্ মিৎথূম্লোই ঙক্ই লাইমা অপূম্বা
মিৎম্না খূদিং ঈরা চেন্ থম্মোয় ঈথক্ হৌবনি ।।
পেন্খিবনা লাইয়াম্শিং লৈনা নোংবু চুবনি,
পারিজাৎকী লৈরাংশিং লয়ন লয়না তাবনি ।।

সিগী মতুং তাবদি মপা তাম্বা কর্ণদো,

# কুন্তী-কর্ণ

কুন্তী মমা য়েংদুনা কোলোয় মপাউ মেল্লিদো
নুংহীক্লবা খোঞ্জেল্ ফা, - "ঙসি কর্ণে ইমাঙ্মক্
পাণ্ডব মঙা কৌরব য়াংলোই ইনাও মঙামক্
মতীক্ মাগী মঙন্ উৎ হিংন-হিংনা মালেম্দা,
লাইগী নিংথৌ সোরোরেন্ লায়িংথৌগী লোয়শঙ্দা
লাইয়াম্শিংনা ঙাম্বগুম্ মতীক্ ময়াঙ্গ কল্লবা;
ঙসি পলেম্ নগাইদা পাণ্ডব মঙা ফংজবা,
তাইবং মপূ হরিদি কৃষ্ণে মনেম্ ওইনসু
মিৎকূপ্ খূদিং পিরাংবী লেপ্তে কর্ণে কাদসু;
মঙা পোক্পী অপোক্পী কৌগে ইমা নুংশিবী
পারী নঙ্গী বৈকর্ত্তন্ পেল্লে ইমা পূক্ফবী,
ঙসি কৌবা নোংগাশোই লম্জা ওইবা নচাদি
সারা মপোক্ ওইবনা পোক্পদগী কর্ণদি
ঙসি হায়বা নোংসিদা ইমাই চেংলৌ খঙ্দুনা
খূয়া থম্বাল্ শেংজরি চাক্চরবা থম্মোয়না ।।
অসূম্ অদুম্ ওইনসু নুংশিববা ঐহাক্কী
য়াংলোই ইনাও মঙাদা কর্ণ ঐসে মহোয়গী
ময়াম্বনি হায়বসে, ভারত লান্না লোইদ্রিঙৈ
খঙ্হন্বীনু পলেম্না নিগে সিদং ইমাদে ।।
পুক্নি খোঙ্থাঙ্ খূদিংদা য়াদুনতা লাক্লবা
ইনাও শীঙ্খোঙ্ মঙানা মশাই মথৌ পাঙ্জবা
ঙম্নবা পুক্নিদা চিংন-পরৈ লাক্তনা
মথৌ মহোয় পাঙ্বদা তাইবং মপূ হরিনা
পেন্গনিনে অপোক্পী ।। পোক্লবদি শিগনি
কাউই সিবু করিগী ? কৃষ্ণ মাগী লীলানি
মসিতনা মহাক্কী ময়াথংবু ঙাক্চবা,
মদুমক্লা কর্ণেসু শক্কে নীংবা থুংজবা ।।

## কুন্তী-কর্ণ

তাইবং মপোক্ কয়াদা য়ৌওম্দবা মহাক্কী
খূয়া থম্বাল্ লকাদো য়ৌগে ওম্বা হন্দক্কী
চাম্মা-মঙাই লান্‌ফম্দা থৌজাল্তনা ইমাগী ॥
পোল্লোই মীৎকূপ্ তাল্লক্পা বাংলেন্ অদু লাক্পদা
কৃষ্ণ পাথৌ ঙাইওইবা ইনাও পার্থে মখূত্তা
থবায় অসে থাজবা ওম্জগেকো লেপ্লমক্
ওইরসনু মদুনা কর্ণ ঐগী পেম্বমক্ ॥
য়াইবি থবায় মঙাসে মিগা থানা তরুম্মক্
হরি মাগী খূয়াদা য়ৌবতনা পুন্সিদা
নচা কর্ণ ঐহাক্পু ইমা নঙ্‌না মালেম্দা
পোক্পীবগী লম্মল্দো শক্চগেকো শিংজবা ॥
অব্রাবদি কর্ণবু তায়োন্নবে নোংদম্বা,
অদুননে পলেম্-ও লম্জা মপোক্ শক্লবা
ইমাই পারী কর্ণ-ঐ, তোন্‌খিবনা মপোক্সে
য়াংলোই ইনাও মঙাকোন্ ইমাই খূয়া থম্বাল্সে
পুন্সি চূপ্পা শেংজবা ফংলবোইদো অপোক্পী,
নীংওম্দেদা কর্ণ ঐ থোইরেন্ পূক্চেল্ লেপ্চবী
ইমা নঙ্‌না ঙাক্পীয়ু ॥ লাংওন্ মপোক্ থীরবা,
যাইবি মিরেন্ হান্দোইবা, চীংলাইবক্তা নপ্চবা
থৌদু নুঙ্গী পাংখক্কুম্ ওইরে ঙসি কর্ণগী ॥
অসূম্ অদুম্ ওইনসু ইমাই খূয়া থম্বাল্গী
লৈরীক্তসু শেংনবা নশূ বৃষকেতুসে-
পারী ঐগী নাহোংতোন্ পূজখরো খোম্মেসে ॥
মখূড়াশিং মনাক্তা মতম্ লৈবা খিবিক্তা
লাংবন্ তৌদ্রিচাওম্না পাগী পাবেপ্ তাম্বদা
পাথৌ মতীক্ উত্তুনা পারী শারেপ্ তালহল্লু;
পলেম্ পঙ্খৌ অনীগী কোলোয় মিংলেন্ শক্হল্লু;

ময়াম্ 'পূম্বা কোল্লনু ॥ পাণ্ডব মণ্ডা য়াইফবা,
লম্জা ওইবা কর্ণ ঐ ময়াম্বনি খঙ্লকপা
নোংজা অদু লাক্পদা য়াংলোই ইনাও মণ্ডাগী
মথম্মোয়দো চাক্নুনা থবায় মণ্ডা অদুগী
নীংগুম্দবে মৈবীনা ইমাই থম্মোয় লকাদা
তন্না খাম্বি মৈচূরক্ ব্রাংলেন্ অদু থোক্পদা
ব্রাক্চীং গুলাব য়েংবগুম্ পারী-ই চেংলৌ য়েংদুনা
থম্মোয় মৈচাক্ ফাহল্লু পলেম্ ওইবী নহাক্লা ॥"
হায়ন হায়ন বৈকর্ত্তন্ পদ্মা লৈমা মথাদে
পাবী বৃষকেতু সেৎ পুথোরক্লে শঙ্গায়দে;
চিংন চিংনা য়েংজরা পারী খুজেঙ্ পায়দুনা
পলেম্ মাগী মগাইদা খুৎশিন্নব্রে নুংনৌনা
মথ্বায়দগী হেল্লবা ॥ লৈমা কুন্তী কপ্লক্লে
মপারীগী মতৌদা নুংগা পান্গা ওন্নবে
মথম্মোয়দো কাহৎলে, লোন্‌ফে লোন্‌ফাইনবক্লে ॥
মনিংথৌগী য়াথংদা মাই হায়বা হৈতবী;
কপ্লে ওসি মহাক্সু লৈমা পদ্মা শক্হেন্বী ॥
পাবী কাইন- মৈশা লাং চাক্চরবা মথম্মোয়
পুরদুনা খাঙ্লক্লে॥ মাগুম্ কনা লৈবগ্নোই
মালেম্ লৈকোয়বুংসিদা; খঙ্দবনা মখল্লি
পদ্মাবতী লৈমদো ব্রাজবনা মহেল্লি;
দেবকীগী মথাদে অদুঙৈদা বসুনা
নাব্রা ওইবা কৃষ্ণবু নন্দ মরান্ তম্দুনা
পুখিবদা ব্রাবগুম্ ওইদো লৈমা পদ্মানা,
তাদে করি মদুদৈ লৈমা মানা ব্রাবনা ॥
মপূরোইবৈ য়াকা য়েং ব্রাগী মচেৎ ওাংদনা
খাঙ্জবনি মপুক্সি অব্রা-মায়থোঙ্ লোক্নুনা ॥

# কুন্তী-কর্ণ

পুক্লীং মিংশেল্- চেংলৌদা তানু য়াদে মমিদো
মানা ফনা লোচ্চবা উইদো ঙম্না থম্মোয়দো
মপা তাম্বা থঙ্লেম্না পীনহৈবা ওইনসু
পাল্লে থম্মোয মৈচাক্তো কর্ণ মাগী পুক্লীংসু,
মিংস্না থম্বাল্ অনীদা ফোঙ্দোবক্কে পিবাংনা
ইঙা-ইঙেন্ নোংজুগুম্ খীক্লেন-লাইজ শিন্থনা ।।

অবোং-অফোঙ্ নাইববা নীনীতগী পুন্সিদা
ঙম্দ্রে লোংপা কুন্তীদো কোবৌ নোংজা অদুদা
মচা মমৌ অনীগী মতৌ কাইদা অদুদা
লৈমা কুন্তী ইবেম্মা, হায়ফম্ তম্ফম্ খঙ্দনা
চাক্খিবনা মথম্মোয় শিথববা খোঞ্জেল্না
তম্লে মপাউ মচাদা,- "ইমাই 'বুংঙো নুংশিবা,
ঙসি ইচাই নফম্দা যাইফ-পোংলেন্ তীক্লুবা
ইমাতনা লাল্লেকো, পঞ্চিবম্দাই ব্রাংলেন্দা
নমা মশক্ তাক্লুবা, ঙাক্উ, নঙ্না ইমাদা
হায়গে খন্না লাক্পনি, লেপ্লে ঙসি নমাঙ্দা
অদুমক্পু নিংথৌবা, থোক্খি থৌদোক্ অপুম্বা
লাক্কদবা 'পুম্বসু মানা মানা অপাম্বা
অতৈ কবি নত্তেদো-হবি মাগী লীলানি,
পোবম্ মাগী কাঙ্দুনা নঙ্না ঐনা উৎপনি
তাইবং ফম্বাক্ অসিদা কৃষ্ণো ওইনা য়েংবনি
অচৎ-অওক্ খিবিক্লা ।। নহান্মুক্কী মপোক্তা
নঙ্না ঐনা তৌখিবা, হন্দক্ মপোক্ অসিদা
শোযফদবা মহয় ওই নঙ্না ঐনা ফংবদা
মাগী মিংলৈ মিংলম্দৈ খোঙ্ফম্ অমা হেঞ্জিন্না
হাইদোক্লুবা য়াবোইদো নঙ্গী ঐগী মতীক্লা ।।
পাবী নঙ্না হায়বগুম্ য়াংলোই ননাও মঙানা
হন্দক্ ভাবত লাঞ্জাওদা পাবী নঙ্গা লোযননা

## কুন্তী-কর্ণ

মায়কৈ 'মদা লেপ্পল্লো কৌবব লখা লাক্চবা
করি ওইবা হৌনবা ! অসুম্ ওইনা নিংথৌবা,
নীংজবতা মণ্ডাইরে ইমা ইচাই মফম্দা ॥
কক্শুল্লোইদো কনানা য়েক্শ্রবনা লাইবক্তা;
মপূ মাগী পুঙ্লোন্দা নঙনা ঐনা চোংবনি
তাম্বা নাইবা খোঙ্থাঙ্দা জগোয় খুৎথেক্ হাপ্পনি
মমা মচাই শক্লোন্দা তাইবং লীলা উৎপনি ॥"
সূম্বা য়াবা মপাউনা কর্ণ পদ্মা অনীদা
মচা মমৌ ওইবগী য়াবা মনাও তাবদা
থম্মোয় খূদিং ঈংলেদো হেন্খিবনা মতীক্লা
পলেম্ মমা কৌবগী কুম্ভ লৈবাং কুন্তীনা ॥
সিগী মতুং তাবদা, বৃষকেতু মশূদো
খুজেঙ্ পালোইনদুনা মশূ মবেন্ অনীদো
পিবাং ঈনোৎ নৌনা হাপ্ অঙ্গ লল্লেন্ তুংওইনা
পীনহেবা পাবীগী য়াইফ-পোৎলেন্ পুদুনা
লৈমা কুন্তী ইবেম্মা, লাক্লে মবান্ তমদুনা ॥

অঙ্গ লৈপাক্ মবুংঙো লাঞ্জিং পুরেন্ কর্ণসু
লূল্লেন্ লৈমা পদ্মাগা মায়থোঙ্ খেগুম্ লাংনসু
মমাই খুয়া থম্বাল্গী থম্বাল্ লৈরীক্ কয়াদো
লবাই কোয়বেম্ভুদা হাপ্চহৌই অনীদো,
চীংগু খোয়ুম্ মসুংলাং ঈরাৎ থৌনিজক্বা
শীংঙেল্ লৈরাং লৈমন্‌গুম্ মম্বা কৌবা নাইদবা ॥
পারী কাইন মৈচাক্লা পিরোইননা লেল্হৌই,
পালৈম্ মাগী মৈচাক্লা পিরাং-ঈনোৎ হাপ্হৌই ॥



[illegible] অসিদা কর্ণনা মমাবু কোনূংলা পুরক্লা মনাওশিংগী মাইবি-চূল্লেন্ [illegible]শিং কক্চবা অমদি মপাগী বৃষকেতুবু মমাগী মফম্দা শিন্নখিবগী তরেৎ শুবা তাংকক্ লোইরে।

*****

## অইবগী কোঙ্ক্রবা লাইরিক্

মৈচোৱীগী থোক্লাও মৈতৈ
(মণিপুর সরকারগী অতাংগী ড্রামা লাইরিক্ চাংয়েংবা অনীশুবা মনা ফংলবা)

## অইবগী ফোঙ্ক্রিবা লাইরিক্শিং

১। থাংলুরবা থোঙ্থাঙ্ (ড্রামা, All India Radio Playwright Drama Competition দা ২শুবা মনা ফংলবা)

২। হূপী অমৃত (ড্রামা, AIR, Imphal না শারবীরবা)

৩। ব্রহ্মলোক মাংলেন্রেবা থারৈমা (ড্রামা, AIR, Imphal না শারবীরবা)

৪। লীলা ইবগী ইমুঙ্ (ড্রামা, AIR, Imphal না শারবীরবা)

৫। 'নুংশি খুদোল্ (ড্রামা)

৬। ঐপাওতাংগী চক্রবিহদা য়েনখৎকী মজাইবেন্দা মিশ্ . (ড্রামা)

৭। ককা মচা (ড্রামা)

৮। অমক্রোক্তা অঙানবা (মণিপুরী কুপৈ, ফিচর)

৯। অঙুৎকেগী মাওশঙ্ (মণিপুরী কুপৈ, ফিচর)

১০। শৈরেং নাচোম্ (শৈরেং অচোইবা)

১১। লীক্লু পরেং (পুন্সি শৈরোল্)
অমিনচিংবা